ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯊꯨꯃꯈꯣꯡꯁꯤꯡ

# মণিপুরগী থুমখোংশিং

## (থায়নতৌ মণিপুরদা থুমগী পোথোক)



ইরোম মঙ্গী

# মণিপুরগী থুমখোংশিং

(থায়নঙৈ মণিপুরদা থুমগী পোথোক)


ইরোম মঙ্গী

ইরোইশেম্বা

Manipurgee Thumkhongshing
(History of Salt Industry in Manipur)
By *Irom Mangi, Iroishemba*

অফোঙবা : লাইশ্রম বিনাশখি দেবী
ইরোইশেম্বা

অহানবা ফোঙবা : ২০০৭

কপি মশীং : ১০০০ (লিশিং অমা)

মমল : লুপা ৯৫/-

ফংফম থোকপা : অইবা

মখুম : অইবা





নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

# প্রাসঙ্গ

লৈবাক লৈকন লৈতৌদুনা
থুমহি পেয়ে খুংমাখিবা।
অৱাংবা লোইবী কাদুনা
পামেল উজাও য়াল্লগা
থুমখোং চিংখিবা পাঙ্গলবশিং
থুমখোং হুকখিবা খুংহৈবশিং।
থুমখোংদা থুমশংদা
থুমলোয়-শিম্মি ওইদুনা
চান-থুম্বু শুংখিবী,
লৈবাক্কী থৌগায় পুখিবা
অথৌবা পুন্নমক্কী মফমদা
কচ্চরি পাংদ্রবনা ইজবা
মণিপূদা থুম শুংলকখিবগী
য়াৱী পরিং ওইবা
"মণিপুরগী থুমখোংশিং"
কৌবা লাইরিক তনৌবসে।

কচ্চরিবা

অইবা - ইরোম মঙ্গী

# লাইরিক অসিগী মরমদা ঋাহৈ খরদং

'মণিপুরগী থুমখোংশিং' হায়ন মিংথোনব ইরোম মঙ্গি সিংহন ইব পন্দুপ ১৬ লৈব লামায় ১০০ খর হেল্লপ পানব লাইরিক অসী মকোক্তগী লোইব ফাওব অহুমলক হন্ন পাজরে।। লাইরিক অসী ইনব হোৎনবদ অয়িবন মালেমগী ওইন, ভারতকী ওইন নৎত্রগ মণিপুরগী ওইন শক্লাইরব মীওই কয়ান ইব লাইরিকশিংদগী মচাক খোমজিনবদ নত্তন লমদম অসীগী মীওই কয়াগী মফমদ অয়িব মশামক্ল চত্তুন হকথেংনন থিজিনব কয়াদগী ফংলকপ মচাকশিং অদু খোমজীল তাশিল্লগ পরিং পথাপ নাইন শেমদুন লাইরিক অসী লৈবাক মীয়ামগী মাঙদ পুথোক্লকপনি।। লমদম অসীগী ওইব থুমগী ঋারী ঋাখোঙ ইনব হোৎনবদ অয়িব অসীন লাইরিক্তগী হৌরগ নুমিৎ খুদিং ফোঙব পাউ-চেশিংদ অখঙ-অহৈশিংন ইখিব ঋারেংশিংদগী ফাওবা মচাক খোমজীল্লি।। লাইরিক অসি শরুক অনী থোক্ল খায়দোকপগী মীৎয়েংদ য়েংলগ মশক তাকপ য়াই।। অহানবা শরুক্ত অচা-থুম অসী করম্ব শকওংগী পোৎশক্তগী ওইরক্লিবনো, করম করম্ব পান্নে শীজিন্নদুন থুম পুথোক্লকখিবগে, মনুং অমসুং মপানগী ওইব থুমগী মতীক ময়াই করি করিনো, চানব চীনজাক্কী শরুক অম ওইন শীজিন্নবত নত্তন থুম অসী করি করম্ব মঋোংদ শীজিন্নদুন কান্নব ফংবগে, থুমগ মীওইবগী হকচাংগ করি মরী লৈনবগে হায়বনচিংব মী অয়াম্বন খঙব পাম্নরিব ঋাহং কয়া অসীগী মরীকচুন্নব পাউখুমশিং অদু লাইরিক অসীদ য়াম্ন সাইন্তিফিক ওইব মঋোংদ চাংয়েং তৌরগ পুথোক্লকপ মচাক কয়া অমসুং ঋারী ঋাখোঙ খোমজিন্দুন অয়িবন পীরি।। পুম্নমক অসী থুমগী মরমদ মালেমগী ওইব মীৎয়েংদ মশক তাকপনি।।

১০ শুবা পন্দুপ্তগী হৌব অনীশুবা শরুক ওইন য়েংব য়াব পন্দুপশিং অসীদ ঐখোয়গী লমদম কংলৈপাক মণিপুর অসীদ অখন্নব মীৎয়েং থন্নগা লমদম অসীগী থুমখোংশিংগী ঋারী ঋাখোঙ পীরকপ মতাংদ লমদম অসীগী করম করম্ব চীং অমসুং তমগী মফমশিংদ করি করি থুমখোংশিং লৈরকখিবগে থুমখোংশিং অদু লৈতৌদ্রিঙৈদ মফম অদু থুম থোকপ মফমনি হায়বসী করম্ন খঙব ওমগদগে, থুমখোং অদু মীয়াম

চঙদুন য়াম্ন ৱান তৌথোক্লব মতুংদ থুমখোং অদুদ হুক্লব উতোং অদু কয়া য়াম্ন ৱাং-চাউন করি উন শাগদগে, উতোং অদু করম্ন হুক্কদগে হায়বগী মতাংদ লমদম অসীগী অরিব লাইনীং অমসুং নাংক মরী লৈনব ৱাফম য়াওন য়াম্ন মরিক চুম্লব ৱারী ৱাখোঙ পীরি॥ অসুম্ন পীবগ লোয়নন লমদম অসীগী মমিং লৈরব থুমখোংশিং করম করম্ন নিংথৌশিংগী মতমদ শেম্ন হৌখিবগে হায়বনচিংব থোকখিব পুৱারীগী থৌদোক ৱারীশিং অদু 'চৈথারোল কুম্বাব'নচিংব অরিব লাইরিক কয়াদা য়ুমফম ওইরগ য়াম্ন মরীক চুম্ন অয়িবন পাউদম্লি ॥ লমদম অসীদ থুমখোংদগী থুমহি শোক্কৎলগ মতৌ করম্ন থুম-মশাক শেম্লকপগে হায়বগী থৌৱোঙ পরীং অদু লাইরিক অসীদ য়াম্ন মপুঙফান য়াওই ॥ পুম্নমক অসীগ লোয়নন থুম সুংবদ মীতৈ নুপীশিংগী থৌদাং অমসুং থুমগ মীতৈশিংগী থাগোম্লদুন লাক্লব ইনাৎ লাইনিংগ লৈনব মরী অদুসু লাইরিক অসীদ উৎলি॥ অয়িবন শাফু পীনিংলিবসু অনীসুব মীৎয়েং অসীদনি॥ মরম অসী লৈবদগী লাইরিক অসীগী মমিং মণিপুরগী থুমখোংশিং হায়ন থোম্লিবনি॥

অরোইব পন্দুগ্ত, লৈবাক মীয়াম্ন পুথোকচব থুমগী পোৎথোক্ত লৈঙাক্ল অয়েৎপ পীরকপ হায়বসি লৈবাক মীয়ামগী নীংতম্ন পুন্সি খুহিংদ অয়েৎপ পীবনি হায়ব পাউজেল অসী উৎনবগীদমক ভারত্ত থোকখিব 'ডাণ্ডি খোঙচৎ'কী থৌদোক অমসুং ফ্রান্সত থোকখিব 'ফ্রেঞ্চ রিভোলুসন'গ মরী লৈনব থৌদোক অসী পীরি ॥

ঙসী ফাওবগী ওইনদি লাইরিক অসী লমদম অসীদ করম্ন থুমখোং তৌদুন অচা-থুম শেম্লকপগে হায়বগী ৱারী-ৱাখোঙ য়াওব খ্বাইদগী মরীকচুম্লব লাইরিক অমনি হায়ন নিংই॥লমদম অসীদ থাইনঙৈ মতমদগী হৌন অচা-থুম মতৌ করম্না পুথোক্লুন শেম্লক শারকপগে হায়বগী মরমদ থিজীনব পাম্ন মীওইশিংদ লাইরিক অসীন অচৌব মতেং অম পীব ঙম্নগনি॥ লাইরিক অসী ইনব হোৎনবদ য়াম্ন কম্ন অমসুং কুপ্ন থিজিনবীব অসীগুম্ন থিজিনবীদুন অতোম্ন লাইরিক খরসু মখা তান পুথোকপ ঙমজনবগী পাঙ্গল থৌনা, ৱাখল লৌশিং অমসুং মচাক মরল অদু অয়িবগী মফমদ তাইবং শেম্নীব মপুন পীনবীব ওইরসনু ॥০ ॥

খুরায় নান্দেবম লৈকাই, ইম্ফাল
৭/১০/০৭

সাইরেম নীলবীর
রিতয়ার্দ প্রিন্সিপাল দি. এম. কলেজ (কম্মর্স)
(মেম্বর, কংলা ফোর্ত বোর্দ, কংলা)

# FOREWORD

"SALT" and "IODINE" are undoubtedly essential for the health of human being. For quite some time now, the essentiality and requirement of Salt and Iodine in our body has been extensively studied by many great scientists including Biochemist, Physiologist, Doctors etc. worldwide in regards to health and diseases.

It is fact that human body requires constant amount and supply of Salt for various physiological activities of "WATER, FLUID and ELECTROLYTE" balance in the cells and vessels.

IODINE is also required for thyroid hormone preparation by the "THYROID GLAND" to keep human thyroid function properly and adequately. Either increase (excess) or decrease of Salt in our body will produce diseases resulting to **health related problems** in our body, the same is true for IODINE too.

So, either a balance or sufficient amount of Salt and Iodine is to be maintained in our body by various physiological processes

This book writen by Irom Mangi Singh, Selection Grade Lecturer, Moirang College will shed a new light on "SALT and "IODINE" for the health of our body while providing special information on the original production of "MEETEITHUM" and its "PLACE" by our Manipuri/Meetei forefathers in Manipur in ancient times.

The readers can also use this book as a tool of reference for Meeteithum and its historical importance.

I have no doubt, whoever goes through this book, will find it very useful and will derive benefit from it.

It definitely provide a captivating and pleasant reading.

I wish to place on record my appreciation for author's efforts since, readers will agree, it is not easy task to publish, a book on "Meetei Thum" with all aspects of historical background as well as on modern scientific aspects.

Let us sincerely hope this is only a maiden venture and the obstacles the author may have faced will not deter him in higher endeavour.

**Dr. N. Dwijamani**
Sr. Physician, J.N. Hospital
Govt. of Manipur

Uripok, Yambem Leikai, Imphal
Ocober 7, 2007

# থাগৎ ৱাহৈ

থুমবু অরিবা লোন্দা 'নোইনু' কৌই। থুম মীওইবগী পুন্সিদা চঙদবা য়াদ্রবা অমদি বাংগা য়াদ্রবা মহৌশা লাইরেন্সীগী মমল নাইদ্রবা খুদোলপোৎনি। অরিবা লাইরিকশিংদা মৈতৈ ৱাকর্মশিংনা থুমবু শৈথাবদা "নোইনু থুমজা মায়ঙৌবী" হায়না শৈথানৈ। খুন্নাইশিংগী পুন্সিবোলদা পাঙথোক্করিবা তোঙান তোঙানবা ঈরাৎ থৌনিশিং, লাইথৌ তীনথৌশিং অমদি লাযনা কয়াগী অনা লাইয়েংগী হীরমদা থুম হায়বসি তঙাযফদনা চঙদ্রবা য়াদ্রবা পোৎশর্কনি।

মহৌশা মণিপুরনা মশানা মবোমদোম লেপ্চবিঙৈ মতমদদি মশাগী লৈজবা থুমখোংশিংবু নীংথিনা শেমজিন শাজিন্দুনা থুমখোংশিংদগী থুমগী পোথোক মরাং কাযনা পুথোকচদুনা লেম পানা শীজিন্নরম্মি। লৈঙাক ৱায়েল থৌদা মপু ওইরিবা নিংথৌনসু থুমগী পোথোক মবাং কায়নবা অনৌবা থুমখোং হকপা, য়ারক্তবা থুমখোংশিং শেমজিনবনচিংবা তৌদুনা হীবর্মশিদা হেন্না পুক্লিং চঙলম্বা পোথোকসু হেন্না মরাং কায়না পুথোকপা ঙমলম্মি। অদুবু ঙসিদি ঈশাগী লৈজবা থুমখোংশিংবু নীংথিনা মীৎয়েং চঙবীদবনা মরম ওইদুনা থুমখোং কয়া মাঙশিন তার্কশিল্লকলে। তঙায়ফদবা চাবোক নাওসোং অমদি নাৎকি থবক থৌরমশিংদা শীজিন্নবা ওইনা পুথোক্লিবা নিঙেল, চন্দ্রখোং, ৱাইখোংনচিংবগী থুমখোং খরসিসু নীংথিনা য়েংশিনবিবা ৱাংলবদি মতম খরা লৈরগা মাঙশিল মুৎশিল্লকপা য়াবগী অকিবা লৈ।

অসিগুম্বা মণিপুরগী থুমখোংশিংগী চিরবা তানফম অসিদা ওজা ইরোম মঙ্গীনা ৱানা, মতম চঙনা অমদি কথোকপগা লোয়ননা থুম অমদি থুমশুংলোনগী মরমদা তোঙান তোঙনবা লাইরিক কয়াদগী মচাকশিং খোমজিন্দুনা অমদি মশামকনা থুমখোং কয়াদা চৎতুনা হকথেংননা থুমশুংফমদা শীনসুরিবী কয়াগা ৱারী ৱাতাই শাদুনা লমদমশিদা মমাঙঙৈদগী হৌজিক ফাওবদা চথদুনা লাক্লিবা থুম শুংবগী পথাপ, কাঙলোন অমদি থুমখোংশিংগী অকুপ্পা ৱারোল কয়া নীংথিনা মপুং ফানা নৈনরবা "মণিপুরগী থুমখোংশিং" হায়না মিংথোনবা লাইরিক অমা ঙসিগী মীয়ামদা নৌনা খুদোল

তম্নিরকলিবা অসি য়াম্না মমল য়াম্লবা অমদি য়াম্নমক মফম মতম চানা পুথোক্লবা লাইরিকনি হায়না খল্লি।

ঙসিগী মীয়োলনা মপুং ওইনা মহৈরোয় খুন্নাইনা লাইরিক অসিবু পারগা অমদি নৈনরগা মহৌশা লাইয়েন্থীগী খুদোলপোৎ অমা ওইরিবা থুমগী মরমদা থুম হায়বসি করি করম্বা পোৎশকনো, করি করি পোৎয়াম্লা থুম হায়বা পোৎশকশি ওইরিবনো, থুম মতৌ করম্না ফংবগে, মতৌ করম্না থুম শুংগদগে, করম করম্বা মফমদা থুমখোংশিং লৈবগে, থুমখোং করম্না হক্কদগে, করি করি হীরমদা থুম শীজিন্নবনো হায়বনচিংবগী অকুপ্পা ৱারোল কয়া লায়না খঙবা ঙমহল্লগনি লোয়ননা মণিপুরগী লৈজরিবা থুমখোংশিংবু নীংথিনা শীজিন্নবা য়াবা, পোত্থোক লৈবা, অহিংবা থুমখোং ওইনা শেমগৎলগা অমুক নৌনা থুমগী পোত্থোক পুথোকহন্দুনা শোত্থরবা ইরমদমশিংগী শেনমীৎলোন্দা অচৌবা মতেং অমা পাংবা ঙমগদ্রা হায়বগী ইথিল অমসু পীবা ঙমগনি হায়না থাজে।

ওজা ইরোম মঙ্গীনা ঙসিগী মীয়োলদা নৌনা খুদোল তম্বীরিবা লাইরিক অসিনা খুন্নাই অসিগী মীওই কয়া, মহৈরোয় কয়া, থিজিল্লোয় কয়া অমদি তুংদা লাক্কদৌরিবা মীয়োল কয়াদা মমল নাইদ্রবা লৌশিংগী মঙাল অমা পীবতা নত্তনা ইরমদম অসিগী লাইরিক্কি শুকৈদা অহেনবা লনগৈ অমসু ওইহৌরগনি। মতুংদসু অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা, মগুন লৈরবা লাইরিক কয়া মথং মথং লেপ্পা লৈতনা পুথোকপিরকখিগনি হায়বগী অচেংপা থাজবা ওজা ইরোম মঙ্গীগী মফমদা থমজরি। খুন্নাইসিংগী, ইজাতিসিংগী, ঙসিগী অমদি তুংগী মীয়োলশিংগীদমক হেন্না ফবা, হেন্না মগুন লৈবা লাইরিক কয়া অমা লেপতনা পুথোকপা ঙম্নগী পাঙ্গল, থৌনা, লিংজেল ওজা অসিদা তাইবং মপুনা শীনবীবা ওইসনু।

ওক্টোবর ১৬, ২০০৭ ইং

নাউরোইবম ইন্দ্রমনি

# অহৈবগী ৱারোল

থায়নঔদা মণিপুরগী তম্পাক অমসুং চীংগী লমদমদা খুৎ-শা হৈবা শুনোম্বগী শিল্লম কয়া লৈরম্মী। ময়ামসিগী মনুংদা থুমখোংদগী থুম শুংবগী শিল্লম অসিসু য়াম্না মরু ওইবা শিলশু অমনি। অতোপ্পা লৈবাক কয়াদা লৌখৎলিবা থুম-শুংবগী থবক্তুগা য়েংনবদা মণিপুরগী অসি স্মোল স্কেল ইন্দষ্ট্রিনি হায়বা তারগসু মণিপুরখক্কী ওইবা মীৎয়েংদদি লার্জ স্কেল ইন্দষ্ট্রিনি হায়না শিংথাবা য়াই।

অদুবু মখা তানা লৈঙাকপশিংগী মীৎয়েং চংবীবা ৱাংপদগী ঙসিদি মণিপুরদা থায়নঔদগী চংনরক্লবা থুম-শুংবগী শিলশু অসি মুৎশিল্লক্লে। মণিপুরদা থুমখোং লৈবম্মী, থুম শুংলম্মী হায়বসি মমৈথংদা ফুঙ্গা ৱারী তাদুনা থবক ওইনা চত্থরম্বা শিলশুসিগী ৱারী লিখুন মাংখিগদৌরি। মসিদগী কন্নবা অহৈবা ওইনা রেকোর্ড থম্বা মথৌ তাই। লাইরিক কয়াদা চায়না-চায়না য়াওরিবা থুমশুংলোনগী ৱারী শিনবুনশিংবু পুনশিন্দুনা "মণিপুরগী থুমখোংশিং (থায়নঔ মণিপুরদা থুমগী পোথোক)" কৌবা লাইরিক অসি ইজবনি।

অরিবগী ৱারী, রেকোর্ডনি। তাশিন-খোমজিনবদা অরানবা, অশোয়বা কয়া য়াওখিরম্বা য়াই। লৈবাকসিগী খঙ-হৈরবা ওজাশিংনা অশোয়বদু তাকপীয়ু। মতাং চানা চুমথোকচনবা হোৎনজগে। খ্বাই পুম্নমা হন্ন হন্না ঙাকপীয়ু।

লাইরিক অসিগী হিরম অহানবদগী মঙাশুবা ফাওবা অচুম-অরান য়েংশিনবিখিবা এম ইউ বাইওকেমিষ্ট্রি দিপার্টমেন্টকী প্রোফেসর লাইশ্রম রূপচন্দ্রগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। অদুগা হিরম ৭-শুবা অসিবু রিবিউ তৌবিদুনা চান-চুনবা লোঞ্জন হাপচিনবীদুনা হেন্না মরিক চুমহনবীখিবা থম্বাল মরিক কলেজ, ওইনামগী বোটানিগী ওজা এম ভরতবুসু থাগৎচরি।

মীতৈথুমদা আইওদিন য়াওবা-য়াওদবগী মতাংদা লেবোরেটোরিদা চাংয়েং তৌবিখিবা নম্বোল এল সানোই কলেজগী কেমিষ্ট্রিগী ওজা ৱাই তোম্বাগী মফমদা

তৌবিমল খণ্ডবা ফোংদোকচরি। ওজা তোম্বাবু মতেং পাংবিখিবা মাগী দিপার্টমেন্টগী লেবোরেটোরি এট্রেন্দেন্ট লৈশাংথেম বীরচন্দ্রবুসু থাগৎচরি।

লাইব্রিক অসিগী চেখুম মপান থংবা মমায়দা য়াওরিবা নিঙেল থুমখোংগী অনম্বা শক্তম অসিবু পীবিরকখিবা লিলোং চজিংদা লৈবা ডাক্তর এল সরতপু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

অরোইবা ওইনা অইবনা ফোংদোকচরিবদি লাইব্রিক অসি ইরকপদা ফীল্ড বার্কগী মথৌ তারকপদা অইববু মতেং পাংবীখিবা ঐগী লৈকাইগী ইয়াম্বা সৌগাইজম ইবোচৌবা অমসুং ইনাওশিং লাইশ্রম রামকুমার, য়েনশেম্বম নোলিন্দ্রো মখোয়গী শিংঙমলরোইদবা লমনবুসু পুক্নিসিদা কাওজরোই। খ্বাই তরাগী মফমদা হন্না-হন্না খুরুমজরি।

অইবা

# হিরম লমায়

# ১

# চান-থুমগী মশক তাকপা

ইংরাজী ৱাহৈদা "সোল্ট" হায়না খঙনবা পোৎশকসি বৈজ্ঞানগী মিৎয়েংদা এসিদ অমসুং বেজ অনিগী কেমিকেল রিএক্সনদগী শেম্বা ঈশিং নত্তবা কেমিকেল কোমপাউন্দ অমনি। সোল্টসি মখল অহুম থোক্লা খায়দোকই।

(১) নোরমেল সোল্ট

(২) এসিদ সোল্ট

(৩) বেসিক সোল্ট অসিনি।

সোল্টকী মশক তাকপা ফোরমুলাদা হাইদ্রোজেন (H) নৎত্রগা হাইদ্রোশিল (OH) য়াওদবা সোল্টপু নোরমেল সোল্ট কৌই। ফোরমুলাদা হাইদ্রোজেল য়াওবা সোল্টপু এসিদ সোল্ট কৌই। হাইদ্রোশিল য়াওবা সোল্টপু বেসিক সোল্ট কৌই।

| সোল্ট মখল | খুদম |
|---|---|
| ১. নোরমেল সোল্ট | $NaCl, NH_4Cl, Na_2SO_4, Na_2CO_3$ |
| ২. এসিদ সোল্ট | $NaHCO_3, NaH_2PO_4$ |
| ৩. বেসিক সোল্ট | $Pb(OH)Cl, Sn(OH)Cl$ |

ঐখোয়না খুৎলোইজরবা চাবা থকপদা শিজিন্নরিবা চান-থুমসি কেমিকেল কোমপাউন্দনি। চান-থুমগী বৈজ্ঞানিক ওইবা মমিংদি "সোদিয়ম ক্লোরাইদ" হায়না খঙনৈ। মীচম্মা "কমন সোল্ট" হায়নসু কৌই। করিগুম্বদা "টেবল সোল্ট" হায়রগসু খঙনৈ। সোদিয়ম অমসুং ক্লোরিন এতোমশিং মশিং চপ মান্নন পুল্লগা চান-থুমসি শেম্বনি। সোদিয়ম অমসুং ক্লোরিন অনিনা চিক্লা-চাইনরকপা (chemical reaction থোকপা) মতমদা সোদিয়মনা ইলেকত্রোন অমা মাংজখি। লোয়নননা পোজিতিব ওইনা চার্জ তৌরবা পোৎশক ওইরকখি। অদুগা ক্লোরিন এতোম অমনা ইলেকত্রোন অমা লৌশিনখি। অসুম্না নেগেতিব ওইনা চার্জ তৌবা মচাক ওইরকখি। সোদিয়ম ক্লোরাইদতা পোজিতিব সোদিয়ম আইওন মশিংগা নেগেতিব ক্লোরিন আইওন মশিংগা মান্নন য়াওই।

**মতেং তৌখিবা লাইরিকশিং ঃ-**

1. Columbia Encyclopedia (Vol. 20); p-5959-60
2. Mc.Graw-Hill Encyclopedia of Science & Technology (Vol. 16); p-15
3 Encyclopedia of Chemical Technology (Vol. 21), p-205

## ২

# চান-থুম ফংনা মচাক অমসুং থুমথোকলোন

চান থুম ফংনা মচাক (sources of salt)ঃ থুম ফংনা মচাকশিংদি - (১) রোক সোল্ট, (২) লৈনুং থুমচাক (underground rock salt), (৩) থুমহি পাৎ (salty lake), (৪) সমুদ্র ঈশিং, (৫) থুমহি ঈফুৎ (brine spring), (৫) থুমখোং থুমহি (brine well) অসিনচিংবা।[১]

**অহানবা থুমথোকলোন (মপং ওইবা থুমগী শকলোন)ঃ**

তোঙান-তোঙানবা শকলোন্দা থুম থোকই। থুম মপং ওইবা শকলোন্দসু ফংই। ফংবদি মিনরেল ওইনা ফংই। মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেমগী থাক্তা লৈরিবা থুম অসি মিনরেল সোল্টনি। মসিবু "হেলিট" হায়না খঙনৈ।[২] সোইল মখলশিংগী মনুংদা সেলাইন সোইলসু অমনি। লৈপাক লৈশা মখলগী মনুংদা Saline soil হায়বা অমা মশক নাইনা য়াওবশিনা মালেম লৈপাক লৈশাদা থুম মপং ওইনা য়াওই হায়বগী অচেৎপা খুদম ওই। অদুনা মালেমসি শেম্বদা য়াওরিবা মখল কয়াগী লৈপাক লৈরোননুংদা অরুবা অমদি অথেনবা মফমদা থুমগী মপং ওইবা শকলোন পুবা লৈসা লৈ হায়বসি অচুম্বনি। থুমসি soluble salt ওইনা লৈপাক লৈশাদা য়াওখিবনি। ঈশিং চিথখিনবা ঈরম খোংলম লৈতবা নংত্রগা লৈরবসু শিংথানিঙাই ওইদবা মফম, basins, depressed ওইবা লমদমশিংদা soluble salt য়াওবা মালেম লৈপাক লৈশা মরাং কাইনা ফংই। মখোয়সি "রোক সোল্ট" হায়না মিংথোললি। মিনরেল সোল্ট হায়নসু খঙনৈ। মখোয়সি পুমশেং শেংবা থুম হায়বদুদি ওইদে। অসিগুম্বা শেংফাৎতবা থুমসি চাওনা-চাওনা পৈশিন্দুনা লৈ। মালেম পুম্বগী ওইবা মিংয়েংদা মিনরেল সোল্ট মরাং কায়না ফংবা লমদমশিংদি ঃ নিউ য়োর্ক, মিচিগান, ফ্রান্স, নোংচুপ জর্মানি, টেক্সাস, লাওসিয়ানা, গ্রেট ব্রিটেন, চিনা, ইন্দিয়া, মতম অমগী সোভিয়েৎ ইউনিয়ন পনবা য়াই।[৩]

ভারতবর্ষগী ওইবা মিংয়েংদদি রোক সোল্ট অসি হিমাচল প্রদেশতদা ফংবগী বারোল থেংনৈ।[৪] সোদিয়ম কারবোনেট, সলফেট, ক্লোরাইদ মচনশিং অসিনা তোংশিন

য়ানশিন্নরগা কেলসিয়ম অমসুং ম্যাগনেসিয়ম হায়না খঙনবা পোৎশকশিংগা পুনশিন্দুনা শেমবা থুমঙাক্ত ঙায়বা ফ্রোং-ফ্রোং কায়গনবা পোৎশক গল্লা তুরেলগী তম্পাক লমগী ক্রং-ক্রং কংবা মফমশিংদা তুরেলগী ঈচেলনা হাজিল্লম্বা লৈবাক্কী লৈমাইথক্তা ফংই ।[৫] শিগুম্বা ফ্রোং-ফ্রোং কায়গম্বা থুমগী শরুক চাং বাংনা য়াওবা রোক সোল্টসি শেমলকপগী কাংলোন-পরিং মখাগী অসুম্না নৈনবা য়াই । তুরেলনা চীং লমদমদগী চেনথরকপদা লৈনুং লৈশাদা য়াওবা মিনরেল সোল্টস্ পুথরকখি । ঈশিংদা তুম্বা ঙম্বা অতোপ্পা পোৎশক খরসু য়াওরকখি । তুরেলগী ঈচেলনা হাজিল্লদ্বা লৈপাক, লৈঙোইনা শেন্নবা লৈতেম মান্নবা তম্পাক লম, অশাবা লমদমসু ওইবা অদুগা লৈনুং ঈরমসু লৈতবা মফমদা রোক সোল্টশিং পৈশিল্লকখি । নোংগী ঈশিংনা হায়রিবা সোল্টশিং অসি লৈনুংদা পুথখি । অদুগা কালেন থাদা মহৌশাগী ওইবা কেপিল্লারি এক্সনগী থৌশিন্না মপান থংবা লৈমায়থক্তা পুখৎলকই । থুমহি য়াওবা মহিসি নুংশানা য়েবদা মনিল ওইনা পাইখৎল্লগা লেমহৌবা শরুক্না অঙৌবা মচুগী ফ্রোং-ফ্রোং কায়গনবা থুমঙাক্তনা মপুং ওইবা পোৎশক্না মপান-ইথং থংবা লৈপাক লৈরোন শেন্নকই ।[৬] লৌউ-শিংউগদি চান-চুনদবা পোৎশকনি । অসুম্না মালেমসিদা পাক্লবা মফম কয়া লৌউবা য়াদবা লমদম ওইরকস্ত্রে । অদুবু থুম শুংদোক্তনা লৈপাক লৈরোনশিংসি লৌথোকপ্পবদি পাক্লবা মফম কয়া লৌউবা য়াবা লমদম ওইরকপা য়ারি । রোক সোল্টপু "প্লায়াস" হায়নসু খঙনৈ ।[৭] রোক সোল্টসি মরোন-মরোন নাইনা লৈ । মরোন অনিগী কারক্তা কেলসিয়ম সলফেটগী লৈরোন লৈ । রোক সোল্টতা অতোপ্পা পোৎয়ান কয়া য়াওরি । মখোয়দুদি ঃ

(১) কেলসিয়ম সলফেট (১-৪%)
(২) কেলসিয়ম ক্লোরাইদ
(৩) ম্যাগনেসিয়ম ক্লোরাইদ[৮]

করিগুম্বদা রোক সোল্টসি ডোম (dome) গী মওংদা পৈখৎতুনা লৈবসু য়াওই । মসিবু সোল্ট ডোম হায়নসু খঙনৈ । মসিদা পোতাসিয়ম ক্লোরাইদ অমসুং সোদিয়ম ক্লোরাইদশিং ক্রিস্টলগী শকলোন্দা য়ানশিন্দুনা য়াওই ।[৯] থুমনা মপং ওইনা অতৈ পোৎচাকশিংগা য়ানশিন্দুনা লৈপাক লৈরোন লুথনা লৈবসু য়াওরিবনি । মসিবু লৈনুং থুমচাক (underground rock salt) হায়নসু খঙনৈ । পাকিস্তানগী ঝেলম ডিষ্ট্রিক্টী মনুং চনবা খেবরা হায়বা লমদমদা লৈনুং থুমচাক ফংফম অনি লৈ । মিটর ১৬৭ রোম থানা লৈ ।[১০] লৈনুং থুমচাক্না লৈনুংদা লৈবসি লৈমায়দগী মিটর ১৫০-১২০০ লুথবা মফম ফাওবদা লৈ ।[১১]

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**


1. Minerals of India, Meher D.N. Wadia, Pub. by National Book Trust, India, 1966, p - 210.
2. Lexicon Universal Encyclopedia, Vol. 17, p - 38.
3. Columbia Encyclopedia, Vol. 21, p - 6315. and Systematic Agricultural Geography, Hajid Husain, Pub. by Prem Rawat, New Delhi, 1996, P - 113, 115, 117.
4. Atlas of India, Dreamland Publication, 2002, p - 45.
5. Minerals of India, Meher D. N. Wadia, 1966, p - 208.
6. Ibid, p - 209
7. Encyclopedia of Chemical Technology, Vol. 21, p - 205.
8. Ibid, p - 207
9. Ibid, pp
10. Minerals of Inida, Meher D. N. Wadia, 1966, p - 211.
11. Encyclopedia of Chemical Technology, Vol. 21, p - 207.


**অনিশুবা থুমথোকলোন (থুমগী মহি ওইবা শকলোন) ঃ**

''চান-থুম'' মহিগী শকলোন্দসু ফংই। থুমনা মহিগী শকলোন্দা সমুদ্রগী ঈশিংদা, করিগুম্বদা পাংকী ঈশিংদা অদুগা ঈকোমগী নংত্রগা ঈফুংকী ঈশিংদা য়ানশিন্দুনা য়াওই। থুমগী ময়াক য়াওবা ঈশিংবু ''থুমহি'' কৌই। অসুম্না সমুদ্রগী থুমহি, পাংকী থুমহি, থুমহি ঈফুং, থুমখোং থুমহি হায়না খঙনরি। থুমহি চেনবা সমুদ্র অমদি থুমহি চেনবা পাংশিংগী মনুংদা Dead Sea, Great Salt Lake শিংথাবা য়াই।[১] "Dead Sea" West Asia গী মনুংচনবা লমদম Jordan গী অৱাং নোংচুপ থংবা শরুক্তা লৈ। Great Salt Lake অসি America দা লৈ।[২] ভারতবর্ষগী ''সম্বর'' পাংসু থুমহি পাং হায়না শিংথাবদা য়াওই। সম্বর পাং অসি রাজষ্টান ষ্টেটকী থার দিজার্টগী নোংপোক থংবা ফিবান্দা লৈবনি। পাং অসি চীংনা কোইশিনবা কুংথবা মফমনি। অদুগা লৈমাইসু ঈপাক পাকপা ঈশিং চিথখিনবা ঈরমসু লৈতবা পাং মচাশিংসু মফমসিদা লৈ। নোং হেক তাবগা ঈশিং তুংই। নোং হাংখিবগা য়াম্না থুনা ঈশিং মনিল পাইখংখি। অদুগা Soluble salt মপৈ-মপৈ লৈহৌই। রাজষ্টানগী ''বিকানর'' সহরগী অৱাং-নোংপোক্তা কিমি ৭০ রোম লাপ্পা মফমদা লৈরিবা Lunkaransar Tal হায়রিবা পাং অসিসু য়েকম মওং মানবা মফমনি। চাওরাক্লা সক্লাইর কিলোমিটর ৩.৫ রোম চাওই। মফমশি কালেন থাদা পুংকং কংই। নোং তাপ্রবা মতুংদা মফমসিদা থুমহি শেমলকই। নুংশা মৈশানা য়ৈবদা ঈশিং মনিল পাইখংপ্রবা মতুংদা থুমগী শরুক লেমহৌই। মতৌ অসুম্না Lunkaransar Tal হায়রিবা লমদমসি থুম থোকপা থুম চাং নাইনা পুথোকপা মফম অমা ওইরি। অসিগুম্বা পাংশিং অসিদা থুম লৈরকখিবগী মরমসি মতম শাংনা য়েংনদুনা লাকলি। ওইথোকপা য়াবা মরম মরিখক পী।

১) মফমসিগী থুমসি থুমহি ঈফুৎতগী ওইরকখিবনি।
২) অকোয়বদা লৈবা রোকশিংদগী মফমসিদা থুম ফংবা ওইখোরকপনি।
৩) মফমসিগী থুমসি রান ওফ কুটছদগী নুংশিংনা পুরকপনি।

পাৎ মচাশিং অসিদা থুম থোকলিবসি মথক্কী মরম অহানবা অমসুং অনিশুবা অনিসিগী অপুনবা থৌশিল্লা ওইগনি হায়না ইকুই কুইদ্রিঙৈ মতমদা মফমদুদা তৌদুনা অমদি জিওকেমিকেলগী ওইবা থিজিন থবক পাংথোক্তুনা উৎখ্রে। হায়রিবা পাৎশিং অসিগী ঈশিংদা চান-থুমগী শরুকখক্ত নত্তনা পোটাস অমসুং বাইকার্বোনেট য়াওই। অদুগা তোঙান-তোঙানবা ইলিমেন্টশিংগী কার্বোনেটস, সল্ফেটস্ য়াওরি।[৩] থুমসি সমুদ্র ঈশিংদা চাগী চাংদা ২.৬ তগীনা ২.৯ ফাওবা য়াওই।[৪]

মালেমদা লৈরিবা পাৎশিং অসি অয়াম্বদি কালেন থা লাকপা মতমদা নোং মরাং কায়না চুবনিনা ঈশিংগী ঈমাই চোন্না লৈগল্লি। অদুবু ফ্রান্সগী কার্মাগতা লৈরিবা ''ফানগাসিয়র'' লেকসিদি কালেন থা লাকপা মতমদা লেক অদুগী ঈশিংদু মনিল ওন্দুনা পায়থৎখ্রগা থুমহিগী শরুক্লা কংশিন্দুনা অত্তৌবা উনগী মতৌগুম থুমপাক ওইনা লৈহৌই।[৫]

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**


1. Columbia Encyclopedia, Vol. 21, p - 6315 and Encyclopedia of Chemical Technology, Vol. 21, p - 205.
2. The Modern School Atlas, Edited by P. Srinivasan Pub. by TTK Healthcare Limited, Printing Division, India, p - 40, 52.
3. S.M. Mathur, Physical Geology of India. Pub. by National Book Trust, 1986, p - 70, 71, 72
4. Anil Kumar De, A Text book of Inorganic Chemistry, 1992, p - 251.
5. ''কালেন থা খুদিংগী ঈশিং মনিল ওন্দুনা কংবা লেক'' নহারোলগী থৌদাং, তাং ১৩-১১-০৬ ইং।

# ৩

# থুম শুংবগী কাংলোন (Manufacturing of Salt)

থুম শুংবগী কাংলোনসি মখল কয়ামুক থোক্লা লৈ। মরু ওইবা পনবা য়াবা খরদি ঃ

১) মহৌশা পাম্বৈনা থুম শুংবা।

২) লৈনুং থুমচাক্তগী থুম শুংবা।

৩) থুমহি লোন্দুনা থুম শুংবা।

৪) কেমিকেল রিএক্সনগী পাম্বৈনা থুম শুংবা।

**অহানবা থুমশুংলোন (মহৌশা পাম্বৈনা থুম শুংবা) ঃ**

সমুদ্রগী থুমহি চেনবা ঈশিংদা নুমিৎকী মৈশানা য়ৈবদা মনিল ওইনা পাইখৎপ্রবা মতুংদা "থুম মপং" লেমহৌই। মসিগুম্না থুম শেম্নসি সমুদ্র মপানগী কংফাললোমদা



হামজিনবা ঈশিং অথেনবা মফমদা শেমই। অসুম্না শেম্না থুম্বু "বে-সোল্ট" কৌই। ডসিগী মীরোলদনা "সোলর-সোল্ট" হায়না খঙনরে। অসুম্না শেম্নবা থুমসি পুমশেং-

শেংবা পোৎয়ান য়াওদ্রবা থুম হায়বদুদি ওইগ্রি ।[১] মতৌ অসুম্না শেমবা থুম মপৈ-মপৈ, হ্যামজিনবা সমুদ্র মপানগী অথেনবা মফমদা পৈদুনা লৈবগী শকতম লামায় ৭ তা উৎলি ।[২]

সমুদ্র তোর্বানগী অথেনবা মফম অদুগা পুম্রিগুম তুংশিন্দুনা লৈবা ঈশিংদা নুংশা মঙান্না য়ৈবদা মনিল ওইনা পাইখৎপা য়াবা পাইখৎম্রগা মগং ওইনা লেমহৌদুনা থুম ফংলিবা মফমসিবু ইংরাজীদা "সোল্টটরন" হায়না খঙনৈ। থুম শুংফম (শেমফম) হায়বনি । মতৌ অসুম্না ফংলিবা থুমসি চাগৎ-খোৎতংপগী মপাঙ্গল লৈবা সোদিয়মগা হূ চেনবা ক্লোরিন গ্যাসগা য়ানশিন্নরগা শেম্বনি । অসুম্না মহৌশা পাম্বৈনা শেন্নবা থুমসি লমদম লমদমদুগী খুনজাশিংনা করিগুম্বা অমত্তা কুপশিন্দনা ইহাং-হাংবা মখুৎনা ঈশিং ঈমায়দগী খোকৎলি । অসিগুম্নবা থুম পৈশিনবা অমসুং খোকৎপগী থবক খুৎশু, সিললগী (শ্রীলঙ্কা) খা-নোংপোক থংবা সমুদ্র মপান্দা লৈবা "হ্যামবানতোতা" হায়বা থুম শুংফমদা পাংথোকপগী শকতম অমা মখাদা উৎলি ।[৩]



চাংচংতা সমুদ্র ঈশিং লিটর অমদা থুমগী চাং গ্রাম ৩৬ য়াওই । মফম অয়াম্বদা সমুদ্র তোর্বানগী হ্যামজিনবা কংফান্না কোইশিনবা য়েংবদা পুম্রিগুম তৌবা (পুম্রি মানবা) ঈশিংগী মরেপসু থেনবা মফমদা সমুদ্রগী ঈশিংদু মপুং ফানা মনিল ওন্দুনা পাইথোকহনম্রগা থুম লৌনৈ । নিউজিলেন্দ লৈবাক্তদি সমুদ্র ঈশিংবু সাল্লো লেক্তা চিংশিল্লি । নুমিৎকী মৈশানা য়ৈহন্দুনা ঈশিংগী শরুকপু মনিল ওইনা পাইথোকহনখি । অদুগা লৈহৌবা থুম ফংই ।[৪] মনিল ওইনা পাইখৎখ্রগা লেমহৌবা থুম্না পাক্লা মরোল-মরোল নাইনা পৈখৎতুনা লৈবগী শকতম, মখাগী নমথোকপা ফোটোসিদগী উবা ফংই ।[৫]

দেল্লি, রাজস্থান, উরিষ্যা, তামিলনাদু, গুজরাটনচিংবা ষ্টেটশিংদা থুম ফংই হায়না শিংথাই।[৬] গুজরাট ষ্টেটসিদা লৈরিবা ইন্দষ্ট্রিশিংগী মনুংদা সোল্ট ইন্দষ্ট্রিসু য়াম্না মরুওইবা অমনি।[৭]



মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ


1. Columbia Encyclopedia, Vol. 21, p - 6315 and Encyclopedia of Science & Technology, Vol. 16, Pub. by MC. Graw hill; p - 16.
2. Ibid, p - 6314.
3. Science Library (Mather); Pub. by Time Life books, New York, 1963, p -(128-129).
4. My own Science Encyclopedia, Pub. by Hamlyn Publishing Group Limited, England, 1987, p - 33.
5. Ibid, PP
6. Atlas of India, Dreamland Publication, 2002, p- 57, 67, 105, 109, 143.
7. Ibid p - 109.


## অনিশুবা থুমশুংলোন (লৈনুং থুমচাক্তগী থুম শুংবা) ঃ

থুম য়াওরে খঙলবা লৈনুংদা লৈরিবা রোক সোল্ট অদু য়ৌনবা মখুল হুংকনি। মনুংদা পোকখাইহন্নবা পাম্প শিজিন্নগনি। পোকখাইহন্দুনা মচেৎ তারবশিংদু মপান্দা পুথোরক্কনি। মতৌ অসুম্না কুপ্ত-কুপ্পবা রোক সোল্ট ফংবা ঙমই। অসিগুম্বা মখলগী সোল্টসিদি মীওইবগী চিঞ্জাক ওইনা শিজিন্নবদা খুদোং চাদে।

করিগুম্বদা লৈনুং থুমচাক লৈফমদা পাম্প অমা শিজিন্নদুনা মখুল হুংতুনা পাইপ থাদে। পাইপ অদুদা ঈশিং থাজিন্দুনা থুমগী শরুক ঈশিংদা তুমহনলি। অসুম্না থুমহি শেমই। থুমহিদু মপান্দা চিংথোক্নুনা থুমহি লোন্দুনা থুম শুংই।

**মক্তেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**


1. Encyclopedia of Chemical Technology, Vol. 21, p - 209.


**অহুমশুবা থুমশুংলোন (থুমহি লোন্দুনা থুম শুংবা) ঃ**

মালেমসিদা থুমহি লোন্দুনা থুম শুংবগী শিজিন্নরিবা চৎন-কাংলোনসি মওং অহুম থোক্রা থেংনৈ।

**অহানবা মওং ঃ** গাইনরদা থুমহি হাপ্তুনা লোনলগা থুম শুংবনি। গাইনর অসি মযুং শাংবা মরাক চপতক তৌবা সাল্লোপেন অমনি। মসি মিটর ৫.৫ পাকই, মিটর ৪.৬ লুই, মিটর ৪৬ শাংই। থুমহিসি তরা মকোনগী (কোইল) পাম্বেনা শাহনবনি। মনিল পাইথোকপ্পগা ক্রিস্টলগী সকলোন্দা থুম শেমলকই। মসি গাইনরগী মখা থংবা লৈমায়দা (বোটম সর্ফেস) পৈশিল্লকই। থুম মপংশিংদু কোংথোক্তুনা চুমথোকই। ঈশিংদা চামথোকই। মথংদা কংহল্লী। নিংথিজনা ইংহল্লী। মচেৎ-মচেৎ মকুপ থোক্রা থুগাই। অসিগুম্বা থুমসি "গাইনর সোল্ট" হায়না খঙনৈ। মসিগুম্বা মখলগী থুমসি জবৌ-জবৌই। পোৎয়ান কয়াসু য়াওই। শেংফাত্তবা থুম হায়বদু ওই।

**অনিশুবা মওং ঃ** থুমহিসি ইভাপোরেটরদা হাপ্তুনা লোনবনি। ইভাপোরেটর অসি অহানবা, অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা নাইনা মথাং অহুম থোক্রা শেমই। মসিগুম্বা মখলগী খুৎলাইসিবু "ট্রিপল ইফেক্ট ইভাপোরেটর" হায়না খঙনৈ। অহানবা থাক্কী ইভাপোরেটর অসি ভ্যেকুম ওইদি ওই অদুবু চাং য়াম্না নেম্না ওই। অনিশুবা ইভাপোরেটরদা ভ্যেকুম ওইবগী চাং হেনগৎলকই। অসুম্না অহুমশুবা থাক্কী ইভাপোরেটর দি পর্ফেক্ট ভ্যেকুম ওইরে। মসিদা প্রেসরসি হনথবা য়াবা হনথরে। হনথবা প্রেসরদা থুমহি লোনবনি। অহুমশুবা থাক্কী ইভাপোরেটর দা ১১০°F (৪৩°C) দা থুমহিসি শৌরে। অহুমশুবা ইভাপোরেটর গী মখা থংবা লৈমায়দগী ২০% সোল্ট সলুররি লৌথোকই। অনৌবা থুমহি অহানবা ইভাপোরেটর দা অমুক হাপচিলই। কোংথোক্রবা থুমদু চুমথোকই অদুগা চামথোকই। ৩৫০°F দা শাহন্দুনা কংহনগনি। মসিগী মতুংদা অশোই-শোইদ য়েংলগা য়োমশিন-থোমজিনবা য়াপ্রে। মতৌ অসুম্না শুংবা থুমবু ভ্যেকুমপেন সোল্ট হায়না খঙনৈ।

**অহুমশুবা মওং ঃ** প্রেসরগী শাফু কনহনলবা হিতরদা থুমহি হাপতুনা লোনবনি। লোনলিবা থুমহিসি মথংদা গ্রেভেলর হায়না খঙনবা অচৌবা সিলিন্দরগী পাত্রা অমদা থংজিল্লী। মসিদা নুং খরা মখে য়াওরি। থুম ওইরকপগী থৌশিন পরিংদা য়াওরকখিবা পোৎয়ান কেলসিয়ম সলফেট হায়রিবা পোৎশকসি নুংশিং অসিদা নপশিন্দুনা লৈহৌই। পাম্বে অসিগী মখাদা শুংবা থুমবু Alberger সোল্ট হায়না খঙনৈ।

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**


1. Encyclopedia of Science and Technology, Vol. 16, Pub. by Mc Graw Hill, p - 16.
2. Encyclopedia of Chemical Technology, Vol. 21, A Wiley Interscience Publication, John Wiley & Sons, New York, p - 213, 214.


## মরিশুবা থুমশুংলোন (কেমিকেল রিএক্সনগী পাম্বৈনা থুম শুংবা)

কেমিকেল রিএক্সনগী পাম্বৈনা চান-থুম শেম্বা, শুংবা য়াই। ঈশিং মনিল য়াউদবা হায়ড্রোজেন গ্যাসকা ক্লোরিন অমসুং সোদিয়মগা তোংন-থেংনরগা চান-থুম থোকহনলকই। অসুম্না শেমলবা থুমসি কেমিষ্ট্রীগী লোন্দা সোদিয়ম ক্লোরাইদ হায়না খঙনৈ।[১]

থবক ওইনা, রিএক্সনগী পাম্বৈনা থুম শুংবগী থৌওং ঃ সমুদ্র ঈশিংদগী ফংবা থুমসিদা পোৎয়ান কয়া য়াওরি। মখোয়দুদি - সোদিয়ম সলফেত, কেলসিয়ম সলফেত, কেলসিয়ম ক্লোরাইদ, ম্যাগনেসিয়ম ক্লোরাইদ পনবা য়াই। সমুদ্র ঈশিংদগী ফংবা থুমসি চাং য়ামফাংতনা ঈশিংদা তুমহনগনি। লৌথোকপা য়াবা পোৎয়ান লৌথোক্লবা চুমথোক্কনি। চুমথোক্লবা মহিসিদা ঈশিং মনিল য়াওদবা হায়ড্রোজেন ক্লোরাইদ থাজিন্দুনা থুমহি অসিবু সেচুরেতেং ওইহনগনি। মতমদুদা অশেংবা সোদিয়ম ক্লোরাইদগী ক্রিস্টলশিং তোঙাল্লা খাইদোকই। লেমহৌবা মহিদুদা কেলসিয়ম ক্লোরাইদ, ম্যাগনেসিয়ম ক্লোরাইদ অদুম্মক য়াওশিন্দুনা লৈহৌরে। সোদিয়ম ক্লোরাইদগী ক্রিস্টেলশিং অদু চুমথোক্নুনা লৌথোক্লগা কনসেনত্রেতেং হায়ড্রোক্লোরিক এসিদনা চামথোক্কনি। মতাংসিদা থুমসিদা হায়ড্রোজেন ক্লোরাইদ য়াওশিনখিনি। মসিবু মপুংফানা তানথোকখিনবা এসিদনা চামথোক্লবা থুমদু কংনবা মৈশা শীশিনগনি। মপুংফানা কংলবা থুমসি অশেংবা চান-থুম ওইরে।[২]

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**


1. Britannica Encyclopedia, Vol. 10, p - 363.
2. A Text book of Inorganic Chemistry, Anil Kumar De, Wiley Eastern publication, New Age International, 1992, p - 251.

# ৪

# থুমগী মতিক-ময়াই

চান-থুমগী মতিক -ময়াই নৈনবদা তাঙ্কক্ মরি থোক্না নৈনবা য়াই।

**অহানবা তাঙ্কক ঃ শকওং-শক্তাগী মতিক-ময়াই** (Structural Properties) **ঃ**

(১) থুমগী মশাসি সোদিয়ম অমসুং ক্লোরিনগী অরুপ্পা চাগী চাংদা মথংশিংনা ৩৯.৩৩৯ অমসুং ৬০.৬৬১ না পুনশিল্লগা শেম্বনি।

(২) আইওনিক ক্রিস্টল ওই।

(৩) য়াওরিবা এতোমশিং অদু কিউবীক লেত্তিস ওইনা শীন্দোক্লুনা লৈ।

(৪) চান-থুমগী মোলেকুলশিংদু ক্রক-ক্রক ইন্ননা পুনশিন্দুনা লৈ।[১]

**অনিশুবা তাঙ্কক ঃ মপানথোংগী ওইবা মতিক-ময়াই** (External physical properties) **ঃ**

(১) অশেংবা থুমদি মচু লৈতে।

(২) ইনফ্রারেদ মঙালগী মনাক নকপা অমদি ময়াই ওইবা পংথৈদা থুমসি মঙালনা ফাওদুনা চৎপা ঙম্বা পোৎশক (transparent) ওই।

(৩) চান-থুমনা ঈশিংদগী শরুক ২.১৬৫ হেন্না লুমই।[২]

(৪) থুমদি ঈশিংদা তুম্বা ঙমই। ঈশিংগী শাবগী চাং হেল্লি মখৈ থুমগী চাং হেন্না তুমহনবা ঙমই। ঈশিংসি অমুক হন্না মৈদা লোনবদা থুম অমুক হন্না ফংবা ঙমই। মসি মীতৈ খুন্নাইদা পাউখোং ওইনা চন্নদুনা শান্নরম্মী। মদুদি - "ঈশিংদা তারগা শিবা মৈদা থারগা হিংবা করিনো? - থুমনি"।[৩]

(৫) চান-থুমসি ঈশিংদা শায়না তুমজরবসু য়ুদদি (alcohol) তুম্বা ঙমদে।[৪]

(৬) থুমসি polar solvant দা তুমই। non-polar solvant দা তুম্বা ঙমদে। থুমনা মখাদা পীরিবা পোৎশক খরসিদা তুম্বা ঙমই।

| | সোলভেন্ট | | টেমপেরেচর |
|---|---|---|---|
| (ক) | মেথানোল | - | ২৫°C |
| (খ) | ইথানোল | - | ২৫°C |
| (গ) | ফোরমিক এসিদ | - | ২৫°C |
| (ঘ) | লিক্বিদ এমোনিয়া | - | (-৪০°C) |
| (ঙ) | ৱাটর | - | ০°C।[৫] |

(৭) থুমসি মনম চেনদে। মহাও খরমখৈদি লৈ।[৬]

(৮) সাইন্নগী ওইবা লোন্দা চান-থুমসি হাইগ্রোসকোপিক ওইবা হায়না লৌনৈ। মসিগী ৱাহনথোকতি - মীয়ামগী ওইনা লৈনরিবা অইং-অসাগী চাংসিদা চান-থুমনা নুংশিংতগী ঈশিং মনিল চুপশিনবা ঙমই হায়বনি।[৭]

(৯) শৌদোকহল্লবা থুমদি ইলেকত্রিক চার্জনা ফাওদুনা চংশা ঙম্না পোংশক ওইরকই।

**অহমশুবা তাঙ্কক ঃ** নুংগী ওইবা মতিক-ময়াই (Internal physical properties) ঃ

| প্রোপরতি | | ভেল্যু |
|---|---|---|
| (ক) মের্লাতিং পোইন্ত | - | ৮০০.৮°C (৮১৫°C*) |
| (খ) বোইলিং পোইন্ত | - | ১৪৬৫°C |
| (গ) দেনসিতি | - | ২.১৬৫ গ্রা/কু. সে. |
| (ঘ) হার্দনেস | - | ২.৫ |
| (ঙ) রিফ্রাক্তিভ ইন্দেক্স | - | ১.৫৪৪ |
| (চ) স্পেসিফিক হিত | - | ০.৮৫৩ জু/গ্রা/°C |
| (ছ) হিউমিডিতি (২০°C) | - | ৭৫.৩%[৮] |

**মরিশুবা তাঙ্কক** (Chemical properties) ঃ

(ক) চান-থুমসি concentrated sulphuric acid গা লোয়ননা মৈশা শীশিনবদা hydrogen chloride হায়না খঙনবা পোংশক অসি শীথোরকই।



$$NaCl + H_2SO_4 (conc.) = NaHSO_4 + HCl\uparrow$$

(খ) চান-থুমসি manganese dioxide অমদি sulphuric acid গা লোয়ননা মৈশা শীশিনবদা chlorine শীথোরকই।



$$2NaCl + MnO_2 + 2H_2SO_4 (Conc.) = MnSO_4 + Na_2SO_4 + 2H_2O + Cl_2\uparrow$$

---

*A text book of Inorganic Chemistry, Anil Kumar Dey, P-252

মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ

1. Encyclopedia of chemical Technology, Vol. 21, p. 208.
2. Ibid pp and Britannica Encylopedia, Vol. 10, p. 363.
3. ও. ভোগেশ্বর, "পুংকক চাউরবা অঙাংশিংগী পাউখোং" ফিদম বারেং (অহানবা), এদিতের বাই খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৮৪, লাঃ ২৪।
4. A Text book of Inorganic Chemistry, Anil Kumar De, New Age mternational, 1992, p. 252.
5. Encyclopedia of chemical Technology, Vol. 21, p. 208
6. Columbia Encyclopedia, Vol. 21, p. 6315.
7. Britannica Encyclopedia, Vol. 10, p. 363.
8. Encyclopedia of Chemical Technology, Vol. 21, p. 208.
9. A Text book of Inorganic Chemistry, Seventh Edition by Anil Kumar De, Pub. by Wiley Eastern Limited, New Age International Limited, New Delhi, London, P. 252.

# ৫

# থুমগী শিজিন্নফম (চন্নফম)

থুমসি হিরম কয়ামুক্তা শিজিন্নে। থুমগী চন্নফমসি মখাগী অসুম্বা চাওরাকপা খরদং শিংথাবা য়াই।

(১) মীওইবগী চিঞ্জাক ওইনা শিজিন্নরিবা মচনশিংগী মনুংদা চান-থুমসু থোইদোক্না লিরবা পোংশক অমনি।[১] তৎন-থানবা য়াদ্রবা থুম অসিবু চাদনা মীওইবনা হিংবা ঙমলোই। থুম চাদ্রবদি থুম অমদি ঈশিংগী খল কায়হন্দুনা হকচাংদা শাথিনা অকায়বা থোকহনগনি।

(২) রোক-সোল্ট অকুপ্পদি শা-ষণগী মচিঞ্জাক পীজবদা শিজিন্নে।[২]

(৩) উন্ লুম্ - থানা তাবা লমদমদা, উন্ মতুম্ অমসুং উন মরিক-মরিকশিংনা লম্বী ফুমজিন্দুনা চংথোক-চংশিন্দা খুদোং চাহন্দে। অসিগুম্বা মফমদা লম্বীদা উন শৌদোকহন্নবা থুম চাং হেন্না পাকশন্না চাইথোকনে।[৩]

(৪) ঐথোয় মীওইবনা অচাপোং চাবদা থুম্না মহাও হেনগৎহনবদা নত্তনা অশেন্বা শা-ঙা মশা নাহন্দনা, পৎথ-পুমথহন্দনা থম্বদা থুম শিজিন্নে। করিগুম্বদা ওন্না অকংবা অমদি অয়াইবা শেন্বদা মচু ফজনবা থুম থাকনে, নোইশিন্নে।[৪]

(৫) খুৎ-শা হৈবা শু-নোম্বা শিনশুগী মতাংদা ঃ

গ্লাস, চফু অমদি সাপোন শাবদা, লং মচু শংবদা থুমসি কেমিকেল অমা ওইনা শিজিন্নে। শউন নোইহবদসু থুম শিজিন্নে।[৫]

(৬) অশেংবা থুমদি ইনফ্রা-রেদ স্পেক্ত্রোফোটোমিটরিদা সেল ব্রিন্দো ওইনা শিজিন্নে।

(৭) থাম্নঙৈদগী ঙসি ফাওবদা মণিপুরদা অনা-লায়েংদা হিদাক শেন্নগী মচন অমা ওইনা থুমসি শিজিন্নরি। "তৌরিক-তৌবোম" হায়না খঙনবা লায়না অমা লৈ। লায়নাসিগী লাইওংদি ঃ - হকচাংগী মফম খরদা ঈশিং হান্দুনা ফুরিগুম চাওতক-চাওতক পোমখৎপা। অপোম্বদু পোকখায়রবা মতমদা ঈশিং থোকলকই। মফমদু লায়জৌদুনা লৈগনলি। লায়না অসিগী হিদাক শেন্বদা মীতে থুমসু মচন অমনি।[৬]

"চকেম লাই" হায়না খঙনবা লায়না অমসুং মীতে মাইবশিংগী লায়েংলোন্দা লৈরি। লায়নাসিগী লায়ওংদি হুকচাংদা ফুরি মচা-মচা থুংবা। য়াম্না হাকৎচবা। ফুরি মতোন্দা হমব্রু মুনা কাবা লাইওংনি। লায়নাসিগী হিদাক শেম্বগী মতাংদা পি ইবোমচানা ইবা "হিদাকলোন" কৌবা ব্রায়েং অমদা অসুম্না ইরি - "চকেম লাইগী হিদাকপু হায়রককে - চেং মরম ৭কী চকেম পুন্না তকও। হুপ মতোন ৭কী মহিনে, সিংখা (সিং অখাবা) মহিনে, গুণ মরুনে, মীতে থুমনে অসি খৈবিকপু তিন্দুনা নুরা ননবগুম তক্কুনা তৈও ফবনে"।[৭]

চাবা তুম্বা ঙমদবদগী পূক থিনবা, য়েকপা তৌরবদি এনশীল অশুবগী মহী (চা গ্লাস তম্থায়মুক) মৈদা শাহল্লগা মীতে থুম খজিক্তং য়ানশিন্দুনা পীথক্লগা থুনা ফৈ।[৮]

(৮) চান-থুম্বু ফ্লুওরাইদ আইওন পুবা পোৎশক অমা ওইনা লৌনৈ। লোয়ননা মালেমসিগী লমদম খরদদি য়ারি-য়াখোং য়াগী লায়না ঙাকথোকপদা চান-থুম্বু শিজিন্নৈ। অদুগা ভারততবর্ষদনা থুমসি আইরন অমসুং কেলসিয়ম পুবা পোৎশক ওইনা খন্নৈ।[৯]

মণিপুরদসু থায়নঙৈদগী ঙসি ফাওবদা অহন লমনশিংনা চাক-চাবা হেক লোইবদা চিন তেংত্রিঙৈ, য়াদা মীতে থুম (হুজিক্কা চুম্নগী থুম) শিংপা চৎনরি। মসিনা য়া পুনসিহল্লি হায়না অহনশিংনা তাকপী। মথক্কী আইতেম ৮ গী ব্রাফমসিগা য়াম্না চুশিন্নৈ। ব্রাফম অমনা থুম মপংনা শিংপসিনা য়া তুমশিনহল্লি হায়নবসু লৈ।

(৯) মীওইবগী মশাদা আইওদিন চাং চানা য়াওননবা হোৎনবদা মীওইবগী চিঙ্গাক অমদা আইওদিন য়াওহনখিবা তঙাইফদে। মীওইবগী চিঙ্গাক অমদা আইওদিন হাপচিনবা তারকই। অদুনা লাইরা-ইনাকখুনবা খায়দনা মী অয়াম্বনা চানরিবা থুম্বু আইওদাইজ তৌনবা চিঙ্গাক ওইনা শিজিন্নৈ। চান-থুম্বু আইওদাইজ তৌবসি আমেরিকাদদি ইং ১৯২৪ দগী চৎনরকলে।[১০]

(১০) খুন্নাই কাংলোনগী থৌরমদা থুম শিজিন্নৈ।

(ক) ঙল্লিঙৈ মণিপুরদা লৈবাক্কী মপী-মপা ওইরিবা নিংথৌনা মচা-মনাই মতিক মথৌনা লৈবা, শাদা-লালদা থৌবা মীদা মনা-মথুম পীবদা থুম্বু মরুওইবা পোৎশক অমা ওইনা শিজিন্নরম্মী। "কৈ ফাবগী মনা পীবদা, মী ১০না কৈ ফারবসু মনা পীগদবদি মীওই অহুমখক্তনি। অহানবা নীপাদা লৌ অমা থুম নাম্মা পীগনি। অনিশুবা নীপাদা থুম নাম্মা ফি মখাই পীগনি। অহুমশুবা নীপাদা থুম নাম্মা পীগনি"।[১১]

থুম নাম্মা = থুম্বোন নাম্মা = থুম মপাক ১০০

(খ) মণিপুরদা থায়নঙৈদা নিংথৌগী থৌগল তৌবা মীশিংবু মনা-মথুম পীবা চৎনরম্মী। অসুম্না মনা পীবদা থুমসু মনাগী মচন অমা ওইনা শিজিন্নৈ।

"চোঙ অঙাংবা পুইয়ে। হুমাই, থাঙ পুইয়ে। পোৎচঙদি পলেনদগী ফৌপোং ৬০ ফংজেয়ে। বাইচা লমপেৎ ৭ চায়য়ে। থুমপোং ১ ফি ৬ ফংজেয়ে"।[১২] থুমপোং ১ = থুমবোন ১

(গ) মীতৈগী লাইনিং লম্বীদা থুমসি লাইদা কংপদা শিজিন্নে, "মদাইরেম চকপা লমলাং মাহিবী মংজুম্বীনা ফৈরোই মঙদা লুক্তা চল্লৌ লারোল ঙাইথিংয়ে, চেংঙৌ ফাহাপ্লা য়েকম কাংখিন্না, তরেৎ শেন্দি মরাই ই, নোইনু থুমদি কাকুপ্পা শিংশিংলাগা য়োম্না খোমলেন মংজংথখিয়ে"।[১৩] থুমসি মরুওইবা পোৎশক অমা ওইনা লৌনবা অমদি লাইনিং-লাইশোন্দা থুমু চন্নবগী বাখল্লোন্নী। তেকতা কাইদনা মতম শাংনা থম্না য়াবগীদমক থুমু মমল য়াম্ব, মশক নাইবা পোৎশক অমা ওইনা লৌনৈ।

ঐখোয় মীওইবা মরক্তা লৈনরিবা তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরি, মীওইবগা তাইবং মপু মাগা লৈনরিবা মরিগী নিংথিবা নুংলোন বারীগা থুমগা শম্ন-বাইনবগী বাখললোন ফোঙদোকপা তেনতকপা বাহে পরেং পারসিয়ান লোন্দা, আরবিক, গ্রীক লোন্দা, ইহুদীগী লাইরিক্তা ইরম্বশিংগী বাফমসু লৈরি। শম্না হায়রবদা মালেম পুম্বগী ওইবা বাফমদসু থুমসি য়াম্না মমল নাইবা খোংদগী থোকপা পোৎথোকনি হায়না লৌনবগা লোয়ননা থায়নঙৈদা লাইনিং লাইশোনগী হৈকৎ-লৈকৎপদা থুমসি য়াম্না ফজবা বাহল্লোক লৈবা পোৎশক অমা ওইনা শিজিন্নরম্মী চন্নরম্মী।[১৪]

(ঘ) থায়নঙৈ মণিপুরদা পোৎকা-পোৎকা ওন্নদুনা লল্লোন-ঈতিক তৌবগী চৎনবী লৈরম্মী। পোৎকা পোৎকা শিন্নবদা থুমসি মরুওইবা পোৎশক অমা ওইনা শিজিন্নে। চীংমীশিংনা চীংগী লমদা ফংবা শিং, য়াইঙং, লশিংগা তম্পাক্কী মীওইশিংদগী থুমগা ওন্নরম্মী।[১৫]

মতেং লৌথিবা লাইরিকশিং ঃ


1. Encyclopedia of Science and Technology, Vol. 16, p. 16.
2. Encyclopedia of Chemical Technology, Vol. 21, p. 209-210.
3. Columbia Encyclopedia, Vol. 21, p. 6315.
4. Encyclopedia of Chemical Technology, Vol. 21, p. 219.
5. Lexicon Encyclopedia, Vol. 17, p. 38
6. পি ইবোমচা "হিদাকলোন", উমংলাই খুন্দা, মশীঙ ২৯। ৩০, এদিত, খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৮৭, লাঃ ৯
7. Ibid, pp
8. ডা. শিশম হেরাচন্দ্র সিংহ, ইন্টর্নেসনেল অৱাদী, "মনা-মশীং মরক্তগী এনশীল অমসুং পেরুক", ইরৈবাক, ৮-৭-২০০৪।

9 Encyclopedia of Chemical Technology, Vol 21, p 220

10 Ibid, pp

11 ''থাইনগী চৎনলোল খন্না'', এদিতোরিএল কলম, উমংলাই খুন্দা, মশী ২ । ৩ শুবা, ১৯৮০, লাঃ ২

12 ও. ভোগেশ্বর, ''লোয়না শিন্‌লোন্'' ১৯৬৭, লাঃ ২৯ ।

13 গৌরচন্দ্র ময়াংলম্বম, 'খৌবান থাবা হিরান'', ১৯৭৮, লাঃ ৩১ ।

14 Britannica Encyclopedia, Vol 10, p 363

15 T C Hodson, "The Meitheis", 1989, p 29

# ৬

# মালেমসিদা থক্লা-ঈশিং ফংফমগী ওইরক্লিবা ফিভম

সমুদ্র ঈশিংদা পোংচাক মচন কয়া য়াওই। মখোয়গী মনুংদা থুমগী মচন্না স্থাইদগী হেন্না য়াওই হায়বসি মখাগী চার্টসিদগী খঙবা ঙমই।[১]

সমুদ্র ঈশিংদা য়াওবা মচনশিং ঃ

| মচাক-মচন | | অরুস্বা % |
|---|---|---|
| (ক) সোদিয়ম ক্লোরাইদ | - | ২.৬৮০ % |
| (খ) মেগনেসিয়ম ক্লোরাইদ | - | ০.৩২০ % |
| (গ) মেগনেসিয়ম সলফেত | - | ০.২২০ % |
| (গ) কেলসিয়ম সলফেত | - | ০.১২০ % |
| (ঘ) পোতাসসিয়ম ক্লোরাইদ | - | ০.০৭০ % |
| (ঘ) সোদিয়ম ব্রোমাইদ | - | ০.০০৮ % |
| (ঘ) ঈশিং | - | ৯৬.৫৮২ % |

সমুদ্র ঈশিংদা য়াওবা মপুং ওইবা পোংচাকশিংগী অথোই-অহেনগী চাং সমুদ্রগী মফম খুদিংদা মান্নজরবসু থুমহি য়াওবগী চাংদি মফম-মফমগী ওইনা থেন্নে।[২] ঈশিংদা তুম্বা ঙম্বা পোংশক ওইনা সমুদ্রগী ঈশিংদা য়াওরিবা পোংচাকশিংগী মনুংদা চাদা ৮০ দি থুমগী শরুক ওই।[৩] কংফানগী য়োক্তা য়াওবা থুমশিং তুরেল ঈচেলনা পুথখিদুনা সমুদ্রদা তাখি। অসুম্না সমুদ্র ঈশিংদা থুম য়াওশিনখি। সমুদ্রথক্তদা নত্তনা মহাসাগরদসু শন্দোকখি। অদুবু কংফান্দগী সমুদ্র তম্না চেক্কুরিবা ঈশিংখোং অমদি তুরেলদা য়াওরিবা থুমগী চাংসি অদুক্কী মতিক য়াম্না নেমশ্রে মদুদি চুম্না চীন, য়া, লৈনা মহাও তংবদা থুমগীময়াক খঙবা ঙমদে। চাংয়েংশংদা বৈজ্ঞানগী পাম্বেনা চাংয়েং তৌরগা খঙবা ঙম্বনি। অদুগা বাফম অমনা সমুদ্র ঈমাইথক্তগী নুংশিংনা কংফান তম্না হুমলকপদা য়াওরকখিবা ঈশিং মনিলদা থুমগী চাং শুকয়াওমক য়াওদে। অদুনা "Salt movement" অসি One-way-traffic ওই হায়না শৈথানৈ।[৪] অদুগা অমুকসু অসুম্না থেংনৈ - সমুদ্রদগী কংফান তম্না শিংলকপা

লিরিবা নুংশিংতা থুমলিক্কী পারবা ঈপোমসু য়াওন্নরকই। শাগোন্নরকপা থুমলিকশিংবু লিরি হুন্না মালংবনা সমুদ্র তোর্বান্দা হৌবা মনা-মশিং হৈপান-লৈপানশিংদা খিকথবিরম্মী। মসিবু "Salt-spray" হায়না শিংথাই।[৫]

অইংবা সমুদ্রদগীদি শারণ তৌবা সমুদ্রদনা থুমগী ময়াক হেন্না য়াওই। মসিগী মরমদি নুংশা মৈশানা ঈশিংদা য়েবদা ঈশিংগী শরুক্তা মনিল ওন্দুনা পাইখৎত্রগা থুমগী শরুক্তা লেমহৌই। অসুম্না থুমগী চাং ব্রাংখৎলকই।

মালেমগী লৈমাইথক্তা তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা সন্দোক্তুনা লৈরিবা ঈশিংগী চাংগী মতাংদা মখাদা পীরিবা রেকোর্ড অসি থেংনৈ।[৬]

**Distribution of Water on Earth**

| | | |
|---|---|---|
| Oceans | - | 97.200% |
| Ice - caps | - | 02.00 % |
| Ground Water | - | 00.620% |
| Fresh Water Lakes | - | 00.009% |
| Inland Seas and salt lake | - | 00.800% |
| Atmosphere | - | 00.001% |
| Rivers | - | 00.001% |

মালেমসিদা ফংলিবা অপুন্না ঈশিংগী ৯৭ % দি মহাসাগরগী ঈশিংনি হায়বসি মমেক শেংলে। মহাসাগর অমদি সমুদ্রগী ঈশিংসি মীওইবগী চান-থক্নবা ওইনা শিজিন্নবদা চুনদে। মসি সমুদ্রগী ঈশিংদা থুমগী চাং ব্রাংনা য়াওবননি।[৭] ঈশিং ঈনৌদা থুমগী চাং য়াওবদগীদি সমুদ্র ঈশিংদনা শরুক ২০০০ (লিশিং অনি) হেন্না য়াওই।[৮] মালেমগী লৈমায়গী অপুনবা শরুক্কী চাদা ৭০ দি ঈশিংনি। মসিগী মনুংদা ৯৭.৫ না থুমহি চেনবা ঈশিংনি। অদুগা লেমহৌরিবা চাদা ২.৫ না থুমহি চেন্দবা ঈশিংনি। শরুক মরি থোকপগী অহুমলোমনা উন ওইনা ফমজিন্দুনা লৈ।[৯] থুমসি সমুদ্র ঈশিংদা চাগী চাহদা ২.৬ তগীনা ২.৯ ফাওবা য়াওই।[১০]

ঈশিং য়াওদনা থরাইপানবা অমত্তনা হিংদুনা লৈবা ঙমদে। মালেম অসিগী লৈমায় অসে শরুক মরি থোকপগী অহুমদি ঈশিংনি। অসুক মরাং কায়না লৈরিবা ঈশিং অসিদা ঐখোয় মীওইবনা নুংতিগী শিজিন্নবা খুদোং থিনিংঙাই ওইরবা "অশেংবা ঈশিং" বুদি মরাং কায়না ফংবা ঙমদ্রি। ঐখোয় মীওইবগী হকচাংদা খুদোংথিনিংঙাই ওইবা মাইক্রোওর্গানিজমশিং হায়বদি মহিক-মতাই য়াওদবা অদুগা ঈশিং থৌরাংবদি কোকহনবা ঙম্না মখলগী ঈশিংবু "থকপা য়াররবা, সেফ ড্রিঙ্কিং ৱাটর" হায়না খঙনৈ। মালেমসিদা ফংলিবা অপুনবা ঈশিংগী চাদা অহুমখক্তমক ফ্রেশ ৱাটরনি। মসিসু মহিক-মতাই চেনবা

অমদি মোংপনা মীওইবনা শিজিন্নবদা খুদোংথিনিংঙাই ওই। ঈশিংদা অমোং-অকাই য়াওরক্লিবা অসিগী খ্বাইদগী মরুওইবা মরমদি তুংদুনা নৎত্রগা চেহ্নরক্লিবা ঈশিং অসিদা মপান্দগী মহিক-মতাই য়াওনা অতে হু চেনবা ঈশিংদা তুম্বা ঙম্বা মচলশিং য়াওশিনখিবদগীনি। অসিদা নত্তনা মওং কয়াদা মহৌশা অকোয়বগী ফিভম হোংলকপা অমসুং কল-কারখনাদগী অমদি ইমুং-মনুংদগী থাদোরকপা লেমহৌখাক ওইরবা লোয়ননা মওং অমদা শিজিন্নরবা মতুংদা থাদোরকপা মহিশিং মখল কয়াসিনা অশেংবা ঈশিংদুদা ঈতিনখিবদগীনি। মসিদা নত্তনা লৌউ-শিংউগী পোথোক হেনগৎনবনি হায়দুনা লৈবাক্তা হার অমদি তীলহাৎ হিদাক, নাপী হাৎনবা হিদাক্রুচিংবা পাক-শন্না শিজিন্নরকপা ময়ামসিগী মচুম্না লৌখোং অমদি তুরেল য়ৌরক্তুনা কিনিংঙাই ওইরবা ঈশিং ওইহনবসিসু তোয়না থোকলি।[১১]

কা হেন্না সোল্টি ওইবা ঈশিংদা মখল-মখা কয়াগী মহিক-মতাং য়াওই হায়বগী ৱাফমসু লৈ। মেদিটেরেনিয়ান সিগী নোংপোক থংবা শরুক্তা ঈশিং ঈরোলনুং লৈখাদা লৈবা কা হেন্না সোল্টি ওইবা ঈসিংদা প্রিমিটিভ বেক্টরিয়া য়াওই হায়বসি নেডরলেন্দ ওফ গ্রোনিংজেন ইয়ুনিভর্সিটিদা রিছর্চ তৌবা খোংবু অমনা খঙবা ঙমম্রে। ওক্সিজেনগী চাং হহ্নুনা য়াওবা চহি ৬,০০০,০০০ শুরবা অরিবা থুমহি পাৎসিংদা মাইক্রোবশিং য়াওই হায়বসিসু মখোয়গী রিছর্চ ৱার্ককী মহে ওইনা ফংম্রে।[১২]

মালেমসিদা লৈরিবা ঈশিংগী অপুনবা চাংগী মনুংদা অয়াম্বা শরুক ওইরিবা সমুদ্র অমদি মহাসাগরগী ঈশিং অসি থুমহি চেনবনা চাবা-থকপগী ওইনা শিজিন্নবা য়াদে হায়বসিমা তশেংলে। অদুগীসু মথক্তা কা হেন্না সোল্টি ওইবা ঈশিংদা মহিক-মতাং য়াওবগী ৱারোলসু লৈরে। ঐখোয় মীওইবনা চাবা-থকপদা শিজিন্নরিবা ঈশিংসি থুমহি চেন্দবা অচম্বা ঈশিংনি। ঐখোয় মীওইবনা চাবা-থকপদা শিজিন্নবা য়ারিবা থুমহি চেন্দবা অদুগা মহৌশাগী রিছোর্স ওইবা অচম্বা ঈশিংগী দিমান্দ নোংম-নোংমগী হেনগৎলকলি। ঙসি মালেমসিদা লৈরিবা অদুগা তুংদা ওইরক্কদবা মী মশিংগী শিজিন্নবা কোন্ননবা অচম্বা ঈশিং মতিক চানা ফংলকতবা য়াবগী অকিবা ঙসিগী মীরোলদা ফাওনরে। অদুনা ইং ২০০৩ অসি "ইন্টর্নেসনেল ইয়র ওফ ফ্রেস ৱাটর" - "মালেমগী থুমহি চেন্দবা ঈশিংগী চহি" হায়না য়ুনাইটেদ নেসন্সনা পালন তৌম্রে।[১৩] থুমহি চেন্দবা ঈশিংগী চহি ২০০৩ গী থৌরম পাংথোকপসিদা ভারতকী ওইনসু মিনিষ্ট্রি ওফ ৱাটর রিছোর্সেস গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়ানা পান্দম খরা থমলি। মখোয় অদুদি

১) থুমহি চেন্দবা ঈশিং য়াম্না তাংনা ফংলিবা অসিগী মতাংদা ষ্টোকহোল্ডরশিংগী মরক্তা এৱেয়রনেস হেনগৎহনবা।

২) থুমহি চেন্দবা ঈশিংবু মাঙহন্দবা অমসুং নিংথিনা শিজিন্নবা।

৩) থুমহি চেন্দবা ঈশিংগী ক্বালিটি অমসুং ইকোসিষ্টেমবু ভুংশিনবা।

৪) থুমহি চেন্দবা ঈশিংগী রিছোর্স হেনগৎহনবা।

৫) মথক্কী থৌরাংশিং অসিবু মায় পাক্না পাংথোকপা ঙম্নবা খুন্দা-লৈতামিন্নরিবশিংগী মরক্তা রাখল ফাওদোক্লদুনা অচেৎপা ফীরেপ লৌবা ঙম্নবগীদমক কম্মিউনিটি পার্টনরসিপ শেম্না।[১৬]

ভারত লৈবাক্কী ওইনসু ইং ২০০৭ অসিবু "ঈশিংগী চহি" হায়না ভারত সরকারনা লাউথোকখ্রে। চৎলিবা চহি অসিদা ঈশিংগীদমক চেকশিন থৌরাং কয়া পায়খৎকদৌরি। মখোয়দুদি ঃ

১) প্রাইম মিনিষ্টরনা চিয়ারমেন ওইরগা চিফ মিনিষ্টরশিং য়াওবা "বাটর রিছোর্সেস কাউন্সিল" কৌবা কাউন্সিল অমা শেমদুনা মফম মতম চানা মসিগী মিটিং পাংথোকপা।

২) গ্রাউন্দ বাটরগী ওইবা নেস্নেল কংগ্রেস পাংথোকপা।

৩) খুঙ্গং ৫০০দা ফারমর্স পার্টিসিপেটরি এক্সন রিছর্স প্রোগ্রাম পায়খৎপা।

৪) পানি পঞ্চায়েটকী এবার্দ হৌদোকপা।

৫) ইলেক্ট্রোনিক অমদি প্রিন্ট মেদিয়াগী খুথাংদা পাক-শন্না ঈশিংগী মরমদা ঈ-পাউ শন্দোকপা।

৬) ঈশিংগী মরমদা বার্কসোপ অমদি সেমিনার পাংথোকপা অসিনচিংবনি।

*(ইমৈবাক ১০-০১-০৭)*

মালেম অসিদা লৈবিবা অপুনবা ঈশিংগী চাদা ৯৭ না থুমহি চেনবা সমুদ্রগী ঈশিংনি অদুগা চাদা ৩ না অফবা থক্লবা ঈশিংনি হায়না পান্নে। অদুগা অমুকসু অফবা ঈশিংগী চাদা ৩ ওইরিবসিগী মনুংদা অয়াম্বা শরুকতি উন ওইনা ফমজিন্দুনা লৈখিবনা মীওই বিলিয়ন কয়ানা শিজিন্নরিবা অফবা ঈশিং অসি মালেমসিদা ফংলিবা অপুনবা ঈশিংগী চাদা ১ খক্তনি হায়না লৌনরি। মসিগী মথক্তা ঙসিদি মরম কয়াদগী মালেমগী লৈবাক কয়াদা অফবা ঈশিং তাঙবগী মতাঙদা থিজিল্লিবা ইন্টর্নেসনেল বাটর মেনেজমেন্ট ইনষ্টিট্যুটকী রিপোর্টকী মতুং ইন্না ইং ২০২৫ দা মালেম অসিদা মীওই বিলিয়ন ১.৮ না অফবা ঈশিং ফংদবগী অবাবা থেংনরগনি হায়রি।

হিরম কয়াদা শিজিন্নগদবা মরুওইনা থক্লবা অফবা ঈশিং ফংবা বারকপসিগী ইহল ঐখোয় মীওইবা মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা ফাওদুনা মাংজৌননা লৌখৎপা য়াবা থবক

থৌশিল লৌখৎনবা মার্চ তাং ২২ অসি মালেমগী ঈশিংগী নুমিৎ হায়না থৌরম পাংথোক্লার। চহি খুদিংগী মিংয়েংফম, পান্দমফম হোং-হোংদুনা পাংথোক্লরি। মালেমসিদা লৈরিবা মীওইবা কাংলুপ খুদিংমক্তা ঈশিংবু অশেংবা ওইনা লৌনবনা লাইনিংলোন্দসু অমদি নাংকী থৌপাংবদসু ঈশিং অসি চাওরবা মচল অমা ওইরি। হিরমসিদা অশেংবা ঈশিংনা চাওরবা থৌদাং লৌরি। মালেমগী ওইবা পুন্সিরোলদা ফুরুপ খুদিংমক্তা মাগী-মাগী নাংকী চৎন-লোনচৎপু ঙাক-শেন্দুনা মরু চংনা থম্মরি। অদুনা ঐখোয়না, নাংকী থৌরমগা শাগোন্নরিবা অফবা ঈশিং অসি ফংনবা অমদি ঙাকশেন্দুনা থম্নবগী বাখল্লোন্দা ''ঈশিং অমসুং নাংকী চৎনলোনচৎ'' (water and culture) হায়বা মিংয়েংসিদা ইং ২০০৬ মার্চ ২২ দা মালেমগী ঈশিংগী নুমিৎ পাংথোক্লখি। মালেমগী মফম কয়াদা মায়োক্লরিবা অফবা ঈশিং তাঙবগী থৌদোকশিং মায় পাক্না মায়োক্লনবা শেম-শাবা অমদি লৌখৎপা য়াবা থৌরাংশিং লৌখৎনবগীদমক ''ঈশিং তাঙবা মায়োক্লবা'' হায়বা মিংয়েং পান্দমসিদা ইং ২০০৭ কী মালেমগী ঈশিংগী নুমিৎ পাংথোক্লখি।

*(পোক্নফম ইদিটোরিয়েল কলম তাং ২২-০৩-০৭ ইং)*

থক্না-ঈশিংবু ক্বালিটি কন্ট্রোল তৌবসু মথৌ তারি। করি-করম্না পাম্বৈনা ক্বালিটি কন্ট্রোল তৌগদগে হায়বসি নৈননিংঙাই ওই। মপানথোংগী মিংয়েংদদি মখাগী অসুম্না নৈনবা য়াই।

১) অতৎ-অখম লৈতনা চীংনুং-মানুং কোকথোকপা, লম্মৈ থাদোকপা, অথিংবা লৈতনা উপাল-বাপাল য়ানথৎপদগী নোং হেক চুবগা চীংদগী লৈনাং-লৈচাক চেহ্নরক্নুনা তুরেল ঈশিংবু মোৎহনলি।

২) খুঙ্গং লমদা শিজিন্নরিবা পুখ্রিগী অকোয়বদা অমোৎ-অকায় অপুম-অশা লংথোক্নুনা থম্নবদি ময়ামদুগী মচুম-মরাং পুখ্রিগী ঈশিংদা তাশিনখিদুনা থক্না-ঈশিং অদু মোৎহনবসু য়াই। অদুনা ঐখোয়গী অকোয়বগী ফিভমগা থক্না-ঈশিংগী ক্বালিটিগা য়াম্না নক্নবা মরি লৈনৈ। ঐখোয়গী অকোয়বগী ফিভম তরু তনান থম্নগা থক্না-ঈশিংগী ক্বালিটি কন্ট্রোল তৌবা থরমখৈ ঙমগনি হায়বা য়াই। অদুবু সাইন্টিফিক রিছর্চকী বারোলদি করি লৈ।

মহৌশাগী ঈশিংদা মীওইবগী হকচাংদা তঙাইফদনা চংবা মিনরেল কয়াসু য়াওরিবনি। মসিদগী হেন্দোক্নুনা থকপা-চাবদা য়াওশিনখিবা য়াদবা পোৎশক অমা ওইরিবা ''মিসি'' (lead) ফাওবা য়াওরিবনি। অসিগুম্না পোৎয়ান কয়াসি ঈশিংদা য়াওরিবা মিনরেলগী মথক ইথং থংবা লৈমায়দা চুপশিনখি। অদুনা পোৎয়ানশিং অসি য়াম্না অকক্নবা চাংদা থক্না-ঈশিংদা লেমহৌরিবনি। অদুনা থক্না-চানরিবা ঈশিং অসি মচু য়াওদবা, মনম চেন্দবা,

মহাও য়াওদবা পোৎশক অমা ওইরিবনি। মসিনা সাইন্টিষ্টশিংদা ঈঙ্গিৎ অমা পীরিবদি - আইওনশিং, ঈশিং অমদি মিনরেলশিং মখোয়শিং অসি মতৌ করম্না ইন্টরেক্সন তৌনবনো হায়রবসি নৈনবগী মখোঁ তারে হায়রবসিনি। ইয়ু. এস. দিপার্টমেন্ট ওফ ইনর্জিগী "অর্গোন নেসনেল লেবোরেটোরি" দা ৱার্ক তৌরিবা সাইন্টিষ্টশিংনা ঈশিংদা আইওনশিং অমদি মিনরেলশিংনা ইন্টরেক্ট তৌনবগী মতাংদা কুপ্না থিজিনখ্রে। থিজিন খোংবু অসিনা ঈশিংবু মোৎশিনহনবা ওম্বা মখল কয়াগী পোৎলম পোৎয়ানশিং ঐথোয়গী অকোয়বগী লৈরিবা ফিভমদা মতৌ করম্না শন্দোরকপনো হায়বসিগী মতাংদা অনৌবা ৱাখল্লোন অমা ফংবা ওমখ্রে। ঈশিং অমসুং আইওনশিং অসিগা মিনরেলশিং অসিগা ইন্টরেক্ট তৌনরিবগী লমদা অনৌবা ফাইন্দিং কয়া লৈরকপদগী থক্লা-ঈশিংগী ক্বালিটি অসি ঐথোয়গী অকোয়বগী ফিভমদা কন্ট্রোল তৌবা ওন্নগনি হায়না ফোঙদোকখ্রে।[১৫]

ঐথোয় মীওইবনা চাবা থকপদা শিজিন্নবা য়ারিবা থুমহি চেন্দবা অচম্বা ঈশিং মালেমসিদা ফংলিবসিদি চাং খজিক্তমক ওইবি। মীওইবনা চাক ওইনা চানরিবা অসিদি চাক্কী মহৎতা অতোপ্পা অচাপোৎ অমনা মহৎ শিনবা য়াই, চৎনৈ। অদুবু থক্লা-ঈশিংগী মহৎতি অতোপ্পা পোৎশক অমনা শিনবা ওমদে। অদুনা ঈশিংবু খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোক্লা মমল নাইদ্রবা পোৎশক অমা ওইনা লৌনৈ। থক্লা-ঈশিংবু অসুম্না শিংথাই ঃ

১) ঈশিংদি সনাদা সনাগুম মমল য়ামই।

২) ঈশিং মরিক অমথক্কী মহৎ মশিং থিওমদ্রবা হিরা-মণি মুক্তানা শিনবা ওমদে।

৩) তাইবংপানবদা লৈরিবা থবায়পানবা খুদিংমক্কী মশাদা ঈ-না লৌরিবা থৌদাংগুম থক্লা-ঈশিংনসু চপ চানা লৌই।[১৬]

অরোইবদা ঐথোয় মীয়াম হুপ্না নৌহৌনা নিংশিংমিনগদবা অমসুং ঐথোয় পুম্নমক্কী মাংদা তারিবা থৌদাংদি ঃ

১) ওসি ফংলিবা অচম্বা ঈশিংবু মরম চাদনা অরেম্বদা শিজিন্নখোকতবা।

২) অচম্বা ঈশিংগী ফংফম ওসি মালেমসিদা লৈরিবসি চেক্সিন্না ঙাক শেনবা।

৩) অচম্বা ঈশিং ফংফম মশিং হেনগৎহন্নবা হোৎনবা।

৪) থক্লা-ঈশিং ফংফমগী অকোয়বগী ফিভম লুনা-নাম্না থম্বা।

মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ

1. Encyclopedia of Chemical Technology, Vol. 21, p. 205
2. Anil Kumar De. Environment Chemistry, 1987, p. 49
3. Columbia Encyclopedia, Vol. 21, p. 6315.
4. My Own Science Encyclopedia, Pub. by Hamlyn Publishing Group Limited, England, 1987, p. 33. and "Water" by Rama, pub. by National Book Trust, India, 1987, p. 12
5. Modern abc of Biology, A Text book for Class XII, by Dr. B.B., Arora and AK. Sabharwal, Pub., by producers of quality Text Books (Modern Publications), 2005, p. 668
6. Dr. K.U Khon, "Save the Elixith", Science Reporter, June 2004, p. 14
7. Anil Kumar De, Environmental Chemistry, Pub. by New Age International, New Delhi, London, 1987 (1st Edition), p. 47.
8. Ibid, pp
9. লাইশ্রম মুক্তা, ''মালেমগী ঈশিংগী চহি ২০০৩'' সঙাই এক্সপ্রেস, ৩-১-০৩ ।
10. A Text book of Inorganic Chemistry, Anil Kumar De, 1992, p. 251.
11. ডা. এস. প্রেমি, ''মীওইবগীদমক অফবা ঈশিং ফংনবা পাম্বৈ'', ইরৈবাক ১৩-৯-০৬ ।
12. "Salty Bacteria", Telegraph - Know how, 17-1-05.
13. লাইশ্রম মুক্তা, ''মালেমগী ঈশিংগী চহি - ২০০৩'' সঙাই এক্সপ্রেস, ৩-১-০৩ ।
14. পোক্নফম, ২৫-১-২০০৩ ।
15. ''আইওন ইন্টরেক্সন্না ঈশিংগী কালিটি হেনগৎহনবা'' নহারোলগী থৌদাং, ২৯-৭-০৬ ।
16. Haobam Priyokumar, "Praja Amasung Eshing Loishang (Civilian and Public Health Department), Ireibak, 22-4-06.

# ৭

# "থুমহি ঈশিং" - থৱায়পানবা লাংওনগী লৈহৌরকফম

থৱায়পানবা মশক (Living organism) অসি মতম চুপ্পদা পোংশক অমগা শাগোন্নদুনা লৈবনি (Life is coeternal with matter)। ঙসি মালেম অসিদা লৈরিবা Scientist অয়াম্বনা পীনরিবা মখোয় মখোয়গী ওইবা মীংয়েংদা থৱায়পানবা মশকসি থৱায়পান্দবা পোংশকতগী হৌরকপনি হায়বসিনি (Life originated from matter of not alive Life originated spontaneously from lifeless matter)। থৱায়পানবশিংনা মালেম অসিদা খোংদাবকপগী ৱাবী অসি organic molecule শিং অখন্নন হায়বদা অহিংবা organism গী Standard Equipment ওইরিবা macromolecule শিং লৈরকখিবদগী হৌরে।

মালেম অসিদা লৈবিবা থৱায়পানবশিং অসি করম্না হৌরকই হায়বসি বিজ্ঞানিকশিংনা মখা তানা থিজিন্নবকপদগী মপুং ফাদ্রবা ফাওবদা খবগী মখেদি খঙবা ঙম্মরক্তে। থৱায়পানবশিংগীদমক্তা প্রোটিন অমসুং নিউক্লিক এসিদ তঙাইফদনা চংদবা য়াদ্রবা পোংচাকশিংনি। অদুবু হায়রীবা পোংচাকশিং অসি মতৌ করম্না মহৌশাগী মশাইকোল অসিদা ওইরকখিবনো।

কেমিকেল Evolution গী মতমদা Subatomic particle শিংনা পুনশিল্লগা Element কয়াগী atom শিং শেম শাবকই। অসিগুম্বা element শিং অসিদগী simple inorganic molecule শিং অমুক শেমলকই। অদুগা মখোয়শিং অসিদগী organic molecule শিং হায়বদি amino acids অমসুং micromolecule শিং ওইরকই। অরোইবদা protein নচিংবা macromolecule শিং শেমলকই।

অহিংবা মশক থৱায় হায়বসি organic molecule শিং অসি তাশিন-খোমজিল্লকপা অদুদগী হৌরকখি অমসুং লৈহৌরকখি হায়বসি মীয়াম্না য়ানরবা Scientific ওইবা ৱাখল্লোন ওইরে (there is a general consensus of Scientific

opinions that life originated on earth from collections of organic molecules)। তাশিন-খোমজিন্নক্লিবা organic molecule শিং অদু থুগাই-য়েখায়বগী পাঙ্গলসি ঈশিংদদি শোনবা মরম্লা করিগুম্বা অককুবা তাঞ্জা অমদা শেমখিবা organic molecule ময়াম অসি ঈশিংদদি হেন্না তাশিন-খোমজিন্নরক্লুনা পৈশিল্লকপা অমসুং পুনশিল্লকপা ঙম্বগী খুদোংচাবা লৈফম থোকই।

মালেম অসিনা অহানবা লৈহৌরকপা মতমগী এটমোসফিয়ার অসি হাইড্রোজেন অমসুং মসিগী কম্পাউন্দশিং মরাং কায়না লৈবা মরম্লা এমাইনো এসিদশিং অসি তপ্না-তপ্না সমুদ্রগী ঈরোললুংদা ফমথে। অসুম্না থবায় পানবশিং ওইরক্লবগী তঙাইফদনা চংলিবা নিউক্লিক এসিদ অমসুং এমাইনো এসিদ ওইরকই।

লৈশেমলোনগী মতমদা লৈরম্লা Atmosphere দা ঈশিং মনিল, methane অমসুং ammonia না মপুং ওইরকই। মখোয়সিং অসিনা মশিং লাকঙমদনা কয়ারক অহোংবা লৈরবা মতুংদা Colloidal body অমা শেমলকই। মসিবু Coacervate হায়না খঙনৈ। মসি থবায়পানবগী মতিক-ময়াইতনা লৈতেংলবা protein, lipid অমসুং nuclic acid নচিংবা য়াওরবা য়াম্না মকওইবা পোৎশক অমনি। অদুবু মসি অহিংবা থবায়পানবা পোৎশক অমদি নত্তে। তৌইগুম্বসুং অহিংবগী মতিক-ময়াই হায়বদি চাবোকপা, natural selection, chemically directive নচিংবগী শক্তিদি লৈ।

Organic molecule শিং অমদি macro molecule শিং শেম্লবদা RNA molecule শিং শাফোংলকখি। RNA molecule শিং লৈরকপদগীদি hyper cycle কয়া পুনশিনবা ঙমলকখি। অসুম্না পুনশিল্লবা hyper cycle শিং অসিবু living cell হায়না মীঙ্গৌনরে। মসিনা তাকলি মদুদি chemical evolution অমদি molecular evolution কয়া মতম চংনা পরিং নাইনা হৌজ-থেংখাং কয়া থোকখ্রবা মতুংদা evolution of life হায়বদি থবায়পানবগী লাংওন ওইরকখিবনি। অতোপ্পা বাহৈ অমরোমদা ঃ chemical reaction কয়া-কয়া মথং-মনাও নাইনা Natural process ওইনা থোকখ্রবা অমদি চৎখ্রবা মতুংদা থবায়পানবা মশক ওইরকখিবনি হায়বসি Scientist শিংনা অমতা ওইনা য়ানরবা বাফমনি।

Chemical reaction শিং অসি পাংথোকপদা energy মতিক চানা চৎই। organic molecule শিং তাশিন-খোমজিল্লকপা অমদি মসিদগী living organism শেম্লকপসিদা পাংথোকচরিবা Natural Chemical reaction শিং অসি ওইথোকপা য়ানবা, ওইথোকপা ঙম্মবা চংগদবা energy অসি মখাদা পীরিবা Natural resource ওইবা থৌওংশিং অসিদগী ফংবা ঙমই।

১) Solar radiation (ultra-violet radiations).

২) নোং-খাকপা, নোংথাং কুপ্পদা থোকলিবা electrical energy

৩) মৈগী চীং পোকখায়রকপদা থোরকলিবা মৈরিক-মৈশা।

৪) মালেম নৈমাই-থকসিদা লৈরিবা মখল-মথেন কয়াগী element শিংগী থোকলিবা radio active decay নচিংবা।

মালেম অসিদা লৈরকখিবা ওন্দ-ওল্লিডে মতমগী living organism শিং অসি oxygen য়াওদ্রবসু নুংশাশ্বর হোনবা ঙমজে। মখোয়বু "Anaerobes" নত্রগা Anoxygenic living beings হায়না খঙনৈ। মখোয়না মশা-মশাগী অকোয়বগী ফিভমদগী কেমিকেলগী ওইবা মওংদা মপাঙ্গল মথৌনা ফংদুনা, মশাগী মথৌ মঙমশিং পাংথোকই। Living organism শিংদা মরাং কায়না য়াওবা element মরিদি hydrogen, oxygen, nitrogen অমসুং carbon নি। Element মরি অসিনা পুনশিন্দুনা Cell অয়াম্বগী মখোয়-মখোয়গী mass চাদা ৯৯ দি শেমই। Nucleus organised তৌদবা Cell না nucleus নিংথিনা organised তৌবা Cell দগী হান্না শেম্লকখিবনি হায়না থাজনৈ। Nucleus organised তৌদবা cell বু "Prokaryotes" হায়না কৌই। অদুগা nucleus organised তৌবা cell বু "eukaryotes" হায়না খঙনৈ। Living cell শিংগীদমক্তি protein অসি খ্বায়দগী মরুওইবা working molecule নি হায়না শিংথাই। "তাইবং থরায় মীরেল" গী লৈহৌরকফম, অহানবা হৌরকফমগী মচাক (starting meterials) ওইবা methane, ammonia, water and hydrogen হায়রিবা মচাকশিং অসি primitive atmosphere দা য়াওই। মীওইবগী হকচাংদা য়াওবা element অয়াম্বদি তাইবং ফম্বাকথকসিদা থরায়পানবা লৈত্রিঙেদা ওইরম্বা atmosphere গী component শিংনা ওই।

Organic molecule শিং তাশিন-খোমজিনবসি ঈশিংদা ওইথোকপগী বারোল লৈপ্রে। মখা তানা য়েংগদবদি ইহান-হান্না শেম্লকখিবা, ওইরকখিবা Living organism অসি ঈশিংদা শেমজরবসু করম্বা ঈশিংদা শেমখিবনো হায়বসিনি। organic molecule সু মরাং কায়রিবা মালেমসিগী শরুক মরি থোকপগী শরুক অহুম ওইরিবা সমুদ্রদা ইহান হান্না living organism শিং পোক্রকখি। অসিগুম্বা অহিংবো মশকশিং অসিগী চংফম থোকপা energy অদুসু atmosphere গা শম্ন-খাইনবদগী ফংবা ঙমজে। Living organism শিংনা ইহান-হান্না লৈহৌরকফম ওইখিবা Liquid medium অসি "Primitive Seawater" অসিনি হায়না ফোঙদোকলি।

মসিবু prebiotic soup হায়না খঙনৈ। ৱাফমসিবু হেন্না মরিক চুমহনজিবদি Mediterranean Sea গী নোংপোক থংবা শরুক্তা ঈশিং ঈরোলনুং লৈখাদা লৈবা খ্বাইদগী চাং ৱাংনা সোল্টি ওইবা ঈশিংদা primitive bacteria য়াওই হায়না Netherland গী Groningen University দা research তৌবা খোংবু অমনা মীয়ামদা খঙহনখ্রে। Oxygen গী চাং হন্থনা য়াওবা চহি ৬,০০০,০০০ শুরবা অরিবা থুমহি শাংশিংদা microbe শিং য়াওই হায়বসিসু মখোয়গী research কী মহৈ ওইনা ফংখ্রবনি। মথক্তী নৈনবা অসিদগী খঙবা ঙমলে মদুদি Living organism না অহানবা ওইনা লৈহৌরকখিবসি সমুদ্রগী ঈশিং হায়বদি থুমহিদনি।

থৱায়পানবা লৈরক্লবগী চান-চুনবা ফিভম মালেমসিদা হেক ওইরকখিবা মিংকুপতুদগী মালেমথকসিদা লৈরকখিবা অহিংবা organism পুম্নমক অসি most primitive organism হায়বদি archaebacteria অমসুং অতোপ্পা micro organism শিংদগী মথং-মথং য়াওনলকখিবনি। Nucleus organised তৌবা Cell শিংদা মপুং ওইনা bacteria অদুগা অতোপ্পা অমনা blue-green algae নত্রগা Cyanobacteria হায়না খঙনবা ঈশংশিং য়াওই। অপুনবা কাংলুপকী মমিংদা মখোয়শিং অসিবু nonera হায়না খঙনৈ। থোইনা হেন্না চাওবা পাম্বীশিং অমদি শা-ঙাশিং হায়বদি Multi Cellular organism শিং অসি blue green algae অমসুং bacteria শিং অসিদগী হৌরকখিবনি।

Bacteria না মা-মাগী environment দগী mineral শিং লৌশিন্দুনা মখোয়-মখোয়গী শকওং-শক্তা শেমজনবা অমদি মথৌ তৌজবা ঙম্বা চংগদবা biological molecule শিং শেমজিনবা ঙমজে। "bacteria" খরনা concentrated salt হায়বদি seawater দা হিংজবা ঙমই। Temperature ৱাংবা ঈশিংদসু bacteria শিংনা লৈবা ঙমই। অশাবা ইফুং-ঈশিংদসু bacteria না লৈবা ঙমই। থুমদা হৈনজবা bacteria (salt loving bacteria) শিংনা concentrated brine দসু হিংজবা ঙমই। অসিগুম্বা bacteria শিং অসিনা Inorganic chemical কয়াবু organic ওইবা chemical শিংদা কাইথহনবা ঙম্বগী মতিক-ময়াইনা, মালেম অসি organic chemical শিংগী লৈতাফম ওইহনজিবনি।

সমুদ্রগী থুমহি চেনবা ঈশিংদগী তাইবং থৱায় লৈহৌরকপা ওইবা তারবদি মীওইবগী হকচাংদা য়াওবা মচাকশিংগা থুমহিদা য়াওবা মচাকশিংগা মান্নফম থোকপরা, কয়া য়াম্না মান্নবনো হায়বসি কুপ্না, মুপ্না নৈনবা (deeply study) মথৌ তাই। Seawater দা য়াম্না মরাং কাইনা য়াওবা element মাপনগী মনুংদা তরুকখকতি মীওইবগী হকচাংদা য়াম্না মরাং কাইনা য়াওই। মসি সমুদ্র ঈশিং, মীওইবগী হকচাং অমদি মালেম লৈবাক লৈশাদা য়াওরিবা element শিংগী চাং উংপা মখাদা পীরিবা chart অসিদগী খঙবা ঙমই।

| Elements | Seawater (%) | Human body (%) | Earth crust (%) |
|---|---|---|---|
| H | 66.0000 | 63.0000 | XXX |
| O | 33 0000 | 25.5000 | 47 0000 |
| Cl | 0.3300 | 0.0800 | XXX |
| Na | 0.2800 | XXX | 2.5000 |
| Mg | 0.0330 | XXX | 2.2000 |
| S | 0.0170 | XXX | XXX |
| Ca | 0 0062 | 0.3100 | 3 5000 |
| K | 0.0060 | 0.0600 | 2 5000 |
| C | 0 0014 | 9.5000 | XXXX |

* Values are given as percentage of total number of atoms.

মীওইবগী হকচাংদা চাওরাক্লা মহি লিটর ৪৭ রোম য়াওই। য়াওরিবা মহিসি থাঙ্গেশেংবা ঈশিংদি নত্তে। থুমগী সোলুসননি। "ঈ" (blood) অসি saline solution নি হায়না ফোঙদোকই। মীওইবগী হকচাং কয়াংসি মথৌ চপ চানা তৌজবা ওয়বা মীওইবগী হকচান্দা মী-মীদুগী ওইনা অকক্লবা থুমগী চাং য়াওফম থোকই। মীওইবগী হকচান্দা য়াওজবা থুম অসি হকচাংদগী মপান থোকখিবা মহিগী শরুক্তা য়াওখি। অসুম্না মী অমগী মশাদগী থুমগী চাং ময়েং তাখি। হকচাংদগী মাংথখিবা থুমসি মেনখংনবা মীওইবনা থুম চাবা তঙাইফদে। মথক্কী ৱারোল কয়াসি য়েংউরগা থুমহিদগী "life evolution" হৌরকই হায়না Scientist শিংনা অচেৎপা অরেপ্পা ৱাফম অমা থম্লকলিবনি। মালেম লৈশেম্লক্লবদা খ্বাইদগী গুনবা মতমগী rock (Azoic) শিংনদি অহিংবা organism লৈবকখিবগী হিরমদদি ইঙ্গিৎ অমত্তা উংতে।

ঐথোয় মীতৈগী লাইনিং-লাইশোনগী চৎনলোন্দা অৱাংবা লোইবী চীংজাও কাদুনা চীংগু লাইশিংবু খুরুমজবগী চৎনবী গুসিসু লেংদনা লৈরি। মসিমকাতি চাদা -নাউদা শনবীরম্না ইপা-ইপু পোকপা পুরেল-পুকোকশিং অদু হায়রিবা চীং লমদমশিং অসিদা ইহান-হানবদা লৈরম্মী হায়বদু তাকপনি। মসিনা খুন্দা-লৈতাবা, খুঙ্গোকলোন (Settlement) গী ৱাফমনি। মখা তানা য়েংজনিংবা মিংয়েংদি - ঐথোয় মীতৈগী পুন্সিরোলদা খুলগী ওইনা লাই হরাউগদবা নত্রগা কনাগুম্বনা শংলেন শাদুনা লাৎচগদৌরিবা লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী, ইবুধৌ-ইবেনথৌবু ফিজোল শেমদুনা শকতম শাগৎলি। লাই লৌখৎপা হায়দুনা লাই লৌখৎলুরগা, শেমজরিবা লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী, ইবুথৌ-ইবেনথৌগী শকতমদা থৱায় হাপচরিবনি। লাই লৌখৎপগীদমক্তি লাই পুবা, চোং পায়বা, থাং থৌগল, মাইবা-মাইবী, পেনা খোংবা থৌগল্লোই ময়াম চংদুনা পাংথোকপা থৌশিল অমা লৈল্রে।

হৱাউগদবা লাইগী নত্রগা লাংচগদৌরিবা লাইগী মথবায় ঈশিংদগী লৌখৎপবু “লাই ঈকৌবা” কৌই। লৌখৎপা - কৌবা, কদায়দগী - ঈশিংদগী, মসিবু “ঈকৌবা” কৌরে। করিবু কৌরিবা - মথবায়বু কৌরিবা। কনাগী মথবায় - লাইগী মথবায়। মতাংসিদা লাই হায়বদি অইখংদা চাদা-নাউদা শনবীরম্না পুরেল-পুকোকশিং অদুবুনি। ইপা-ইপু পোকপশিং অদুবু লাইনি খল্লা লাংচবনি, হৱাওজবগী থৌরম পাংথোকচবনি। ইপা-ইপু পুরেল পুকোক্কী মথবায় ঈশিংদগী কৌখৎচববু লাই ঈকৌবা হায়না খঙনবনি। মৈ থাদুনা মৈ হৌদুনা মৈদগী লাই কৌখৎতে। লমহাং, চীংখোং-চীংয়া নুংশিৎ-নুংশা মরাং কায়বা মফম য়েংদুনা নুংশিংতগী লাই কৌখৎতে। লাই লৈবা হায়বদি ইপা-ইপুশিংগী থবায়না লৈবা মফম থবায়না লৈহৌরকফম ওইবা মফমদগী থবায়বু (লাইবু) কৌখৎচবা মশানা তাবনি। “লৌখৎপা” হায়রিবা বাহস্থোকসিগী লেমফু ওইরিবা “ঈকৌবা” হায়বা বাহে মপুমসিনসু কৌখৎলিবা থবায়সি লাইজ-ঈরোলনুংদগীনি হায়বদু তাকই।

তাইবং থবায়না লাইজ-ঈরোলনুংদগী লৈহৌরকই হায়বা বাখল্লোন অসি মীতৈগী চৎনরিবা লাইনিং লিচৎসিনা ময়েক শেংনা তাকলি।

মেটরগী শকওং অহুম সোলিদ, লিক্যুদ, গ্যাস। মীওইবগী পুন্সিসু তাক্কক অহুম - পোকপা, হিংবা, শিবা। অমুকসু হায়নৈ - মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ। পুম্নমকসি য়েংউরগা থবায় হাপ্পা হায়বদি অহিংবগা ঈশিংগা য়াম্নমক মরি লৈনৈ।

**মতেং লৌথিবা লাইরিকশিং :**


1. Biology, Textbook for Class XI, by D.P. Chakrabarti, K.B. Gupta, J.S. Gill, S.A. Shaffi, S.C. Jain, S. Srivastava, Vishnu Kumar Gera, Jipendra Singh Ed by J.S. singh, G.S. Paliwal, Rajesh Kumar Sexena, G.S. Gill, D.P. Chakrabarti, pub. by N.C.E.R.T., March 2003, p. 39,40,41.
2. Principles of Biochemistry by Albert L. Lehninger, David L. Nelson, Michael M. Cox. Pub. by C.B.S. publishers & Distributors, Delhi - 1993, p. 57-58.
3. The Business of Living on acquaintance with biology, by Sandhya Mitra, pub. by Wiley Eastern Limited, New Delhi, 1992, p. 17, 32, 46, 287, 292, 294, 298.
4. লাই হৱাউবা, অইবা বাহেংবম লুখোই, ১৯৮৯, লা : ১৯।
5. খগুজিনবদা কান্নবা - “করিগী থুম চাবা দরকার ওইরিবনো - ১”, নহারোলগী থৌদাং, তাং ৯-৭-২০০০।
6. Lexicon Encyclopedia, Vol. 17, p. 38.
7. ইরেবাক দেস্ক “থবায় পানবশিংগী হৌরকফম”, ইরেবাক ২৯-০৬-০৭।

৮

# থুমগা মীওইবগী হকচাংগা লৈনরিবা মরি

ঐখোয় মীওইবনা চাক-এনশাং চাবদা মহাও থোক্লবা, মহাও লৈনবা চান-থুম শিজিন্নবদা নত্তনা চান-থুমদা মখল অমগী তাংজফম লৌরি হায়বসি মখাগী খন্ন-নৈনবা অসিদগী খঙবা ঙমই। মালেমসিদা লৈরিবা থবায়পানবা খুদিংমক হিংবা ঙমজনবগীদমক চাবা য়াবা চাই। ঐখোয় মীওইবসু নাদ-য়েক্তনা লৈনবগীদমক মচি ওইবা চিঞ্জাক চানৈ। মচি ওইবা চিঞ্জাক্তা য়াওরিবা মচনশিং অসি য়ামদ্রে। মচনশিংগী মনুংদা মিনরেল কয়াসুনি। মীওইবগী হকচাংদা চংগদবা মিনরেলশিংগী মনুংদা "আইওদিন" অসি থোইদোকপা অমনি। লৈবাক লৈহাওদা মহৌশাগী ওইনা আইওদিন য়াওই। উপান-হৈপান্না লৈবাক্তগী আইওদিনবু মখোয়গী চিঞ্জাক ওইনা চুপখৎলি। অসুম্না উহৈ-ৱাহৈদা আইওদিনগী শরুক য়াওখি। আইওদিন য়াওবা উহৈ, মনা-মশিং, চাবদগী মীওইবগী হকচাংদা য়াওগদবা আইওদিনগী চাং যৌনা য়াওবা ঙমজবনি। অদুবু তম্পাক অমসুং চীংগী লমদা উ-ৱা পাকশন্না য়ানথৎপদগী কুমগী নোংনা হকথেংননা লৈমায়দা য়ৈবা মতমদা খাম্বিনবা (পলহনবা) লৈতনা চেহ্ন্থিবা ঈশিং ঈচেলদা আইওদিন তুমদুনা (dissolved) য়াওখি। মরমসিনা মফম অমগী লৈবাক লৈহাওদা আইওদিন য়াওবগী চাং অসুম-অসুম হন্থরক্কনি। মফমদুদা হৌবা মহৈ-মরোং, মনা-মশিং, উহৈ-ৱাহৈশিংদসু আইওদিনগী চাং হন্থনা য়াওরকই। অসিগুম্বা আইওদিন ৱাংলবা মনা-মশিং, উহৈ-ৱাহৈ চাবা মীশিংনা মখোয়গী মশাদা লৈফম থোকপা য়াওফম থোকপা আইওদিন চাং শুনা লৈবা ঙমজদ্রে। আইওদিনগী চাং ৱাংলবা মী অমা হায়বদু ওইরকই। আইওদিন ৱাংপা চিঞ্জাক মতম শাংনা চারক্লবা মীদা লায়না খরদি পকলকই। লায়নাশিং অদুগী মনুংদা মশা চাওজন থিনবা, লৌশিং ৱাংপা, মনা পঙবা, মরোল থোক্তবা, লৈ লোম্বা, ঙাংবদা লৈতোন শেংদবা, মিং শেপ্পা, গোইটর (খৌরি চোনথবা - পোমথোকপা) পনবা য়াই। অসিগুম্বা লায়নাশিংসি লায়না লায়েংল্যোন্দা আই দি দি (আইওদিন দিফিসিয়েনসি দিজিজ) হায়না খঙনৈ।' আইওদিন ৱাংপনা ব্রেন দিসওর্দর থোকহল্লি। মমা ওইবীশিংদা আইওদিন ৱাংপদগী মালেমগী ওইনা

য়ামম্রবদা অঙাং ২০,০০০ দি শিনা পোক্লকই। মালেমগী ওইনা অঙাং ১,২০,০০০ হেনবনা বুদ্ধি অমসুং হকচাং শোইনাইরগা, না তাথিবা অমদি খোঙ খুৎ চিংলগা পোক্লকই।[2]

"'গোইটর' হায়রিবা লায়নাসি থাইরোদ গ্লান্দ চাউখোরকপা লায়না মথল অমনি। মসি মীদুগী মশাদা আইওদিন ৱাংপদগী থোরকপনি।[3]





টেলেগ্রাফ, জনুৱারি ১৮, ১৯৯৯।

গোইটর লায়না অসি Chemical substance খরনা থোকহল্লি। অসিগুম্বা Chemical substance অসিবু "goitrogens" হায়না খঙনৈ। Thyroid gland না আইওদিন শিজিন্নবদা goitrogen শিংনা অপনবা পী। হায়রিবা goitrogen শিং অসি মীওইবনা চারিবা চিঞ্জাক অমসুং থক্লরিবা ঈশিংদা য়াওই। মনা-মশিং, এনশাং-নাপী খুদম ওইনা Cabbage (কোবী ফুল) অমসুং Cauliflower (কোবী থমচেং) দা goitrogen শিং য়াওই হায়রি।[4] মালেম পুম্বগী য়েংবা মিংয়েংদা goitre লায়না অসি South-East Asia দনা পাকসন্না থোকপগী ৱারোন পী। ভারত্তসু goitre লায়নাগী মায়োক্ল রিবা মফমশিং মখাগী Map অসিদগী খঙবা ঙমগনি।[5]




Himalayan region দা goitre লায়না মুথৎনবা ভারত সরকারনা ইং ১৯৬২ দা National

Goitre Control Programme পায়খৎপা হৌখ্রে। মথং-মথং পাকশন্না পায়খৎলক্তুনা ইং, ১৯৯২ গী মনুংদা ভারত্তা goitre লায়নাগী খুদোংথিবা লৈহনদনবা থৌরাং, পান্দম ভারত সরকারনা শেমখি।[৬]

ইং ১৬৫৬ দা Wharton হায়রিবা Scientist অসিনা thyroid gland discover তৌখি। অদুবু মসিগী মথৌদি মশক খঙদনা লৈরকখি। Thyroid hypofunction গী মরমদা Scientist Gull না ইং ১৮৭৪ দা শন্দোক্না তাকখি।[৭] ঐখোয় মীওইবগী ওকশমদা লৈরিবা গ্রাম ২৫-৩০ মুক লুপ্না থাইরোইদ গ্লান্দগী ফোলিকুলার সেলশিংনা লেপ্না লৈতনা হোর্মোন পুথোকপগী থবক তৌই। মীওইবগী মশাদা কেলসিয়মবু চাং অমদা থম্বদা কেলসিতোনিন হোর্মোন্না মতেং পাংই। অসিগুম্না কেলসিতোনিন হোর্মোনসি পরাথাইরোইদতা য়াওরিবা অচৌবা ফোলিকেল সেলশিংনা পুথোকই। হোর্মোনসিগী মথৌসু ঐখোয়না চাবদা য়াওরিবা আইওদিন হাপ্পবা থুম, চিঞ্জাক অমদি প্রোতিনগী চাং মতুং ইন্না চাং অমদা নৎত্রগা বাংনা নৎত্রগা হেন্না তৌবসু য়াওই। কেলসিতোনিন হোর্মোনগী চাং হেল্লবদি কেলসিয়ম চাং হেন্না পুথোরক্তুনা হকচাংদা নুং লৈরকপা য়াবগী ফিভমসু ওইগল্লি হায়রি। হোর্মোন পুথোকপগী চাংসি ঐখোয়না নুংত্তিগী চাবদা য়াওরিবা আইওদিন অমসুং প্রোতিনগী চাংগা মরি লৈনৈ।[৮]

Thyroid gland অসিনা আইওদিন শিজিন্নদুনা triiodothyronine (T3) অমসুং Thyroxine (T4) হায়না খঙনবা hormone অনিখক শেমই।[৯] হায়রিবা Thyroid hormone অসিনা ঐখোয় মীওইবগী হকচাংদা পীরিবা কান্নবসি য়ামখ্রে। Brain, gonads, lymphnodes, spleen, thymus, dermis হায়রিবা হকচাংগী কয়াংশিং অসি নত্তবা অতৈ tissue শিংদা মৈশা-ঈনিল থোকহনবদা অদুগা oxygen consumption গী থৌশিলদা thyroxine (thyroid-hormone) না Stimulate তৌই। Intrauterine অমদি extra-uterine growth তৌহন্নবা Thyroid hormone য়াম্নমক তঙাইফদনা চংই। হকচাং শারেপ তানবদা অমদি protein synthesis তৌবদা thyroid hormone না নিংথিজনা মতেং পাংই। Gut (Stomach, Intestine) তগী glucose চুপশিনহনবগী চাংসি thyroid hormone অসিনা হেনগৎহনবা ওমই। হকচাংদা য়াওরিবা thyroid hormone গী চাং বাংলবদি কচু ফুরাওনবা অমদি উনশা খত্রং-খত্রং লাওবা থোকহল্লি।[১০]

অদুবু অসুক কান্নরবা thyroxine অসি ওইরক্লবগী মরুওইবা মচাক্তি আইওদিননি। আইওদিন অসি মীওইবগী চিঞ্জাক্তা চংদবা য়াদ্রবা কুপ্পবা মচল অমনি। Thyroxine ($T_4$) অমসুং Triiodothyroxine ($T_3$) হায়রিবা Thyroid hormone শিং অসি শেম্নরুবগীদমক আইওদিন অসি য়াম্নমক মরুওইনা চংই।

Thyroxine ($T_4$) hormone দা আইওদিনগী এতোম মরি অদুগা triiodothyromine ($T_3$) দনা আইওদিন এতোম অহুম য়াওই। Adult human body দা আইওদিনগী চাংশি মিলিগ্রাম ৫০ (য়াদ্ধে) য়াওবা অদুগা Blood level না চাওরাক্লা ৮-১২ মাইক্রোগ্রাম / দিলি ওইবগী ৱারোল থম্মী।[১১] মী অমগী মশাদা আইওদিনগী চাং-চানা য়াওবরা, হেনবরা, ৱাংপরা খঙদোকপা মথৌ তারকই। ঐখোয় মীওইবনা করম্না চিঞ্জাক্তগী আইওদিন ফংবা ঙমগনি। মশিঙ (fibre) য়াম্না য়াওবা এনশাং পাম্বী অমসুং উহৈ-ৱাহৈ, সমুদ্রদা ফংবা ঙাশিংদা আইওদিন য়াওই। য়েরুম, শঙ্গোমদগীসু ফংই। ঐখোয় মীওইবগী হকচাংদা য়াওরিবা আইওদিন অসি চামগী মনুংদা ৯০দি চানরিবা চিঞ্জাক্তগী ফংই। অদুগা লেমহৌরিবা চাংশিনা থক্লরিবা ঈশিংদগী ফংই। Adult শিংনা নোংমদা আইওদিন মাইক্রো গ্রাম ১৫০ দরকার ওই। চারিবা চিঞ্জাক অমসুং থকলিবা ঈশিংদগী ঐখোয় মীওইবনা মথক্তা পীরিবা আইওদিনগী চাংশি শুনা ফংবা ঙমই। অদুবু লৈপাক লৈশাদা (লৈহাওদা) আইওদিন চাং হন্থনা য়াওবা মফমদা হৌবা উহৈ-ৱাহৈ, মনা-মশিং চাবা মফমদুগী ঈশিং থকপা মীওইশিংগীদি মখোয়গী চিঞ্জাক অমসুং থক্লবা ঈশিংদগী হায়রিবা আইওদিনগী চাংশি শুনা ফংবা ঙমদে।[১৩]

মীওইবগী মসাদা আইওদিন ৱাংতনবা পান্দম অমা ভারত সরকারনা পায়খৎখি। ঐখোয়না নুমিৎ খুদিং চানরিবা থুমসি আইওদিন য়াওবা থুম ওইহনগদবনি হায়বা চৎনলোন অমা ইং ১৯৮৪ দা প্রাইম মিনিষ্টরগী ওইবা ২০-শুবা পোইন্ত প্রোগ্রামদা য়াওহনখ্রবনি।[১৪] আইওদিন ৱাংপা চিঞ্জাক লিশাং-শিংনা চাবা মীগী ওইনা মহাক মশাদা নত্তনা মহাক্কী চারোন-শুরোন ক্ষাওবা শোক্লকদৌরিবনি। অদুনা মী অমগী মসাদা আইওদিন চাং য়ৌনা য়াওহন্নবা হোৎনবদা মীপুম খুদিংমক্না চানবা চিঞ্জাক মচন অমদা খুৎশেমগী পান্বেনা আইওদিন হাপচিনবা য়াওহনবা তাই। মসিবু "আইওদাইজ" তৌবা হায়না খঙনৈ।[১৫] থুম থওইনা শিজিন্নদবা মীওই লৈবা লৈবাক্তদি কেক্ নৎত্রগা ব্রেদতা আইওদাইজ তৌবগী চৎনবী লৈরম্বসু য়াই। অদুবু ভারতত্তদি লাইর-ইনাকখুনবা খাক্তনা মী খুদিংনা নুমিৎ খুদিংগী চানরিবা থুম্বু আইওদাইজ তৌবা তাখি।

মীওইবগী চান-চিঞ্জাক্তা আইওদিন য়াওহনখিনবা হোৎনবদা (১) চান-থাও, (২) থক্ল-ঈশিং অমসুং (৩) চান-থুমদা আইওদাইজ তৌবা য়াই। আইওদাইজ তৌবসি খুৎ চংই। Process তৌবদা মতম চংই। শেন তিংই। চান-থুমদা আইওদাইজ তৌবসিনা খুৎ চংদবা অমসুং শেন ইচং চংদবা পাম্বে ওই। অদুগা চান-থুম্বু আইওদাইজ তৌবনা থুমগী মহাও, মনম, মশক খুদিংমকসিদা অকায়বা থোকহনবা লৈতে। শেন ইত্তিং তিংদবা অমদি খুৎ চংদবসি য়েংউরগা ভারত্তদি আই. দি. দি. (আইওদিন ৱাংপগী লায়না) ঙাকথোক্লবা অমসুং লাকশিন্নবা মহৈ য়ানগদবা পাম্বেসি চান-থুমদা আইওদাইজ তৌদুনা

মীওইবগী মসাদা আইওদিন চাং শুনা য়াওহনখিবসিনি। আইওদাইজ তৌবগী থৌশিলদা চান থুমদা আইওদিনসি পোটাসসিয়ম আইওদেৎকী শকলোন্দা য়ানশিনখি।[১৬]

মীওইবগী মশাদা আইওদিন চাং শুনা য়াওহন্দুনা হকচাংবু নাদ-য়েক্তনা অমদি নাম্মা শোয়বা মী হায়বদু ওইদনা লৈহন্নবা পাম্বৈ থিবদা ভারতকী ওইনদি থুমদা তাংজফম লৌরি হায়বা তাই। অদুনা থুমসি শুসি শুসিমক্কী ওইনদি হোঙবা তাংবা থিদনা মশক নাইবা চিঙ্গাক মচন অমা ওইনা শিংথাখিবা তারি। আমেরিকাদসু চান থুম্বু আইওদাইজ তৌরগা শিজিন্নবসি ইং ১৯২৪ দগী চৎনরকলে। আইওদাইজ তৌবা থুমসু আইওদাইজ তৌদবা থুমগা মমল চপ মান্ননা য়োল্লি।[১৭] ভারতত্তদি ইং ১৯৮৬ দা আই দি দি কন্ট্রোল প্রোগ্রাম ভাবত সরকারনা পায়খৎপা হৌরে।[১৮]

আইওদিন ৱাৎপদগী থোকলকপা লায়নাশিং ঙাকথোক্রবা মীওইবগী মসাদা আইওদিন চাং শুনা য়াওহন্দবা ইয়ামক য়াদে। মী মীগী চাই তাক্কী ওইনা লৈগদবা আইওদিনগী চাং খেন্নৈ (মান্নদে) হায়বসি মখাগী টেবল অসিগী খঙবা ঙমই।[১৯]

| | | | |
|---|---|---|---|
| (Infants) | 0 - 0.5 years | – | 40 micrograms |
| | 0.5 - 1 years | – | 50 micrograms |
| (Children) | 1 - 3 years | – | 70 micrograms |
| | 4 - 6 years | – | 90 micrograms |
| | 7 - 10 years | – | 120 micrograms |
| (Male) | 11 51 years | – | 150 mcg. |
| (Female) | 11 - 51 years | – | 150 mcg. |

আইওদাইজ তৌরবা থুমদা আইওদিন ইয়াওমক য়াওরমদবগী ৱাফমসু লৈ। শুসি মালেমসিদা চান-থুমগী ললোন-ঈতিক্কী চৎনরিবা কাংলোনগী মতুং ইন্না চান থুম্বু আইওদাইজ তৌরবসু, কুইনা শাংনা নুংশিৎ-নুংশা লাংবা মফমদা থমলর্বদি আইওদাইজ তৌরবা থুমদগী আইওদিন তপ্পা-তপ্পা পাইথোকখি। অদুবু অখণ্ড-অহৌশংনা লেপ্পা চাংদি থুম শুংফমদগী কৈথেল য়ৌরবা মতুং শিজিন্নগদৌরিবা মীগী মখুৎ য়ৌবফাওবদা থুমদা আইওদিন পি পি এম (পার্ট পার মিলিয়ন) ১৫ (তরামঙা) ফাওবদি সোয়দনা য়াওহনগদবনি হায়বসিনি। থুম গ্রাম খুদিংগী আইওদিন মাইক্রোগ্রাম ৩০ (কুল্লা) য়ানগদবনি হায়বা আইন ফাওবা লৈশ্লবনি। চান-থুম শেমফমদগী আইওদাইজ তৌদুনা পেকিং তৌরবদা পেকিং মথক্তা আইওদিন পি পি এম ৫০ য়াওখিবনি হায়না ইবা অদুগা চাংয়েং তৌদুনা য়েংবদদি পি পি এম ৮ দমক য়াওরম্লগী ৱাফমসু লৈ। অদুগা মণিপুরগী ওইবা ৱাফমদা কৈথেলদা য়োল্লিবা মীতৈ থুম মপাকশিংদদি আইওদিন ইয়াওমক য়াওদবগী ৱায়োলসু থেংনৈ।[২০]

মীতৈথুম (থুমপাক) শিখোং অমদি চন্দ্রখোংদগী ফংবসি আইওদিন য়াওবগী চাংসি মথংশিংনা ৩.৩৯ অমসুং ৩.৬০ (পি পি এম) ওই। খ্বাইরন্বন্দ কৈথেল অমদি কক্চা কৈথেলদগী লৈরুবা নিঙেল থুমখোংদগী শুংবনি হায়বা মীতৈথুমদা ২.১২ অমসুং ১.০৬ পি পি এম য়াওবগী ৱারোল পী।[২১] কৈথেলদা য়োল্লিবা মীতৈথুমদা আইওদিন য়াওবগী ৱারোল লৈরে। অদুবু খুদিংমকসি অশেংবা অচুম্বা ওইনা লৌবা য়াদ্রি। মরমদি মণিপুরগী মপান্দগী পুশিল্লকপা থুম্বু, থুমখোংদগী ফংবা থুমহি ঈশিংদা য়ানশিন্দুনা মীতৈথুম শুংবগী ৱাফম পন্নরে, ঙাংনরে। অদুনা কৈথেলদা য়োল্লমলিবা মীতৈথুম অদু শুংখিবা মতমদা, মপান্দগী পুশিল্লকপা (imported salt) থুম্বু থুমখোংদগী শোকলুবা থুমহিদা য়াল্লগা শুংখিবরা নৎত্রগা য়ানশিন্দনা শুংখিবরা অশেংবা হায়বা ঙমলোই।

অদুগা অমুকসু মণিপুর সরকারগী লোয়শং অমা ওইরিবা সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজি দিপার্টমেন্টনা ইং ১৯৯৮দা চাংয়েং তৌদুনা নিঙেলগী থুম অসি আইওদিন চাং ৱাংনা য়াওই হায়না সার্টিফিকেট পীরকপা লৈ হায়বগী ৱারোলসু থেংনৈ।[২২]

অতোপ্পা থুমগী পোৎয়ান য়াওহন্দনা থুমখোংদুমক্তদগী ফংলিবা থুমহি লোন্দুনা শুংবা থুমসি চাংয়েং তৌদুনা মীতৈ থুমদা আইওদিন য়াওবগী অশেংবা চাং খঙদোকপা মথৌ তারে। অদুগা অমুকসু থুমখোংদগী শোক্লুবা থুমহিদুমক্তা চাংয়েং তৌদুনা আইওদিন য়াওবা নৎত্রগা য়াওদবা খঙদোকপসু য়াই। তাং ১০-১২-০৬ নোংমাইজিং নুমিৎতা ইরোইশেম্বদা লৈবা সৌগাইজম ইবোচৌবা, য়েনসেম্বম নরেন্দ্র, লাইশ্রম রামকুমার অমদি অইবা ঐ ঈশামক য়াওনা ঐখোয় মীওই মরিনা মোটোর সাইকল তোংদুনা নিঙেল, চন্দ্রখোং থুমখোংশিংদগী থুমতি শোক্লুই। নিঙেল থুমখোংগী মনাক নকপা কৈসাম বিহারীগী য়ুমদা লৈবা থুম শুংফমদা চংদুনা থুম শুংফম শংদা থুম শুংবগী থবক পাংথোক্লুনা লৈরম্বী শীন্নী নুপীশিং উনরকখি। মখোয়শিং অদুদি (১) কৈসাম বিনে (৪৪) মপুরোইবা বিহারী, (২) মোইরাংথেম প্রভা (৩২) মপুরোইবা প্রেম, (৩) থাংজম গীতা (১৬) অপোকপা অপাবী, (৪) কৈসাম রোনিবালা (২৪) অপোকপা বিহারী। গীতাদি য়াইরিপোক হায়স্কূলদা(সরকারগী) ক্লাস ৯শুবা তম্লী। রোনিবালানা মেট্রিক পাস তৌরে।

মখোয়না থুমহি লোন্দুনা থুম শুংবদা মীরমদগী পুশিল্লকপা থুম-মপংবু থুমখোংদগী শোক্লুবা থুমহিদা য়ানশিন্দুনা লোনলগা থুম শুংলম্মী। "বিনে" দি ইমুংদুগী য়ুম্বুরেম্বীনি। ঐখোয়গা লোয়ননা থুমখোংদা চৎতুনা "বিনে" না বালতিন অমদা থুমখোংদগী থুমহি শোকলকখি। হান্নরা থুমহি লোন্নবম্বা পাত্র অমা ঈশিংনা অমদি শোক্লুবা থুমহিনা চামথোক্লে। অতোপ্পা থুম মপং য়ানশিন্দনা, শোক্লুবা থুমহিদুমক (চাওরাক্লা লিটর ৭) চামথোকলবা পাত্রদুদা লোন্দুনা থুম শুংলে। থুম মপং ফংলবা মতুংদা থুম কাংগোই শেমলে। থুমহি লিটর ৭ লোনবদা থুম মপং গ্রাম ১৫২ ফংই। থুমহি লিটর ৫ মৈদা লোনবদুনা থুম মপং

ওইরকপদা চাওরাক্লা পুং ২.১০ চংই। মসিমক্তি শিজিন্নরিবা মৈচাক্কী মখা পোনগনি। প্লাসতিক বোটলদা শোক্রকপা নিঙেল থুমখোংগী থুমহি অমদি শুংদোক্কুনা ফংলবা থুম কাংগোই অমখক্তু পুরগা ঐখোয় নিঙেলদগী হল্লক্নে।

মথংদা চন্দ্রখোংগী থুমখোংদা চংলে। চন্দ্রখোংগী থেংনরকপা থুম শুংফম (থুমশং) অমদি মথৌ তৌরমদ্রে। তেক কায়রবা অমনবা থুমশং ওইনা লৈরম্লে। থুমখোং অমখক্তি মশক মচু থোক্রা লৈহৌরি। থুমখোংদুদগী থুমহিদি শোক্রকখি। হুজিক লৈরিবা থুমখোংসিগী মনাক নকপা অকোয়বদা লম মঙা তরাগী মনুংদা কোংগোল পিম্রিক-পিম্রিক কাবা অদুগা চৈ য়ুংশিন্দুনা লৈহৌবা মফম অহুম-মরি উরকখি। কোংগোল কারিবা মফমশিংদু থুমহি পেরেনি, মী চংশিল্লুদনবা চৈ য়ুংশিন্দুনা খঙহনলিবনি হায়না মফমদুগী খুপ্পা য়েনসেনবম কাম্তা (৩৯) অপোকপা লৈখিদ্রবা হেরামোঙ্না তাকপিরকই।

শিখোংগী থুমখোংসু থুমখোংগী অকোয়বদা ঈশিং থাজিন্দুনা ঙা য়োকপগী থবক লৈরম্লে। থুমখোং হুকলিবা উতোং (cemented tube) চেকখায়বা য়াওরে। মপান্দগী ঈশিং-ঈচম উতোংদা চংলে হায়না ফক শানবা কৌনা লেন্দুনা মফমদুদা লৈরম্বা খুপ্পা নুপী-নিপা ৪-৫না ঐখোয়দা খঙহনবীরকখি। চন্দ্রখোংগী থুমখোংগী ফিভমদগী শিখোংগী ফিভমনা হেন্না শোকচিল্লে।

নিঙেল অমসুং চন্দ্রখোংগী থুমহিশিং অমদি নিঙেলগী থুম অদু মহিগী ওইনা অমদি মপংগী ওইনা তোঙান-তোঙান্না আইওদিন য়াওবরা য়াওদবরা হায়বগী বৈজ্ঞানিক ওইবা চাংয়েং নম্বোল এল পানোই কলেজগী কেমিষ্ট্রি দিপার্টমেন্টগী ওজা রাই তোম্বানা তাং ২০ ১২ ০৬ দা কলেজসিগী কেমিষ্ট্রিগী লেবোবেটোরি রুমদা পাংথোকখি। মসিদা মাগী দিপার্টমেন্টকী লেবোবেটোরি এটেন্ডেন্ট লৈশাংথেম বীরচন্দ্রনা মতেং পাংবীখি। চাংয়েং অসি "Iodometric titration of content of $I_2$ in common salts" হায়না খঙনৈ। আইওদিন য়াওবগী খুদম চাংদম ফংখিদে। অদুনা মণিপুরদা শুংলিবা মীতৈথুমদা আইওদিন য়াওদ্রে হায়বা রাফমসি লৈখায় তারে।

আইওদাইজ্ড তৌরবা চান-থুমদগী চাদ্রিঙেদা আইওদিন মাংখিদনবা পায়খৎপা য়াবা অচম্না পাম্নে খরা ঃ

১) থুম থম্না মতমদা মখুম কুপ্পা পাত্রদা থম্বিয়ু। নুংশা মঙাল অমসুং মৈশাদগী লাপ্না থম্বিয়ু। অইংবা অমসুং অকংবা মফমদা থমবিগদবনি।

২) লৈবদগী থা ৬ কী মনুংদা শিজিন্নগদবনি।

৩) থোংবা মতমদা আইওদিন মাংখিবা থিংনবগীদমক য়ারিবমখৈ থেংনা থুম থাকপিয়ু।

৪) থোংবা লোইরগা চারমদাইদা থাকপা য়াবা মখৈদি চারমদাইদা থাকপিয়ু ।

৫) থুম থাকখ্রবা মতুংদা কুইনা ঙৌবা নংত্রেগা মৈথক্তা কুইনা থম্না তৌবিগনু ।[২৩]

মতিক চবা আইওদিনগী চাং য়াওরবা থুম শিজিন্নবগী চাংদি য়াম্না হন্থরি । হন্থরিবসিগী মরম কয়ামুক লৈ । পনবা য়াবা খরদি ঃ

১) আই দি দি অমদি মসিনা থোকহনবা অমাং অতাশিংগী মরমদা প্রজাদা খঙহনবগী চাং হাংপা ।

২) আইওদিন য়াওবা থুম শিজিন্নবখক্তনা আই দি দিদগী ঙাকথোকপা ঙম্মী হায়বসি মীয়ামদা খঙহনবা হাংপা ।

৩) আইওদিন য়াওদবা, আইওদিন হাংপা চান-থুম লোন্না মার্কেত্তা পুশিল্লকপা ।

৪) আইওদিন য়াওদবা থুম য়োনবশিংগী মাযোক্তা আইনগী ওইবা থবক লৌখৎপা শোনবা ।

৫) থুমগী ললোল-ঈতিকপু য়েংশিনবীনবা মোনিটরিং সিষ্টেম মতিক চাদবা । অসিনচিংবা ।[২৪]

হৌজিক মীয়াম্না হংনবকলিবা হাহংদি - মী ওইবগী হকচাংদা আইওদিনগী চাং হাংনা য়াওবদগী হকচাংগী কয়াংতা অকায়বা থোকহল্লি হায়বসি কদায় ফাওবা চুম্বগে হায়বসিনি । বিজ্ঞানগী থিজিল্লোইশিংনা মখা তানা থিজিনবদা অচুম্বা হাফম খবসু ফংবা ঙমত্রে । অহাং ভারতা পোকপা নৌবিবা অমদি শাবেপ তানখৎলকলিবা অঙাংশিংদা হাখল লৌশিং সোইবোম্বা থোকহনলিবসি "হোর্মোন দিফিসিয়েন্সি ওফ দি থাইরোইদ" ননি হায়না লৌই । মসি কোকনবা মী পুম্বগী চিঙ্গাক্তা মমল তাংলবা আইওদিন য়ানশিল্লবনি । অদুবু লায়নাসি খরমখৈ হন্থরবসু চাং হাংনা অদুম লৈরি । "All India Institute of Medical Sciences" (AIIMS) New Delhi গী Endocrinology Dept.গী মকোক ওইরিবা ডা এন কোচুপিল্লাই না হায়রি Salt iodisation গী থৌরাং পাক-সন্না পাংথোক্লবসু thyroid hormone deficiency গী হাফমদি মখা তানা লৈরি, থোকলি । অদুনা হায়রিবা deficiency অসিগী মরমসি (cause) genetic factor খক্তনা ওইররোই । লায়নাসি থোকহন্নবগী মরম কয়াগী মনুংদা environmental goitrogen শিং অসিগী effect না মপুং ওইবা মরমনি হায়না থোইদোক্না মমিং লৈরবা ডা. অসিনা চেৎনা ফোংদোকই । চানবা চিঙ্গাক্তা য়াওশিনখিবা পোৎলম খরনা Thyroid গী মথৌদা অয়েৎপা, অপনবা থোকহন্দুনা Thyroid hormone deficiency থোকহন্নবা মরম

ওইরকই। ভারত্তা লৌউ-শিংউগী পোখোক মখল ৪০০ (চামরি) দগী হেন্না ঐখোয় মীওইবনা চাবদা শিজিন্নরি। চান্নিবা চিঞ্জাক্তগী মখা তানা পোক্লকপা মচনশিংনা thyroid function দা অকায়বা অপনবা পী।

Defence Research and Development Organisation (DRDO) গী Medicine অমসুং Endocrinology গী Advisor Dr. R K. Marwaha না চহি ১১ দগী ২০ ফাওবদা লৈবা মশা-মউ ফবা নুপীমচা ৩৫০০ (লিশিং অহুম চামত্তা) হেনবদা thyroid hormone deficiency গী হিরমদা থিজিন্দুনা নৈনখি। মখোয় মখোয়গী মশাদা আইওদিন মতিক চানা য়াওজববসু নুপীমচা ১০৪৯ দা goitre গী লায়না লৈখি। অদুনা আইওডাইজ তৌবা থুম চারবসু, আইওদিনগা মরি লৈনৈ হায়না থাজবা লায়না খরদি কোকপা ফবা ঈওস্মক ওমদে। Thyroid hormone deficiency গী লায়না থোকহন্নবা মরমসি আইওদিন য়াংপখকতনা ওইদ্রে। শেংদবা ঈশিং অমদি চিঞ্জাক্তা গোইত্রজেন্স (goiterogens) ওইবা মচন যাওশিনখিদুনা thyroid function দা অযেংপা অখিংবা পিনা মচাকশিং শেন্নকখি। পুন্নমকসিবু এনভাইরনমেন্তেল ফেক্তর হায়না খঙনবে। অদুনা গোইতবনচিংবা লায়না থোকহনলিবসি আইওদিন য়াংপখক্না নত্তে। এনভাইবনমেন্তেলগী মচাকশিংনসু থোকহনলি হায়বসি Dr R K Marwaha না চাংযেং তৌদুনা মযেক শেংনা উৎপ্রে।[২৫]

**থুম চাবনা হাইপরটেন্সনদা করি থোকহল্লিঃ**

"হাইপরটেন্সন" (ব্লদ প্রেসর য়াংবা) নাচিংবা হার্টকী লায়না লৈবা মীদি চাক এক্সাং চাবদা থুমগী চাং য়াম্না হন্থনা শিজিন্নগদবনি। থুম মী বদিংমক্লা শিজিন্নবা চিঞ্জাকনি। অদুবু থুম য়াম্না চাবনা ব্লদ প্রেসর হেনগৎহল্লে। থুম যাম্না চাং য়াংনা চাবা ফওে ওাযবা য়াফম তোয়না পন্নাবিবনি। ৩শেংনমক থুমাস হকচাংদ অফবা নৎত্রগা ফত্তবা পোংশক্লা খঙদোকপা কান্নগনি, ডাক্তরগী পাউতাক - থুম হন্থনা চাও। থুম চাং হন্থনা চাবসিনা নম্বু পুন্সিহনগনি। মসিগুম্বা য়াহৈ কয়াসিনা ৩সেংনা থুমসি হকচাংদা কান্নবরা নৎত্রগা ফত্তবা পোংলা হায়বসি অনা-লায়েং নৈন-হিরমদা য়াখৈবা ওমদনা লৈরকখি। মসি চহি ৪০ (নীফু) গী মমাংদগী য়েংনদুনা লাক্লে। ইউ এস লৈবাক্কী প্রোতলেন্দ লমদমদা লৈবা Oregon Health Sciences য়ুনিভর্সিতিগী David A. Mc. Carron না লৈখাই তাদ্রবা য়াফমসি অমুক হন্না মকা ফোংনা পুখংলকই। মাগী মীংয়েং অমসুং পান্দমদি মীওইবগী চিঞ্জাক্কী মচন অমা ওইরিবা চান-থুমসি হকচাংবু শোকহনবা অশোয়বা, অরানবা পোংশক অমগুম মীয়াম্না উরিবসি লাল্লি হায়না উৎপা অমসুং লাওথোকপদুনি। Mc. Carron না হায় মদুদি থুম য়াম্না চাবনা ব্লদ প্রেসরগী লায়না থোকহল্লি হায়বসি অনা-লায়েংগী পণ্ডিৎ সাবশিংনা শন্দোকপা পামজবা য়াঙাংশিংনি। মশক নাইবা সাইন্টিষ্ট

খরসু Mc. Carron গী বাকমসিদা য়ানিংবা ফোংদোকলকলে। মখোয়না চাংয়েং তৌদুনা উৎলি - মসা-মউ ফবা চাং চানা লৈরিবা মীশক অমদা থুম হুহনা পীজবদা মাগী লৈজরিবা ব্লদ প্রেসরদু খজিক ফাওবা হুহুহনবা ওমদে।

মসিগী ওন্নতৈনবদা ইংশোক ১৯৫৪ দা নিউ য়োর্ক তা লৈবা Brookhaven National University গী Physician Lewis Dahl না ফংখিবদি -থুম মরাং কাইনা য়াওবা চিঞ্জাক্লা হাইপরতেন্সন অমসুং স্ত্রোকগী দায়িত্য ওই। মসি জপানিজশিংগী মরক্তা থোকখিবা বাকমনি। মখা তানা মহাক্লা পুথোকখিবদা Brazilian শিংগী ত্রাইবমেনশিংনা থুমগী চাং কা হেন্না হুহনা চাবনা হার্দ এতেক অমদি ব্লদ প্রেসরগী অৱাবা মায়োক্লদে।

থুমগা hypertension গা মরি লৈনহনলিবসিগী মরমদি থুমদা সোদিয়ম হায়রিবা পোৎশকশি য়াওই। সোদিয়ম্মা হকচাং মনুংদা ঈশিং পন্দুনা লৈহনবদা মতেং পাংই। অদুনা হকচাংদা থুম য়াম্মা য়াওবা হায়বদি হকচাংদা ঈশিং হেন্না য়াওবা হায়বনি। হকচাংদা মহিগী ভোল্যুম হেনগৎলক্লবদি ব্লদ প্রেসরসু বাংখৎলকই। অদুগা অমুকসু Dahl না মখা তানা Scotland দা মীওই ৭,৩০০ (লিশিং তরেৎ চহুম) গী চিঞ্জাক্তা থিজিনখি। মদুগী ওইবা মহৈশিং ইংশোক ১৯৮৮ গী British Medical Journal দা ফোংদোরকখি। মদুদা সোদিয়ম্মা ব্লদ প্রেসরদা অকায়বা করিমতা পীদে হায়বা উৎখি।

Seientist শিংনা নৈনবা অমদি থিজিনবদগী ফংলকখিবা মহৈশিং (results) National Health and Nutrition Examination Survey না ফোংদোরকখি। ইউ এস দা তোঙান-তোঙানবা মীওই ১১,৩৪৮ (লিশিং তরামাথোই চহুম নিস্ফুনিপাল)গী চারিবা চিঞ্জাক Scientist শিংনা নৈনখি। মদুদা সোদিয়মগা hypertension গা মরি করিমতা লৈনদে হায়বসি ফংবা ওমখি। মসিদা নত্তনা cardiovascular diseases দা থুমনা কন্নিসু শরুক য়াবা ওমদে হায়বসু খঙখি। ইংশোক ১৯৯৭ দা New England Journal of Medicine দা ফোর্থখিবা "Dietary Approaches to Stop Hypertension" trial হায়না মিংথোনবা বারেংদা উৎখিবদি চিঞ্জাক্লা ব্লদ পেসরদা অহুনবা ঈথিল পী। অদুবু চিঞ্জাক্কী শরুক অমা ওইরিবা থুমগী ঈথিলদি ঈরে লৈতবগুমই। National Institute of Nutrition, Hyderabad গী Director Dr. Kamla Krishnaswamy না অসুম্মা হায় - মীশক অমনা থুম চাবদা য়াকত্রবা নৎত্রগা hypertensive ওইদ্রবদি থুম শিজিন্নবদা খিৎতা নৎত্রগা য়াম্মা চাবগী বানিংঙাই করিসু ওইদে। মহাক্লা মশিমসু ফোংদোকখি মদুদি থুম চাং বাংনা চাবগী অথিংবসি মী পুম্নগী ওইনা লৈহনবা মথৌ তাদে।[১১]

মীওইবগী হকচাংদা চাওরাক্লা মহি লিটর ৪৭ রোম য়াওই। য়াওরিবা মহিসি থাঙ্গেশেংবা ঈশিংদি নত্তে। থুমগী সোলুসননি।[২৮] ঈ অসি সেলাইন সোলুসননি হায়না ফোংদোকলি।[২৯] ঈদা য়াওরিবা থুমগী শরুক অমা ওইরিবা সোদিয়ম্না মীওইবগী মসাদা Osmotic pressure চাং নাইহনবদা মতেং ওই। মীওইবগী মসাদগী ঈশিং কা হেন্নাময়েং তাখিদনবা সোদিয়ম্না কন্না হোৎনৈ। শিংলিদা impulse transmit তৌবদা সোদিয়ম অমসুং ক্লোরাইদনা চাওরবা থৌদাং লৌই।[৩০] মীওইবগী হকচাং কয়াৎশিং মথৌ চপ চানা তৌজবদা মতেং ওইবিবা থুমসি হকচাংদগী মপান থোকখিবা মহিগী শরুক্তা য়াওখি। অসুম্না হকচাংদগী মাংথখিবা থুমসি মেনখৎনবা মীওইবনা থুম চাবা তঙাইফদে। মনা-মশিংগী চিঞ্জাক চাবখক্তনদি অৱাংপা থুমগী চাংসি মেনখৎপা ঙমদে। শা চাবা মীগীদি চারিবা শাদগী থুমগী শরুক ফংবা ঙমই। অদুনা শা চাবা মীদগী মনা মশিং চাবা মীনা থুম চাং হেন্না চাবা পামগনি।[৩১]

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**


1 প্রো· জি তোম্বা শর্মা, ''আইওদিন অমসুং চানবা থুম'' সনখোঙ্, ওক্টোবর ১৯৯৭, এদিত মনিন্দ্র কোনসম, লাঃ ২৪-২৫।

2 সন্দিপোন দাসগুপ্ট, ''হকশেলগী য়াম্না মরুওইবা মচাক অমা ওইরিবা আইওদিন'', নহারোলগী থৌদাং, ৭-১২-০৪।

3 প্রভাবতী সোরোখাইবম, ''আইওদিন য়াওবা থুম, চীঞ্জাক চাবগী কান্নবা'', পোক্নফম ২৩-১০-০২।

4 Park's Text Book of Preventive and Social Medicine by K Park, 15th Edition, Pub by M/S Banarsidas Bhanot, 1167, Prem Nagar, Jabalpur 482001 (India), 1997, p 404

5 Ibid, p 419

6 Ibid, p 435

7 R S Satoskar and S D Bhandarkar, "Pharmacology and Pharmacotherapeutics', Pub by Popular Prakashan, Bombay, First Edition, 1969, 12th Edition 1991, p 758

8 প্রভাবতী সোরোখাইবম, ''আইওদিন য়াওবা থুম, চীঞ্জাক চাবগী কান্নবা'', পোক্নফম ২৩-১০-০২।

9 Y Tomba, "Chemical Investigation of Iodine Contents in Common Salts Samples with reference to prevention of Endemic Iodine deficiency disorders in Manipur", 1989, p 4 (Dessertation paper 1989)

10 R S Satoskar and S D Bhandarkar, "Pharmacology and Pharmacotherapeutics", Pub by Popular Prakashan, Bombay, 1991, p 761-762

11. Park's Text Book of Preventive and Social Medicine by K. Park, Pub. by M/S Banarsidas Bhanot, 1997, p. 404.
12. Ibid, pp.
13. Ibid, p. 405.
14. প্রভাবতী সোয়োখাইবম, ''আইওদিন য়াওবা থুম, চীঞ্জাক চাবগী কান্নবা'', পোক্রফম ২৩-১০-০২।
15. প্রো জি তোম্বা শর্ম্মা, ''আইওদিন অমসুং চানবা থুম'' সনথোঙ্, ওক্টোবর - ১৯৪৭, এদিত মনিন্দ্র কোনসম, লাঃ ২৪-২৫।
16. Y. Tomba, "Chemical Investigation of Iodine Contents in Common Salts Samples with reference to prevention of Endemic Iodine deficiency disorders in Manipur", 1989, p. 17, 20,22.
17. Encyclopedia of Chemical Technology, Vol. 21, p. 220.
18. Park's Text Book of Preventive and Social Medicine by K. Park, Pub. by M/S Banarsidas Bhanot, 1997, p. 435.
19. Y. Tomba, "Chemical Investigation of Iodine Contents in Common Salts Samples with reference to prevention of Endemic Iodine deficiency disorders in Manipur", 1989, p. 3.
20. প্রো. জি. তোম্বা শর্ম্মা, ''আইওদিন অমসুং চানবা থুম'' সনথোঙ্, ওক্টোবর - ১৯৪৭, এদিত মনিন্দ্র কোনসম, লাঃ ২৪-২৫।
21. Y. Tomba, "Chemical Investigation of Iodine Contents in Common Salts Samples with reference to prevention of Endemic Iodine deficiency disorders in Manipur", 1989, p. 30.
22. ইরোম আশালতা, ''শীশক শীক্লিঙেদগী থুম শুংবা হৈরকই'' পোক্রফম, ২৬-৭-০৫।
23. "Global Iodine Deficiency Disorders prevention Day" 21st October 2002, দোইরেক্টোরেট ওফ হেল্ট সার্বিসেস, গোভর্নমেন্ট ওফ মণিপুর, নহারোলগী থৌদাং, ২১-১০-০২।
24. খঙজিনবদা কান্নবা - ''ভারতগী আই দি দি মুত্থৎপা - ২'', নহারোলগী থৌদাং, ২৩ ১০-০৩।
25. Telegraph, 18th January, 1999, p. 4, 5.
26. Columbia Encyclopedia, Vol. 21, p. 6315.
27. Telegraph, 14th Sept, 1998, p. 2.
28. খঙজিনবদা কান্নবা - ''করিগী থুম চাবা দরকার ওইরিবনো-১'', নহারোলগী থৌদাং, ৯-৭-২০০০।
29. Lexicon Encylopedia, Vol. 17, p. 38.
30. Ibid, pp.
31. খঙজিনবদা কান্নবা - ''করিগী থুম চাবা দরকার ওইরিবনো-২'', নহারোলগী থৌদাং, ১০-৭-২০০০।

# ৯

# মণিপুরদা থুম শিজিন্নবা হৌরকখিবা মতম

মীওইবনা চান-থক্করিবা মচনশিংগী মতাংদা মণিপুরী খুন্নাইদা ঙাংনা-শক্করিবা ৱাহৈদি ''ঙা-থুম'' অমদি ''এনশাং-নাপী'' পনবা য়াই। ঐখোয় মীওইবনা চারিবা পোৎলমশিং হিংনা হিংনা চারম্বা অদুগা মৈ শিজিন্নবা হৈরক্লবদা মৈদা লৌবা অমদি য়াইদুনা চাবা হৌরকখিবনি। খোং-থাক্কুনা চাবনা খরা থেংথবা তাবনি। খোংবগী কাংলোন খণ্ডবদা নত্তনা খোংবদা চংলিবা চফু-উয়ান শেম্বা শাবা হৈরকপা চংই। ঙাদি মহৌশাগী ওইবা পোত্থোকনি। নৌনা শেমলুবা শারুবা চংদে। অদুনা নমু তাইবং মীগী তাইবংপান ওইত্রিঙৈ, মালেমসিদা ঙাদি অদুমক লৈজরক্লে হায়বা য়াই। মী পোকত্রিঙৈদা তাইবং মালেমসি ঙা অমদি শানা অহানবনি। মতাংসিবু ঙমুনা মিতম্বা, হঙোইনা কুমদম্বা হায়না শিংথারি।[১] থুমদি মহৌশাগী পোত্থোক ওইজরবসু মণিপুরদদি নৌনা শেমদোকপা, শুংদোকপা চংই। অদুনা হিংনা চাবা অদুগা মখা তারকপদা মৈদা য়াইদুনা ঙা চাবসি মণিপুরদা য়েলহৌঙৈদগী চারক্লবসু থুমদি করম্বা মতমদগী শিজিন্নরকপা, চাবা হৌরকপনো লোয়ননা ঙন্দ-ঙনলিঙৈ মতমদগী শিজিন্নরকপা ওইরগনা করি করম্বা মখলগী থুমনো হায়বনচিংবা খঙদোকপা তঙাইফদে। হিরমসিদা থিজিনবদা মণিপুরদা চংনবিবা অরিবা নাংকী ওইবা থৌবম কয়াগী ৱারী শিনবুন্ন' চাওনা মতেং পাংগনি খল্লি। লুহোংবা, অঙাং-ঈপান থাবা, লমতা থাংজ অহানবগী থৌরম, শজিবু চৈরাউবনচিংবা অরিবা নাংকী থৌরম খরাসি নৈনবা লৌশংচরি।

(ক) লুহোংবা নাংকী মরমদা : লুহোংবদা ঙা-উশিল তৌবা (মীতমঙা থাবা), ফিরুক নুংশাং কাইবা নাংকী ওইবা অরিবা চংনবী কয়া ঙসিসু তোক্লম্রি।[২] চেংলুক / চিরুক নুংশাং পোৎলমদি - ফিরুক অমদা চেং হাপকনি, মথক্তা থুম মপাক অনি, পান্নাও অনি ....।[৩]

(খ) অঙাং ঈপান থাবদা : ''অয়ুকী ঈপান থৌরম'' হায়দনা ঈপান নুমিৎকী অয়ুক্তা থৌরম খরা পাংথোকই। থৌরমসিদা ফৌথাংগী পোৎলম চংই। শারোই খাংবসু তৌই। ফৌথাংগী পোৎলমদি ফৌ লাইতং অচোনবা অমগী মথক্তা থুম মপাক অনি...। ঙা মরম ৭কী পরেং অম...। অদুগা শারোই খাংবগী

মচাক্তী য়াংকোক অমগী ময়াইদা লায়েৎ অনি কারন্ননা থারগা কারনগী ... হৈবী মনা, য়েন্দেম, লফু, থুম-মোয়োক, ভারিনচিংবা শিংজু শুরগা ... ।[৪]

(গ) চহি অমগী লমতা থাগী অহানবা থাংজ নুমিৎতা খুলগী ওইনা শারোই খাংবগী যৌরম খুল-খুলগী ওইনা পাংথোকনে। যৌরমসিদা চংবা পোৎচংদি - থুম, মোয়োক, ভারি... ।[৫]

(ঘ) শজিবু চৈরাউবা নুমিৎতা মাইবী লোয়শংনা মায়কৈ ৪ লাৎপগী যৌরম অমা পাংথোকই। অমুক অঙনবদা যৌরমসি পাংথোকই। মায়কৈ ৪ লাৎথোকপনি। মসিদা চংবা পোৎচংদি - য়াংকোক ৪, থাংজৌ ৪, হৈরাং ৪, ভামু ৯, থুমপাক ৪ ।[৬]

(ঙ) লাই হরাউবদা লাংগ্রে, তাইরেন, পুংফাইনচিংবা লমদমসিদা (মণিপুর) হৌজবা কয়া কৎলি। হৈরুক তাঙ্গা, লফোই-লফাং চং থোকপা, হৈরম-লৈরম মসক নাইবা, লাইদা কৎপসি মীতৈনা পুথোকচবনি। মপান্দগী পুদে ।[৭]

(চ) চকপা ফাইয়েঙ হরাউবগী যৌরমদা - লাই ঈকারকপনা লাইবুং হেক যৌরকপদা মৈ ওক্লনি, ফৌদাং, ভারি-পরেং, থুম মপাক অনি য়াওই, খোইজু-লৈখাম মৈ থাবনচিংবা পাংথোকই ।[৮]

(ছ) "শিংথেক-শিংথাবা" অমসুং "চৈরাউবা" কুমৈ অনী অসি য়েলহৌঙৈদগী চৎনরকপা মীতৈ জাতীগী কুমৈনি ।[৯]

(জ) চৈরাউবগী চৎনবা মসক অসি ক্যাম্বা নিংথৌগী হাক্তত্তা শেমদোকখি। ঐখোয়না হৌজিক উবিথা মতৌ অসি নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা গৌরিয়া বৈষ্ণবগী ঈথিলদা ফঙনা শেমদোকখিবদুনি ।[১০]

(ঝ) চৈরাউবা নুমিৎতা নিপা অমখক্না লাকদৌরিবা চহি অসিদা থোকদবা লৈবাক নিংথৌগী ফত্তবা পুম্নমক ঐ পুম্নগে হায়দুনা নিংথৌগী অমসুং লৈবাক্কী অঙম-অথৌ য়াইতোঙ-খমদোঙ ময়ামগী মমাঙদা চোংথোক্নুনা লাউই, নিপাসিবু "চৈথাবা" কৌই ।[১১]

(ঞ) মণিপুরদা পানা লাকপা মীশক ৪ না চৈরাউবগী মসিল পুবা চৎনরম্মী। মী ৪ না চৈরাউবগী মসিল পুরম্বা অদু ক্যাম্বা নিংথৌ সনা হাকথক্তগীদি তোকপ্রে। নিপা অমখক্তনা মীয়ামগী মহুৎ শিন্দুনা চৈরাউবগী মসিল পুবা হৌখি। চৈরাউবগী মসিল মী মরিনা পুরিঙৈ মীশিং অদুনা চৈ পায়রগা লাউরম্বা অদু মী অমখক্তনা চৈরাউবগী মসিল পুবা হৌবদগীদি চৈ পায়খিদ্রে। চৈ পায়বা তোকপ্রে, চৈ থাদোকপ্রে। চৈ পায়রম্বদগী থাদোকপা অদুবু নিংশিংদুনা মীশক

৪ গী মহৎ শিন্দুনা চৈরাউবগী মসিল পুরিবী মী অদুবু ''চৈথাবা'' - চৈ - থাদোক্লবা হায়না কৌই ।[১২]

(ত) শক ১৪০৭, ইং, ১৪৮৫ দা চৈথাবা হৌদোকলে । অহানবা চৈথাখিবা নিপা অসিগী মমিং ''হিয়াংলোই'' কৌই ।[১৩]

(থ) চৈথাবা নুমিৎ ঃ- চৈথাবগী নুমিৎ অসি লমদাগী অরোইবা (থাসি) নুমিত্তা ওইরকই । অরিবা কুমজানা লোইবা, অনৌবা থাবালগী কুমজানা হয়েংদগী হৌরগনি হায়বা নুমিৎ অসিদা অনৌবা চৈথাবদা হান্নগী চৈথাবনা থৌ শিন্নগদবনি । কুমজা অনৌবনা হেক চংলকপা পুন্জাদুমক্তদা অনৌবা চৈথাবগী থৌ মাঙদা তাদুনা লৈরবনি । মরম অদুনা নোংমা বাংলিঙৈদগী অনৌবা চৈথাগদৌরিবা মীসক অদুদা থৌ পুবগী মসিল সিন্নগদবনি । লমদাগী থাসি নুমিৎতা নিংথৌগী সনা মাংদা হান্নগী চৈথাবনা য়েত্তা অনৌবা চৈথাগদবনা ওইদা ফমদুনা থৌগল তৌই । বাহৈ সিন্নবা লোইরগা ফমফম অমুক ওহ্লোক্লে ।[১৪]

(দ) চহি অমগী ''চৈথাবা'' ওইবিবা নিপা অদু চহি অদুমা থবক শুবা য়াদে । মাগী ইমুং মনুংগী থবক শুবিনবা নিংথৌনা মী পী । লৈবাক নিংথৌগী য়াথং পোত্থাং পুবনচিংবদগী মথৌ কোকপী । শিং য়ানবা ককপা তৌনবা থাং-তেন পায়বা য়াদে । মাগী মশাদগী ঈ তাররদি লৈবাক্কী, মীয়ামগী ওইনা ফত্তে হায়নৈ । মানা মশা নাররদি মীয়াম হুপ্পা নারক্কনি থাজনৈ । মহাক, মাগী মখুঙ্গং, মরেকাই থাদোক্তুনা চংথোকপা য়াহনদে । মঙোন্দা খাজনা থিদবা লম পরি অমা পী ।[১৫]

(ধ) ''চৈথাবা''মীদুদা নিংথৌনা ফি পী । থুমপাক পোলাং অমসু পী ।[১৬]

(ন) অনৌবা চৈথাবনা নিংথৌগী মাংদা শক-শোনগদবা বারোল লাউবা হেক লোইবগা, নিংথৌনা চৈথারিবা মীদুদা মনা-মথুম পী, থৌকায়বগী য়াইফবা কয়াসু পী । মমাংঙৈদা মনাশি য়াম্না চাউনা পীরম্মী । হৌজিক্তি লুপা ১০০ দং পীরগা লোইনরে ।[১৭]

ঙসি মণিপুরদা চংনরিবা শজিবু নোংমা পানবদা পাংথোকল্লিবা চৈরাউবসি খৃষ্ট চহিচাগী মমাংদা লমদমসিদা পাল্লম্বা মশক নাইবা লৈঙাক পুরেল ''লৈনুং লোনজা অরিবা'' গী মতমদগী পাংথোকলকপনি হায়বা অচেৎপা বাফম পীরি ।[১৮] অদুনা চৈরাউবা, অরিবা মতম য়েলহৌঙৈদগী চংনরক্লবা মীতৈগী ওইবা নাংকী থৌরম অমনি হায়বসিদি চুম্নবা বাফম ওইরে । মীতৈগী অরিবা নাংকী থৌরম কয়াদা থুম চংবা, য়াওবসিনা মণিপুরদা

ওঙ্লিংঙৈ মতমদগী থুম শিজিন্নরে হায়বা খঙলে। মালেম পুম্বগী ওইবা ৱাফম অমসু লৈ। মীওইবনা চান-থক্লবিবা খ্বাইদগী লিরবা মচনশিংগী মনুংদা থুমসু অমনি।[১৯]

"নোংপোক হৌচেং নুরাগী। হাওনু সামননুনা। কোনপি মচিন-মনাওনা।... থুমলাং ময়োনসং। তাওচিং হয়কা সোইনা"। পুরিকলাই সোঙলেন লানথাপানা (লোইচাওম্বা) লৈঙাকলিংঙৈগী ৱারীনি। থুম নিংথিবা খরগা হয়রাং অদু শোয়রদুনা ...। মতমদুদা চান-থুম শিজিন্নরে হায়বা তাকই।[২০] "মৈতেঙঙু নোইনাই থরানথাপা ... তাওচিঙ হয়পু খাচিক্লে। নোইনু থুমপু খুৎত সুনা তাওচিঙ হয়পু চাকে লাকপত ..."।[২১] থুম নমদুনা হৈ চাবগী ৱারীনি।

ৱারোল অমসু লৈরি - নিংথৌ কাংবা মতমগী লৈপাক অসিগী কোল্লোয় মমিংদি "তিলি কোকতোল লৈকোইরেল কৌঙমলে। চক অদুগী থুমদি থুমনমবীদা পাললময়ে"।[২২]

হয়িচক্কী নিংথৌদি "কাংবা" নিংথৌশিগী হাকতকতা - "চাকতি চাদুম ওইনা পালমএ। চাদুম পানবা লৌফমদি চাকশৌপুংদনে। য়ুসু খোং ওইনা চেললমএ। খোং মাহাক্তি য়ুসৌপুংদনে। খুবাই খুনফম ৪ মক্তা পাল্লমএ। থুমদি থুম্নমবিদা থোকএ"।[২৩] খৃষ্ট মমাংদা মণিপুরদা থুম শিজিন্নবে হায়বদু তাকই। শিজিন্নরিবা থুমগী শকওং-শাদা, মওং-মতৌ খঙদোকপা মথৌ তাই।

চাকসু চদুম ওইনা পাল্লি হায়রিবনিনা থুম্নবীদা থুম থোকপা হায়বসিসু মনা-মশিং উনাদু চাবদা থুমগী ময়াক মহাও লৈবা ওইবা য়াই। অদুবু ৱাহৈগী ৱাহয়োক য়েংলগদি "থোকপা" হায়বনিনা করিগুম্বা মফম অদা থুম ফংবগী, থুম থোকপগী ৱাফম ওইফম থোকই। উনাদা থুমগী মহাও চেনবা ওইরবদি "থুমদি থুম্নবীদা পাল্লে" হায়রমফম থোকই।

অইবা ইশাগী ৱাখল্লোনদি - লোকনুংদা, লোকমাইদা, চীংখোংদা লৈরিবা লৈপাক লৈশাদা থুমগী শরুক য়াওবা (presence of rock salt in the earth's crust) ওইবা য়াই হায়বসিনি। নৎত্রগা, মফমদুদা হৌরিবা পাম্বীগী মকু নৎত্রগা মউ নৎত্রগা মনাদা থুমগী মহাও য়াওবা ওইগনি। "থুম্নম্বী" হায়না খঙনবা উপান অমা লৈ। মসিগী অনৌবা চোংখৎলকপা খুমুদু মকু থোকতোকতুনা মনুংগী অথোংপা শরুক্তু চিকতুনা তংবদা থুমগী ময়াক লৈ। মসি ইরোইশেম্বদা লৈরিবা চীং অসিদসু হৌরি।

উপান-হৈপান পাম্বীগী লমদা থিজিনবা অখঙ-অহৈসিংনা মখাগী ৱারোল খরসি থম্বী। মালেম অসিদা উপান-হৈপান মখল কয়া হৌরি। উপান কয়াগী মৈতানবু এনালাইসিস তৌদুনা থিজিনবদা খঙবা ঙমখ্রে মর্দুদি পাম্বীদা কেলসিয়ম, পোটাসসিয়ম, সোদিয়ম, আইরন, এলুমিনিয়ম, মেগনেসিয়ম, মেনগানিজ, জিংক, কোপর, মোলিদেনম-নচিংবা ইলিমেন্ট কয়া য়াওরি। ওর্গানিক সবস্টেন্স অমসুং মিনরেল সোল্টশিংনা পাম্বীগী সেলশিংদা

ওসমোতিক প্রেসর লৈহনলিবনি ।[২৫] দোদিয়ম অমসুং পোটাসসিয়ম অসি পাক-সন্না পান্নী অমসুং শাশিংদা য়াওই । য়াওবদি ইনওর্গানিক এসিদকী সোল্ট ওইনা য়াওই । খুদমদি ঃ সোদিয়ম ক্লোরাইদ, সোদিয়ম ফোস্ফেট, সোদিয়ম কার্বোনেট, পোটাসসিয়ম ক্লোরাইদ, পোটাসসিয়ম ফোস্ফেট, পোটাসসিয়ম কার্বোনেট । প্রোটিনগী সোল্ট ওইনা অদুগা ওর্গানিক এসিদকী সোল্ট ওইনসু য়াওই ।[২৫]

মালেম অসিগী ওইবা মিংয়েংদসু পান্নীদগী থুম শুংবগী বাফম ইকুই কুইদনা ফোংদোকপ্রে । ভারতবর্ষগী ভাবনগর সেন্ট্রেল সোল্ট এন্দ মেরিন কেমিকেলস রিসর্চ ইন্সটিট্যুট (সি এস এম সি আর আই) গী থিজিল্লোইশিংনা (সাইন্টিষ্টশিংনা) পান্নী মখল অমদগী চানবা থুম শুংদুনা ইং ২০০৩ গী মে থাদা পুথোকপ্রে । থিজিনশং অসি গুজরাটতা লৈবনি । অসুম্না পুথোকখিবা থুমসি "সালোনি" হায়না মমিং থোনখি । ভেজিটেবল সোর্সতগী চান-থুম পুথোকপা, শুংবসি মালেমগী ওইনদি হন্দক গুজরাটতা পুথোকলিবসিনা অহানবনি হায়না য়ানরি ।

মহৌশা পান্নী অয়াম্বা থুমহি চেনবা মফমদা হৌবা ঙমদে । অঙকপনি মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেম । থুমহিগী চাং য়াম্না বাংনা য়াওবা মফমদতা হৌবা পান্নীসু লৈরি । বাফমসিদা সি এস এম সি আর আই-গী সাইন্টিষ্টশিংনা খোইজংবা মিংয়েং থম্না হৌরকখি । গুজরাটকী থুমহি চেনবা সমুদ্র খোংবানগী লমদমদা মনা পান্দবা পান্নী মচা মখল অমা হৌরি । হায়রিবা পান্নীসিদা অখন্নবা মিংযেং থমদুনা পান্নীসিগী মশাদা কুপ্না থিজিনবা হৌরকখি, চাংয়েং কয়া তৌরকখি । পান্নী মচাসিগী টিসুদা থুমগী শরুক য়াম্না তুংশিন্দুনা য়াওবা থেংনখি । হায়রিবা পান্নীসি "সেলিকোর্নিযা প্রাকাইত্তা" হায়না কৌই । পান্নীসিদগী থুম শুংনবা সি এস এম সি আর আই-গী সাইন্টিষ্টশিংনা চাংয়েং কয়া মথং মথং পাংথোকখি। মমৈথংদা পান্নীসিদগী থুম শুংদুনা চান-থুম পুথোকপা ঙমখি । সমুদ্র ঈশিংদগী শুংবা চান-থুমগা হায়রিবা পান্নীসিদগী শুংবা চান-থুমগা মতিক-ময়াইদা খেন্নবা খরা লৈরি । সমুদ্র ঈশিংদগী শুংবা চান-থুমদা য়াওরিবা মচনশিংগী মনুংদা "সোদিয়ম ক্লোরাইদ" না মপুং ওই । অদুগা হায়রিবা পান্নীসিদগী শুংলিবা চান-থুমশিংদদি হকচাংদা কান্নবা পোৎচাক কয়া মাইক্রোন্যুট্রিয়েন্ট ওইনা য়াওরি । খুদম ওইনা - পোটাসিয়ম, কেল্সিয়ম, মেগনেসিয়ম অমসুং আইরন-নচিংবনি । পান্নীসিদগী শুংলিবা চান-থুমসিদা অতোপ্পা কেমিকেল পোৎয়ান অমত্তা য়াওদবগী বারোনসু ফোংদোকই ।[২৫] পান্নীগী মসাদা মিনরেল সোল্টকী চাং য়াওবা অমদি পান্নীদগী থুম শুংবগী তশেং-তশেংবা খুদম লৈরে, অচেংপা বাফম লৈরে । অদুনা কাংবা নিংথৌগী মতমদা মণিপুরদা থুম্নীদা থুম থোকপা হায়বা বাফমসি ওইথোকপা য়াই ।

মথক্কী বারোল খরসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমলিবদি - সমুদ্র মপান্দা ফংবা থুম নৎত্রগা থুমহি লোন্দুনা শুংবা থুমসি নৎত্রবসু মণিপুরদা নিংথৌ কাংবগী মহাকথক্তা মতমদুগী শা-ঙা, চাক্কা চুন-চানজবা মওংগী ''চান-থুম'' লৈরমলে। অদুনদি মণিপুরদা য়েলহৌঙে মতমদগী থুমগী মহাওসি চাবদা শিজিন্নরক্লে হায়বা তাই। লৈকুৎ-লৈরায় অমদি শুরুংদা য়ারেকফম পোৎথাফম ওইরম্বা তোকতুনা য়ুম শারকপা, য়ুমলিংলকপা খুললিংলকপা মতমদগী মণিপুরদা থুম শিজিন্নরকলে হায়বা বারোলসু লৈ।২৭

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**


1. মুতুবা ভোগ্রী, ইম্ফাল ভোলুম - ১, ১৯৭৫, লাঃ ৪৬।
2. মণিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা, ডা. এম. কীর্ত্তি, ১৯৭৭, লাঃ ৫৭।
3. নোংথোম্বমচা মেরা মঙাং, ''ঐখোয়গী থৌরমলোন'', ১৯৮৯, লাঃ ৭৫।
4. Ibid, p. 51.
5. Ibid, p. 105.
6. এনজী কাংজীয়া, সাজিফু চৈরাউবা, ১৯৮২, লাঃ ৪৯।
7. ডা. এম. কীর্ত্তি, মণিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা, ১৯৭৭, লাঃ ৬৯।
8. বাহেংবম লুখোই, লাই হরাউবা, ১৯৮৯, লাঃ ১৯১।
9. ডা. এম. কীর্ত্তি, মণিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা, ১৯৭৭, লাঃ ১৩৫।
10. Ibid, p. 136.
11. নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র অমসুং লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল, চৈথাবোল কুম্বাবা, ১৯৮৯, বাহৌদোক।
12. এনজী কাংজীয়া, সাজিফু চৈরাউবা, ১৯৮২, লাঃ ৪৯।
13. চৈথারোল কুম্বাবা, ১৯৮৯, লাঃ ২০।
14. এনজী কাংজীয়া, সজিফু চৈরাউবা, ১৯৮২, লাঃ ৫৯।
15. Notes on Meithei (Manipuri) Beliefs and Customs, Compiled and edited by Dr. John Parratt, 1998, p. 35.
16. Ibid, pp
17. এনজী কাংজীয়া, সজিফু চৈরাউবা, ১৯৮২, লাঃ ৬০।
18. Ibid, p. (i).
19. Encyclopedia of Science & Technology, Vol. 16, p. 16.
20. ওইনাম ভোগেশ্বর, মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা, ১৯৮২, লাঃ ১৮৭।
21. এম উদয়চাঁদ, সেয়োহি লমাই লোল, ১৯৭৩, লাঃ ১৫।

22 নিংথৌজা মনিজাও, লৈমা য়েংলিন্ডেদা খুনু কাবা, ১৯৯৪, লাঃ ৫।
23 খুলেম চন্দ্রশেখর, শকোক লমলেন অহানবা, লাঃ ৩।
24 Modern abc of Biology (Par class XI), by B B Arora and AK. Sabharwal, pub by Modern publishers, 2003, p. 745.
25 Text Book of Biochemistry (physiological chemistry) by Dr. G.R. Agarwal and Dr O P Agarwal, pub by Goel publishing House, Meerut, India, Fourth Edition, 1987-88, p. 507.
26. "শান্বীদগী ইন্দিয়ান সাইন্টিষ্টশিংনা থুম পুথোকত্রে" নহারোলগী থৌদাং, ২৯-৫-২০০৩।
2" খুমন্লম্বম য়াইমা, নোংপোক লৈথৌচিং, ১৯৫৮, লাঃ ৮।

## ১০

# মণিপুরগী মরুওইবা থুমখোংশিংগী ৱারী-ৱাখোং

মণিপুরদা থুমখোং মরাং কাইনা লৈরম্মী। মসিদগী থুম শুংলমই। মসিগুম্না থুমসিবু মীতৈথুম (থুমপাক) হায়না খঙনৈ। নিঙেল, শিখোং, চন্দ্রখোং, ৱাইখোং, গোড়খোং, কদাংবন থুমখোং লোক, সেকমাই খুনৌ থুমখোং লোক তম্পাকতা লৈবা মরুওইবা থুমখোংনি। নামলি, খারাসোম, মারেম-খুলেন, মারেমফুং, লুচাই খুলেন, লুচাই খুনৌ, পাউই, চলৌ খুলেল, চলৌ মালহৌ, তসৌ খুনৌ, থিংগাই, কাহ্লাং খুলেন, কাহ্লাং খুনৌ, ৱাহোং অমসুং থিৱা চীংগী লমদা লৈবা মরুওইবা থুমখোংনি।[১] তোরবুং, চীবু মরুওইবা থুমখোংশিংগী মনুং চল্লি।[২]

মণিপুরদা লৈরিবা পানা খরগী মনুংদা খাবম পানাসু অমনি। খাবম পানাসি গরিবনিৱাজ নিংথৌগী মতমদা পুথোক্লম্বনি। পানা অসিগী ময়াই থংবা শরুক চীং ঙাক্তনি। মতাই অনি নোংপোক অমসুং নোংচুপ্তা তম্পাক লৈ। খাবম পানাগী মনুংচন্না লৈবা খুঙ্গং অয়াম্বদা থুমখোং লৈ। খুঙ্গংশিং অদুদি চলৌ, য়াইরিপোক, বেঙ্গি, পেচি, মোইরাংপ্রেম, ইথম, মোঙ্গৌ, নুংথ্রং, চন্দ্রখোং, ফাঙ্গংখোং, নিঙেল, ককময়াই, শিখোং।

চলৌ ঃ খাবম পানাগী অৱাং থংবা শরুঙা, ইরিল তুরেলগী নোংপোক থংবা তোর্বান্দা লৈবা খুঙ্গংনি। খুঙ্গংসিদা থুমখোং অমা লৈ। থুমখোংসিদগী শুংবা থুমবু "থুমজাও মমাইথাবী" হায়না মমিং চংলি।

য়াইরিপোক ঃ পানা অসিগী নোংপোক থংবা শরুক্তা, থৌবাল তুরেলগী তোর্বান্দা তাই। য়াইরিপোক্কী অৱাং থংবা শজিখোংদা থুমখোং অমা লৈ।

বেঙ্গি ঃ পানা অসিগী মখা থংবা শরুক্তা লৈবা খুঙ্গংনি। থুমখোং অমা লৈ।

মোইরাংপ্রেম, ইথম, মোঙ্গৌ, নুংথ্রং হায়রিবা খুঙ্গংশিং অসি খাবম পানাগী নোংপোক থংবা শরুক, থৌবাল তুরেলগী মপান্দা তাবা তম্পাক্কী লমদমনি। হায়রিবা খুঙ্গংশিং অসিদা থুমখোং লৈ। চন্দ্রখোং, ফাঙ্গংখোং, নিঙেল, ককময়াই, শিখোং হায়রিবা খুঙ্গংশিং অসি পানা অসিগী নোংপোক থংবা শরুক্তা লৈবনি। খুঙ্গংশিং অসিদা থুমখোং মরাং কাইনা লৈ।[৩]

মণিপুরগী উখ্রুল লমদমগী মনুংচল্লা লৈবা খুঙ্গং খরদসু থুমখোং লৈরম্মী। মরেমফুং, লুচাই, খরাসোম, চলৌ থুমখোং লৈবা মফমশিংনি।

মরেম্ফুং : খুল অসি চীংঙাই চীংগী নোংচুপ্তা লৈ। থুমখোং অমা লৈ।

লুচাই : চীংজারোইগী মনাক্তা লৈবা খুঙ্গংনি। থুমগী ইফুৎ অমা লৈ।

খরাসোম : চীংজারোইগী অব্রান্দা লৈবা লমদমনি। মসিদা থুমখোং লৈ। মীনা থুম শুংই।

চলৌ : চলৌ তুরেলগী নোংপোক তোর্বান্দা লৈবা খুঙ্গংনি। মফমসিদা থুমখোং লৈ।[৫]

শিখোং থুমখোংগী মরমদা : থুমখোং লৈরিবা শিখোং খুলবু মতৌ করম্না "শিখোং" কৌখিবনো ? "তুবী অঙনবা মকোক করুববু শিয়র-শিম্রিরা হায়না লোইমোম ফৌওইবী লাইরেম্বীনা কোংনা কোংনা য়েংলম্মী হায়দুনা শি-কোং হায়বদগী মফমদু "শিখোং" কৌনখি।[৫]

"নোংপোক ব্রাইরং লমমাং হলপু য়ীতাললকপদা মতু অঙলপা লাইরেল অবেমপানা সমু য়ীখোঙকুল অসিপু লীরকপারা হায়না খূনীঙ মোইতোন কাঙ, খুপাক লাইখল সানা কোংনা কোংনা য়েংলময়ে। সারেল ব্রোমপীচা, পানপা য়েকলাপা অমসুঙ সিরময়ে। অতু নোংকিপু "সীকোং" থোল্লময়ে।[৬] অদুগা অসুম্নসু ফোংদোকই -Seekong = chi (salt) + khong (well)।[৭] শিখোংদা থুমখোং মরি লৈ।[৮] সিখোং লমহাম্পাৎতা থুমখোং ৫০ লৈ।[৯] সিখোংদা থুমখোং ৪০ লৈ। তাইবীপাৎ থুমখোংদি চানদবা থুমখোংনে।[১০]

ব্রাইখোং থুমখোংগী মরমদা : মরাম্বা খোং অমসুং ফান্দু তুরেলগী তিন্নফমদা "ব্রাইখোং" খুল লৈ।[১১] ব্রাইখোং খুলবু মতৌ করম্না ব্রাইখোং কৌখিবনো ? খুমল লৈবাক্কী অকনবা "নোংয়াই থোংবু ব্রাইনুচা" কৌবগা মোইরাংগী অথৌবা "খোইরি তোঙ্গাওসু" কৌবগা হাও মুক্লা লেংফাই চন, মোংবা তাজিন খুরৌ য়েংন পাঙ্গল চাং য়েংনরম্মী। খোইরি তোঙ্গাওসুনা নারোন্দা "থোংবু ব্রাইনুচা" গী চরৈ ফিগোননুংগী পাথৌ শানফোংদববু ময়ানা শা মহাক ফংনা চিকখাইবদা নোংয়াই থোংবু ব্রাইনুচাদি শিঙমদা ব্রানা লাউনা শিখি হায়বদগী মফমদু "ব্রাইখোং" কৌনখি।[১২] উচেক্লা মণগী মতুং ইন্না চিক্লা চিক্লা খোংদুনা ইন্নরম্মী। মতমদুগী মীওইশিংনা উচেকপু "ব্রায়া" কৌরম্মী। ব্রায়ানা চিক্লা খোংদুনা ইন্নরম্মী হায়বদগী চিকপী ব্রাইয়া খোং কৌই। মমৈথংদা ব্রাইখোং হায়না খঙনখি।[১৩] থায়নঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈ ব্রাইখোং খুলবু লৈমনাই, নিংথৌনাই হায়না শরুক অনিথোক্লা খায়দোকলমই। ঙসিগী মীয়োলশিদা খেংনবা লৈতনা অব্রাং লৈকাই অমদি মখা লৈকাই হায়বসিনা ব্রাইখোং খুলগী অপুনবা শক্তম ওইরি।[১৪]

ৱাইখোংদা থুমখোং মঙা লৈ।[১৫] ৱাইখোংদা থুমখোং ৯ লৈবগী ৱাফমসু ফোংদোকই। মখোয়দুদি - য়াম্বীখোং থুমখোং, খুলংখোং, শজিকখোং, পাৎচৌখোং, তম্পাকখোং, খোংজাওখোং, সেল্লুংখোং, খোংনেম্বাখোং থুমখোং। লাইরেম্বী লম্পাক্তসু থুমখোং অমা লৈ।[১৬] লাইরেম্বী অসিসু ৱাইখোং থুমখোং লাইরেম্বী হায়না খঙনে। মথক্কী থুমখোংশিং অসিগী মনুংদা থুমগী পোখোক মরাং কাইনা পুথোকপা থুমখোংদি পাৎচৌখোং থুমখোং অমসুং তম্পাকখোং থুমখোং অনিসিনি। ৱাইখোংদা আচা খোং (থুম শুংদুনা চানবা) ৫৫ লৈরম্মী। চাদা খোং ১০ লৈরম্মী। খোংনা লুবদি লম লুইয়ে।[১৭] ৱাইখোংগী থুমখোংদগী শুংবা থুমশিদা থোইদোক হেন্দোকপা ময়াই চেল্লি। মসিদগী ফংবা থুমসি নিংথৌগী শিজিন্নবা ওই।[১৮]

চন্দ্রখোং থুমখোংগী মরমদা ঃ খুল অসিবু চন্দ্রখোং হায়না মিংথোনখিবসিগী মতাংদা তোঙাল-তোঙালবা ৱারোল অনিথক লৈ। অহানবা ৱারোলনা হায়রিবদি চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌগী হাক্তকতা নিংথৌগী মিং পক্লা চন্দ্রখোং থোনখিবনি অসিনি। অনিশুবা ৱারোলনা হায়রিবনা মৈদিংগু ভাগ্যচন্দ্র সনা মহাকথক্তা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী মমিং ৱাইনা "চন্দ্রখোং" কৌখিবনি। ৱারোল অনিসিগী মনুংদা করম্বনা অচুম্বা ওইগদগে ? মৈদিংগু ভাগ্যচন্দ্র লোইনাই চিংথংখোম্বা সনা মহাকথক্তা (ইং ১৭৬৩ - ১৭৯৮) থুমখোং তৌদুনা হুকপা অদুগা মমিংদি চন্দ্রখোং থোনখিবগী ৱারী লৈরি।[১৯] ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তা চন্দ্রখোংগী থুমখোং শেমগৎলবা তুংদা, ভাগ্যচন্দ্রদগী 'চন্দ্র'গা থুমখোংগী খোংগা পকশিন্নরগা "চন্দ্র - খোং" হায়বদি চন্দ্রখোং" হায়বা মিং অসি থোনখিবনি।[২০] চন্দ্রখোং থুমখোং লৈবা লমদমবু "চন্দ্রখোং" হায়না খঙনরকখিবা ওইগনি। শক ১৭১৪ ইং ১৭৯২ ফাইরেন থা ৩ নি লৈপাকপোকপদা চিংথংখোম্বা মহারাজ চন্দ্রখো° য়েংবা চৎএ।[২১] মৈদিংগু গম্ভীর সিংহ চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা (ইং ১৮২৫ ১৮৩৪) গী মতমদা চন্দ্রখোংদা লৈবম্বা থুম শুংহনলম্বা মীওইশিং খুনতাক লালজেনবদা (চহী তবেৎ খুন্তাকপা) চেনখ্রে। থুম শুর্থবনবা মী ৱাৎলে। অদুনা চন্দ্রখোং তাবা সেকমাইশিংবু থুম শুংহনবগী ৱারিসু লৈরি।[২২] শক ১৭৫৪ ইং ১৮৩২ গী ইঙেল ২১ নি শগোনসেন্দা শ্রী গম্ভীর সিংহ মহারাজ চন্দ্রখোং য়েংবা চৎএ।[২৩] মথক্কী খুদম খরসিনা তাকলিবদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মীয়োলগী মমাংদা চন্দ্রখোং হায়বা খুলসি লৈরে, মমিংসি লৈরে। খুলসিদা থুমখোংসু লৈরে। শক ১৭৮৩ ইং ১৮৬১ শজিবু ২৩ নি পানবা শগোনসেন্দা চন্দ্রখোংদা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কৌবা খোং অমসু হুকখি।[২৪] ৱাফমসিনা তাকলিবদি চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌগী মতমদা চন্দ্রখোংদা চন্দ্রকীর্ত্তি খোং কৌবা থুমখোং অমসু শেমগৎখি হায়বনি।

চন্দ্রখোংদা থুমখোং অনি লৈ। কোমশিং অসিগী লৈফমদি নিঙেলগী কোমশিংগী লৈফমগী মওং মতৌগা মান্নে। খেৎনবা অমনা চন্দ্রখোংগী থুমখোংগী মনাক নকপদা

ঈশিং-ঈনৌ ওাক্তগী কোমসু লৈ। মসিদগী অচম্বা ঈশিং থুমখোংদা চেনশিনখিদুনা থুমদুগী ময়াক হনথহনবা য়াবগী ফিভমসু লৈ। অদুনা মরক-মরক্তা অচম্বা অনৌবা ঈশিংসি শিংতোকপা তাই। মসিগুম্বা অচম্বা ঈশিংগী ঈমাইনা করিগুম্বদা লৈজরম্বা থুমখোংগী ঈমাই থুমজিনখিবগী বাকমসু ফোংদোকই। চন্দ্রখোংগী থুমহিদগী থুম শুংবদা থুম ওন্দুনা কনশিল্লকপগী চাংগা নিঙেলগী চাংগা মান্নদে।[২৫] সনামহীখোং নংত্রগা লমলাই-খোং হায়না খঙনবা থুমখোং অমা চন্দ্রখোংদা লৈ। লৈফমদি চন্দ্রখোং অমসুং নিঙেল খুঙ্গং অনীগী লমতাইনফমদা লৈ। মতম অমদদি থুমখোং অসি মফম অতৈদা লৈবা থুমখোংশিংগা য়েংনবদা য়াম্না থেনবা অদুগা পোখোক্লা থুমখোং অতৈদগী হেন্না পুখোকপা ওম্বা থুমখোংনি হায়নরম্মী।

**নিঙেল থুমখোংগী মরমদা :** নিঙেল ইম্ফালগী নোংপোক মাইকৈদা কিমি ৩৪ য়োম লাপ্না চংলগা লৈবা অপিকপা খুঙ্গং অমনি।[২৬] ইম্ফালদগী কিমি ৩০ মুক নোংপোকলোমদা চংলগা য়াইবিপোক খুঙ্গং লৈরে। মসিদগী নোংপোক পাংনা চন্দ্রখোং তাবা লম্বীদা কিমি ৮ মুক চংলগা "মরম পতোঙ" (হোর্তোল) হায়বা চীংমীগী খুঙ্গং থেংনগনি। মফমসিদা লমখায় অমা লৈ। লমখায় অসিবু নিঙেল লমখায় হায়না খঙনৈ। লমখায়সিদগী কিমি ২ / ৩ লোম অপিকপা লম্বী অমদা চঙশিল্লগা নিঙেল খুঙ্গং লৈরে। ইং ২০০১ মতমসিদা নিঙেল খুঙ্গংসি হৈরোক কেন্দ্রগী মনুং চন্না লৈ।[২৭] লাইরেম্মা ৭মক লাইনিংথৌ ৭ মক্তা লেংনা ফাইনা (লোইননা) চংমিন্নখি হায়বগী নিঙেল কৌএ।[২৮]

নিঙেলদা থুমখোং অহুম লৈ। অহুম্মক থোইদোক্লা পাক চাওদে। উমং য়ামংলবা চীংগী চীংখোংদা লৈ।[২৯] কনাগুম্বনা অসুম্না হায় - নিঙেলদা থুমখোং মঙা লৈজরম্মী। নিপথিনা শেন্নবীদবদগী মথন-মথন্ত মুংচপ্রে। অহুম অমদি মচু থোক্লা হিংলি।[৩০] নিঙেলদা থুমখোং ১০ লৈ। চানবা থুমখোং ৫। চানদবা থুমখোং ৫।[৩১] মণিপুরদা লৈরিবা থুমখোংসিংগী মনুংদা নিঙেল থুমখোংনা খ্বাইদগী অরিবনি। পোখোকসু খ্বাইদগী হেন্না থোকই।[৩২] ওসি ওসিমক নিঙেলদা থুমখোং অহুম হিংলি। উক্রু অনীদি লৈমায়গী মথক থংবা শরুক চেক্লা চনখংলে। ময়ায় থংবা উক্রুদি মমাংঙৈগী উগী শক্তম কাইদনা লৈরি।

**কদাংবন থুমখোংগী মরমদা :** খা-য়াং শন্দোকলিবা কাংচুপ চীংশাংগী মশাদা, কাংচুপ চীংখোংদগীনা কৌব্রু মায়কৈ ওইবদা "শীংদা তুরেল" গী হৌরকফম লৈ। তুরেলসিগী হৌরকফমসি লোক অহুমগী ঈতিনফমনি। মসিগী মনুংদা থুমখোং লোকসু অমনি। থুমখোং লোকসিগী চীংখোংদা কদাংবন খুল লৈ। খুলসিগী মমিংবু পকসন্নরা "কদাংবন থুমখোংলোক" হায়না খঙনখিবা ওইগনি। কদাংবন খুলবু কোনবীরিবা লাইসু লাইরেম্বীনি। লাইরেম্বী অসিগী মিংলেনসু "কদাংবন থুমখোং লাইরেম্বী" হায়না কোলোইনৈ। মফমসিদা মশক নাইবা থুমখোং লৈরম্মী হায়বসি ময়েক শেংহন্নী।

মণিপুরগী তোঙান-তোঙানবা মফমদা অতে অতোপ্পা থুমখোং কয়াসু লৈরম্মী। পনবা য়াবা খরদি সরালখোং, ইথম, মঙ্খৌ, লোকলৌকোন অসিনচিংবা। লম্মাংদোংদা থুমখোং ১৫ রোমদগী হেল্লা ফংই।[৩৩] ঙসিগী বিষ্ণুপুরবু লম্মাংদোং হায়না খঙনরিঙৈগী ৱাফমনি। থৌবাল ডিষ্ট্রিক, বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক, ডিষ্ট্রিক খায়দ্রিঙৈগী ৱারীনি। মণিপুরদা লৈরম্বা থুমখোংশিং ঙসিদি থুম মরাং কায়না পুথোকখিদ্রবসু নৎত্রগা শুংপু পুথোকখিদ্রবসু মমিংদি মুৎত্রি। খুদম ওইনা শিখোং, ৱাইখোং, নিঙেল থুমখোং। লম্মাংদোংগী মনুং চনবদা থুমখোং ১৫ রোম লৈরগদি মপুং ওইবা থুমখোংগী (মফম) মমিং অমা-অনিদসু ঙসিগী মীয়াম্না চিন্দা পন্নফম থোকই। অদুবু পন্নবা তাদে।

"মণিপুর তম্পাক অমসুং চীংগী অয়াম্বা মফমদা থুমহি থোকপা খোং য়াম্না লৈ। থুমহি অসি শোকলগা লোন্দুনা শুংবা থুমতা চাদুনা মীতে পুম্নমক পান্নমই"।[৩৪] মণিপুরগী থুমখোং য়াম্না লৈ। মসিদগী ইমুং মনুং শিজিন্নবখক্কী ওইনা থুম শুংই। অসিগুম্বা থুমখোংশিং মণিপুর তম্পাক্কী নোংপোক থংবা শরক্তা লৈরিবা চীংখোং-চীংয়াদা লৈ। পনবা য়াবদি :- ৱাইখোং, শিখোং, চন্দ্রখোং, নিঙেল, নুংত্রং অসিনচিংবনি। ঙসিদি অয়াম্বনা কংশিল্লক্রে। লেমহৌরিবা খরমখৈসু পোংথোক খজিকতমক পুথোকলে।[৩৫] নুঙবঙদা (নুংত্রং) থুমখোং ২০ লৈ।[৩৬]

মণিপুরগী থুমহি ঈফুৎসি থৌবাল তুরেলগী তম্পাক লমদমদা লৈ। অসিগুম্বা ঈফুৎসি ফুট ২০ দগী ৪৫ ফাওবা লুনা লৈ। লৈনুং ঈশিং চিথখিবদা মপুং ফাদবনা তুংশিনহৌবা ঈশিংদগী নৎত্রগা লৈনুংগী লৈকন-নুংগন মথক্তা থুম য়াওবা পোংচাক পৈশিন্দুনা লৈবদগী অসিগুম্বা থুমহিগী ঈফুৎশিং অসি শেম্নকপনি হায়বা ৱাফম লাইরিক্তা থেংনৈ।[৩৭]

ঈরিল তুরেলগী হৌরকফম মণিপূরগী অৱাং থংবা চীংগী মফম খরদা থুম থোকপা মফম লৈরম্মী হায়বগী অচেৎপা খুদম মণিপুরী অরিবা লাইরিকশিংদা ফংই। "অৱাং ফানলৌ লাইমাকোল, লিনৱাই খারংপোক। কাকলেন সিনাম-সঙকোন। ঔরী সমৈথাং। মীরা পোংথোক্লম্। লমলেন কোনপিরা। হঙোই কোনথিং নুরাপীনা ৱাইকোইলম। তঙচা লিলা পাখংপা ৱাইচংলম। লিনৱাই য়িমরুতা থৌনাও। নূংপী খনখায় য়ামতে। লীরেন কংসি নীকতে। সীংপী থরোন য়ামতপনে। লাইচা য়িনূং হুকতে। মেনাং তনপা খুয়ৌ ঙামচৌ হনতপানে। উচিনা তেকতেকপান। য়েনখুরে ৱানসাপা। হাংকেন অকনপাতি সংলৌ নূংকনতে। য়েলাং খূৎ খাঙতে। তাংকোৎ চয়সৌতে। নোইনু থুমকা লৈপানে। নূংপী য়াসৌ নাইতাপা লমপু। সানৌ নঙ থৌনাও"।[৩৮] ৱাহনথোকসিমক পীবা ৱারোল শ্রী নোংমাইথেম মনাওয়াইমনা ইবা তুতেংলোন (তুদেংলোন) লাইরিক্কী লমাই ২ দসু ময়েক শেংনা য়াওরি। খৃ: ২৬৪ দগী ৩৬৪ ফাওবা পোইরে লমদম কংলৈপাক্তা পানখিবা নিংথৌ মৈদিংঙু তাউথিংমাং অমসুং ময়াম্বা য়োইমোংপা মচিন-মনাও অনিনা লমদমসিগী তুরেল

খরা তেংখিবগী বারীনি। মনাওনিপা তাউথিংমাংবু নুংবী নুংজাও য়াম্না লৈতবা লী-পাম্বী য়াম্না হৌদবা, শীং অচৌবা ওইবা য়াবা উজাও য়াম্না হৌদবা ঈশিংসু পঙলু লুদবা, মচিন তুম্বা নুংচেৎসু য়াম্না লৈতবা, থুম লৈবা লমদম ওইবা ঈরিল তুরেল মরুরোমদগী তুরেল তেংলকউ হায়না ময়াম্বা য়োইমোংপনা থৌরম থৌদাং য়াংথোকপগী বাফমনি। ঈরিল তুরেলগী হৌরকফম লমদম ওইবা মণিপুরগী অবাং থংবা চীংগী লমদমদা থুমগী পোৎচাক লৈবা বাফম তাকপনি।

অতোপ্পা বারোল অমসু লৈরি ঃ "তারই য়ীরেলনা লৈখৎপাতী। অবাং পাংনা লৈখৎপানে। নোইনু অথুমবাতী অবাং লমদা চেলখৎলে। ... নোইনু অথুম্বা। নোইনু থুমচা মাইতৌপী লৈয়ে হাইনা তুতৌ খোংতৌবকলে"।[৩] তুরেলগী ঈচেলনা অবাং পাংনা চেলখৎপা লমদম অমদা থুম থোকপগী বারীনি।

লৈবাক নিংথৌগী ওইবা থুমখোংশিং অসি নত্তবা লনাই ওইনা থুম শুংজবা থুমখোং ১১সু মণিপুরগী তম্পাক লমদমদা লৈরম্মী।[৪] লাইখোঙ খুঙ্গংদা থুম থোকফম অচৌবা খোঙ অমা লৈরম্মী। খোঙ অসিগী মমিং লাইখোঙ হায়না খঙনৈ। ডিষ্ট্রিক্ট সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্টী মনুং চনবা অদুগা কেন্দ্রনা অন্দ্রো কেন্দ্রগী মনুংদা লৈবা লমদম অমনি "লাইখোঙ খুঙ্গং"। থুম থোকফম খোঙ অসিগী মমিং লৌদুনা খুঙ্গং অসিবু লাইখোঙ হুজিক্কা "লাইখোঙ ভিলেজ" কৌখি। খুঙ্গং অসি ইম্ফালদগী কিমি ৪০ রোম চৎলগা লৈবনি। লাইখোঙ খুঙ্গংবু কোনবীরিবা লাইরেম্বী অসি থুমখোং লাইরেম্বীনি। খুনজাশিংনা লাংচরিবী লাইরেম্বীসিগী শঙলেন মনাক্তা থুমখোং অমসু লৈ। অন্দ্রো কেন্দ্রসিগী মনুংদা লৈরিবা থুমখোংশিংদিঃ

(১) ফাঞ্জমখোঙ থুমখোং।
(২) লাইখোঙ থুমখোং।
(৩) নুঙ্গোইখোঙ থুমখোং (মফমসিদা খোঙ অনিনি)।
(৪) তুরেলখোঙ থুমখোং।
(৫) পাখংখোঙ থুমখোং (খোঙ অনি লৈ)।
(৬) লাইখোঙ ফম্বাক্তা থুমখোং তরুক।
(৭) শাবাংখোঙ থুমখোং।
(৮) মোইহৌদা থুমখোং অহুম।
(৯) ইথমদা থুমখোং অমা।
(১০) তুমুখোঙদা থুমখোং মরি।

(১১) কেহৌখোঙ  থুমখোং।

(১২) উকুপাবীখোঙ থুমখোং।

(১৩) কাইবংখোঙ  থুমখোং।

(১৪) খোঙলৌখোঙ থুমখোং অসিনচিংবা।[৪১]

লাইরেল মৈদিংঙু মরাম্বা নিংথৌ (খৃ: ১৭৫৩-৬৩) মতমগী থৌদোক ৱাখোক্কী ৱারোল অমা - "ৱাপচিং থৌবাল লাইজ য়িরুরম থুমখোং অচনবাবু ঙমলোন্ননা"। থৌবাল ভুরেলগী হৌরকফম ৱাবচীংদা শিংথানিংঙাই ওইবা থুমখোং লৈবগী ৱাফমনি।[৪২] "চেক্লাপাই" কৌবা থুমখোং অমা মতম অমগী মোইরাং লৈবাক্কী মনুং চনবা লমদমদা লৈরম্বগী খুদম ফংই। লমলেন চেক্লাপাই কেকে থুমখোংলেন কৌবদি কদৌনোংগীনো। মৈদিংঙু চীঙথঙখোম্বা নিংথৌ (খৃ: ১৭৬৩-৯৮) মতমগী ৱারীনি। চীংঙী মায়েম ফুরুপ্পা থুম্বু "তেক" কৌই। কাখিববু পাই কৌই। ... লান্দাবা চংপদা থুমখোং (থুম খোকফম) ফাওদুনা কাখিবা, চংখিবগী ৱাফম ওইগনি। তেক্লাপাই হায়রম্বদগী মমৈথংদা চেক্লাপাই হায়নখিবগী ৱারীনি, ৱাফমনি। "চেক্লাপাই" হায়রিবা থুমখোং অসি মোইরাং য়েক্কী নিংথৌ "য়ুমখু পোংলেনহনবা" কৌবনা শেমলম্বা অমসুং চারম্বা অখোইবা থুমখোংনি।[৪৩]

"নোংপোক মাইকৈরোম পাংবদা নিংঙেল তাপংয়ী লেংখু লম্পাক কৌবা নিংঙেলগী চুমথ্রিং চুম্বা লম... মৈখুনা অতিয়াগী নোংগী মরোল মরোলদা কারিবা, মৈরিনা পোন অমদা হাপ্লবা মপোৎশিং শুন্দুনা খোকহল্লিবা... শীঙশিং য়ান্দুনা ... তম্পাক লোইগী পোৎনা "লোইবু থুমসু" লৌফম ওইরিবা লমদম"। মৈদিংঙু মারজিৎকী (খৃ: ১৮১৩-১৯) গী মতমনি। নিঙেল অমদি মসিগা নক্লবা লমদমশিংদা শীঙ য়ান্দুনা শীঙ থারগা থুমহি লোনবা, থুম শুংবগী ৱারী তাকই। থুমখোং লৈবা লমদমনি ফোংদোকলি।[৪৪]

"খাকরা কৌবা উগী উতোন পুন্দবনা মমাঙ্গ ওম্ফোকপা চীঙ, ঙানবা য়েক্কী অতোম্বা হাওবা কৌবা লম্মাংদোংগী লম্বু লোইপোৎ লৌবগী ... অখোইবা থুমখোং লৈবা, চফু শাবসিংগী খুন্দাফম"।[৪৫] ৱাফমসি মৈদিংঙু চীঙলেন নোংথ্রেনখোম্বা রাজা গম্ভীর সিংহ (খৃ: ১৮২৫-১৮৩৪) মতমগী ৱারীনি। লম্মাংদোং অমদি মসিগী অকোইবদা থুমখোং লৈবা অদুগা লম্মাংদোংদা চফু শাবগী থবক তৌরম্বগী খুদমনি। ৱাফম অমসু লৈরি। পূরিকলাই সোঙলেন লানথাপা (লোইচাঙম্বা) না লৈঙাকলিঙেগী ৱারীনি। লোইবী মায়েমগী মীশিংনা হামেঙবু খেন কৌই। থুমবু মচি কৌনৈ। খেননা মচি কায়ে (হামেঙনা থুম কায়ে) হায়বদগী মফমদুবু খেনচি চীং হায়না কৌনৈ।[৪৬] হামেংনা থুম লৈবা মফম শমদুনা চংপা (কাবা) গী ৱারী ওইগনি। মণিপুরগী চীংগী লমদমদা থুম খোকফম লৈ হায়বগী খুদমনি।

মমাংঙৈদা মীতৈ নিংথৌশিংনা চীংগী লমদসু থুমখোং কয়া হুকলম্মী, শেমলম্মী। লমদমশিংদুগী মনুংদা "থিব্রা" হায়বা খুলশিসু অমনি। থীব্রা সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্কী মনুংদা লৈবা তাম্বুল খুল অমনি। চংপগী লম্বীদি ইম্ফালদগী উখ্রুলগী অরিবা লম্বীদা চংলগা তোলোই য়ৌরবা মতুংদা মথং-মথং হুইমি, হুইনিং, কাচাই য়ৌরবা মতুংদা থিব্রা খুল লৈ। খুল অসি ইম্ফালদগী অব্রাং-নোংপোক্তা কিমি ১০০ লাপ্লা লৈ। থিব্রাদা থুমখোং অহুম হোংবগী শেমগংলম্বগী ব্রারোল লৈ। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও মনুংদা খোংমী লাম্মীশিংগী থুম চানিংঙাই লৈত্রবদা থিব্রাদা শুংবা থুম লাম্মীশিংনা শিজিন্নরম্মী।৪৭

লুসাইশিংনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মথক্তা লাল হৌরকখি। মহারাজনা লুসাইশিংবু মাইথিবা পীখি। অসিগুম্বা তানফমদা "চিবুজাং" হায়রিবা মফমদুদা নুঙ অহুম য়ুংলম্মী। নুং মপেসু পৈরম্মী। থুমখোংসু হুকলম্মী। ইম্ফাল টিদিম-ফলাম লম্বীদা চাওরাক্লা কিমি ১২০ চংলগা ম্যানমারগা তাইননা মণিপুরগী লমখৈদা "বিহাং" কৌবা খুল অমা লৈ। বিহাং খুলদগী পংলাপ লাপ্তনা "চিবুজাং" খুল লৈরে। চিবুজাং খুলনা লৈরিবসি মণিপুরগী তুয়াই তুরেল অমসুং ম্যানমারগী সুমতুই তুরেল, তুরেল অনিগী শমনফম মনাক্তনি। চিবুজাংদগী পংলাপ লাপ্তনা শুমতুই তুরেলগী মনাক্তা ভারতকী লমখৈ নুঙ নম্বর ৪৫(২) য়ুংলি। য়ুংলিবা নুঙশিং অসিগী মমাংদসু থুমখোং লৈ।[৪৮] চিপুদসু থুমখোং লৈরম্মী।[৪৯] চিপুত্রা থুমখোং ৩ লৈ। অমদি অফবনে। অনিনা ফৎতবনে। তরাপুত্রা থুমখোং ৯ লৈ।[৫০] পাইখোংদা থুমখোং ১০ লৈ। চানবা থুমখোং ২ চানদবা থুমখোং ৮। পলজিয়াদা চানদবা থুমখোং ১০ লৈ। ককমাংদা চানদবা থুমখোং ১০ লৈ। চাখাসলুংখেল ব্রাংচিং লোকথুম আমারল নোংদম চীঙদা থুমখোং ১০০ লৈ। কাবারক চীংদা থুমখোং ৪০ লৈয়ে।[৫১]

চীংঙা চীঙদা থুমখোং ২ লৈ। য়াইস্কুল অথৌবনা তৌবা থুমখোংনি। য়াইস্কুলনা চাবা থুমখোংনে। লাঙ্গোল চীঙদা খোং ৪ লৈ। ২ দি চীঙথক্তা লৈ। ঈশিংগী খোংনি। মসিদা ইরুজবদি লাইথুং কোকএ। পুন্সিয়ে। মঙাও কুরুনা পীবা খোংনে। ১না লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবনা (য়ুমমোইবা) তৌবা খোংনি। অতোপ্পা খোং ১না খ্বাই লুব্রাইবানা তৌবা খোংনি।[৫২] খোং ২না থুমখোংনে। চীংয়াইদা লৈ। মসিগী থুম চারবদি লৈবাক নিংথৌ নুংঙাইহয়ে। সক-চু খোকয়ে। খোং ১দি লুব্রাং পুন্সিবা য়ুমমোইবগী থুমখোংনে।[৫৩] খ্বাই থুনফমলেলদা থুমখোং ১ লৈ। খ্বাই থুমখোং কৌয়ে।[৫৪] কামু তুরেলগী নোংপোক পাংবদা থুমখোং ৪ লৈ। সাতুকোল লোইপোকপী লৈকনপোকপীদা থুমখোং ১৩ লৈ। থুমখোং ৩ দি অথোইবা থুমখোংনে। থুমখোং ৭ দি অচৌবা খোংনে। থীনামু চীঙমৈদা থুমখোং ২ লৈ। কাইরম থুমখোং কৌই। সেললোই লংমাই চীঙদা থুমখোং ২ লৈ। সেললোই থুমখোং, লংমাই থুমখোং কৌই।[৫৫] চাইরেল লমদমগী হুইখোঙলোক্কী মরুদা থুমখোং লৈ। মফমদুদগী থুম শুংলগা চারম্মী।[৫৬]

মণিপুরগী চীং অমসুং তম্পাক্কী লমদমদা থুমখোং য়াম্না লৈরম্মী হায়বসি মথক্কী খুদম-চাংদম অমদি হায়োল কয়া অসিনা ময়েক শেংনা তাকলি।

মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ


1. ম্লাহল রাজকুমার, ভুগোল অরায়বা, ১৯৫১, লাঃ ২১।
2. N. Ibobi, "The Manipur Administration", 1968, p. 153.
3. গৌরচন্দ্র ময়াংলম্বম, ''লম্মীংলোন'', ফোঙবা পিপলস ম্যুজিয়ম ককচিং, ২০০৪, লাঃ XII, XIII.
4. Ibid, p. XXI
5. সরাংথেম বরমনি, ''লম্মীংলোন'', ১৯৫৪, লাঃ ৬৭।
6. নিংথোম্বা মনিজাও, ''লইমা য়েংলিঙৈদা খুনু কাবা'' (চেংলইরোন), ১৯৯৪, লাঃ ২০।
7. T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p.33.
8. Ibid, p. 35.
9. চনম হেমচন্দ্রা, ''থুমখোংলোল'', ২০০৪, লাঃ ১৭।
10. Ibid, p. 19.
11. ম্লাহল রাজকুমার, ''ভুগোল অরায়বা, ১৯৫১, লাঃ ৩১।
12. সরাংথেম বরমনি, ''লম্মীংলোন'', ১৯৫৪, লাঃ ৬১-৬২।
13. অঙোম ইবোচা (থাংহাইবা), ''হাইখোং থুম-মৈতৈ থুম'', নহারোলগী থৌদাং, ৯-৯-২০০০, লাঃ ৩।
14. Ibid, pp.
15. T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p.35.
16. অঙোম ইবোচা (থাংহাইবা), ''হাইখোং থুম-মৈতৈ থুম'', নহারোলগী থৌদাং, ৯-৯-২০০০, লাঃ ৩।
17. চনম হেমচন্দ্রা, ''থুমখোংলোল'', ২০০৪, লাঃ ১৭।
18. T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p.33.
19. কুলচন্দ্র পণ্ডিত অচৌবা, ''চকপলোন খুনতাপা'', ১৯৯৩, লাঃ ১১।
20. নিংথোম্বা মনিজাও, ''লইমা য়েংলিঙৈদা খুনু কাবা (চেংলইরোন), ১৯৯৪, লাঃ ২১,২২।
21. ইবুংঙোহল লাইরেনময়ুম অমসুং খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম, চৈথারোল কুম্বাবা, ১৯৮৯, লাঃ ১৬১।
22. মথক্কী লাইরিক - চকপলোন খুনতাপা, লইমা য়েংলিঙৈদা খুনু কাবা, লাঃ ১২,২২।
23. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ২৪১।
24. লাইরিকশিমক্কী, লাঃ ৩৪৫।

25 T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p.33.
26 মুতুবা বহাদুর, ''মণিপুরগী নুঙদা ইরম্বশিং (অনিশুবা শরুক)।
27. কেনেদি চকপ্রম, ''নিঙেল থুমখোং'', নহারোলগী থৌদাং, তাং ৪-৫-২০০১ ইং।
28. চনম হেমচন্দ্রা, ''থুমখোংলোল'', ২০০৪, লাঃ ২২।
29. T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p.33, 35.
30. এম. এ. হলিম, নিঙেল থুমখোং, নহারোলগী থৌদাং, ২০-৯-২০০০, লাঃ ৩।
31. চনম হেমচন্দ্রা, ''থুমখোংলোল'', ২০০৪, লাঃ ২২।
32. T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p.33.
33. মুতুবা তোম্বী, ইম্ফাল ভোলুম - ১, ১৯৭৫, লাঃ ৬২।
34. দব্লিউ. যুমজাও, ''মণিপুর ইতিহাস'', ১৯৪২, লাঃ ১৪।
35. H Shyamsundar Singh, "Geography Book-II, pub. by B S E, Manipur, 1990, p 84.
36 থুমখোংলোল, লাঃ ২৬।
37. "Techno-Economic Survey of Manipur" (Economic Reports), printed at the CAXTON PRESS, New Delhi, pub by Chief Secretary, Manipur Administration, Imphal, 1961, p 48
38 ও. ভোগেশ্বর, ''তোরেরোল লম্বুবা'', ফোঙবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমী, ইম্ফাল, ১৯৮৪, লাঃ ২।
39 থুমখোংলোল, ২০০৪ ইং, লাঃ ১০,১১।
40 Notes on "Meithei (Manipuri) Beliefs and Customs" by J.C Higgins (I C S ), Vice President, Manipur State Darbar, Ed. by Dr. John parratt, pub by Manipur State Archives, Directorate of Arts and Culture, Govt of Manipur, Imphal, 1998, p 153
41 নোমিতা খোংবান্তাবম, ''লাইখোঙ ভিলেজগী থুমগী পোথোক্লা পুবারি ওইহৌবি'', সঙ্গাই এক্সপ্রেস, ৭-১২-০২।
42. ''নিংথৌরোল লম্বুবা'' (অনিশুবা শরুক) এডিত ডা. হাওবম বিলাসিনি, ১৯৯৪, লাঃ ৬।
43. Ibid, p. 38.
44. Ibid, p. 79.
45. Ibid, p. 97.
46. মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা (অহানবা শরুক), এডিত ওইনাম ভোগেশ্বর, ১৯৮২, লাঃ ১৯৭।
47. মুতুবা বহাদুর, ''মণিপুরগী নুঙদা ইরম্বশিং (অনিশুবা শরুক)।
48. মুতুবা বহাদুর, ''মণিপুরগী নুঙদা ইরম্বশিং (অহুমশুবা শরুক)।

49. Ibid, pp
50. চনম হেমচন্দ্রা, ‘‘থুমখোংলোল’’, ২০০৪, লাঃ ২৭।
51. Ibid, p. 17.
52. Ibid, p. 35.
53. Ibid, p. 34.
54. Ibid, p. 32.
55. Ibid, p. 27.
56. লাইশ্রম রোহেন (লানগুম্বা) খুমন, ‘‘চকপা চাইরেল খুন্থোকলোন’’ ২০০১ ইং, লাঃ ৯২

## ১১

# মনিপুরদা থুমখোং তৌবা হৌখিবা

মহৌশা লাইবেম্বীনা মমল যান্নবা খুদোলপোং কয়া মীওইবগীদমক পীবীরম্মী। মীওইবগী পুন্সিদা চংদবা য়াদবশিংগী মনুংদা থুম হায়বা অসিদু অমনি। থুমসি মনিপুরগী চীং-তমগী মফম কয়াদা মহৌশা লাইরেম্বীনা খুদোলপোং ওইনা পীবীরম্মী। লমদম অসিগী শীজিন্নবা কোন্নবা থুমগী পোংথোক পুখোক্লবা চীং অমসুং তম্পাক্কী মফম কয়ামকমদা থুমখোং শেমগৎলম্মী অমদি ইনিংগৌশিংনা মফম মফমদা থুমখোং হুকলম্মী।

**থুমখোং তৌবগী থবক পরিংদি ঃ**

থুমহি ঈশিং লৈবে হায়বসি খঙনরমদে। অহাংবা নুংশিংতা (থুমহি লৈবিবা মফমদুগী মথক) অয়ুক অঙনবদা লৈচিল থাবগুম মংশিনবা অমদি ষন ঈবোইনা মফমদুগী ঈশিংদু পাম্লা থকপা থেংনবকপদগী থুমহি ঈশিং লৈফম খঙনবকখি। থুমহি ঈশিং লৈফমদু লৈপাক তৌথোক্লনি। মসি "থুমহি পেবে" ফংদ্রফাওবা তৌথগনি। নিংঙলদা লৈবা থুমখোং থুমহি পেবে ফংনবা মীতে ময়াম্মা পাবুম অনিবোম লৈতৌখি। পেরে ফংলবা মতমদা থুমখোং হুক্লবা থৌবাং তৌগনি। উ পাম্বী অচৌবা অমগী মউ মনুং অমদি মনিং মনাং হোইন্দুনা উতোং অমা শেমগনি। থুমহি পেবে অদু উতো অদুগী ময়াম চানা তাহন্নবা শেমদুনা উতোং অদু থাদগনি, খিনগনি। তৈথোকখিবা লৈবাকশিং অদু খিল্লবা উতো দুগী ঙাকলৌ ওইনবা উতোংদুগী মপানথংবা শক্ত্রা ইকোয কোয়না ঙাকশিনগনি, অকোয়বদা লৈবাক শিজিনগনি। পেরে অসিনা লুথনা লৈখিবনা উতোং অমখক্লা লৈমায় য়ৌবা ঙমদে। অতোপ্পা উতোং অমগা হান্নগুম অহানবা উতোং অদুগী মথক্তা থাদগনি, খিনগনি। লৈবাক অমুক শিজিনগনি। উতোংগী মথক থংবা মচিন অদু লৈমাই মথক লানখংনা, হেনগংনা বাংখৎক্রিফাওবা উতোং মথং মথং হাপকনি। অসুম্না শেম্বদা উতোং অনি নৎত্রগা অহুম চংই। উতোং শেমলিবা উপাম্বী অসি চীংয়েনশিন হায়না খঙনবা উপাম্বী অদুনি। য়ানবসু ইরাই নুমিৎতা লাইপাউ তাকই। থাংজা নুমিৎকী য়াইফববা পুংফমদা য়ানগনি।" চীংয়েনশিন পাম্বীসি থুমগী মরেক ময়াক্লা চাথংপা পাক ঙমদবা উ ওইবা তাই।

পন্দুপসিদা ব্রাহে পুংবা ওইবা লোনজন অনিখক তোয়না থেংনগনি। মদুদি "থুমখোং চিংবা" অমসুং "থুমখোং হুকপা"। পুংবা লোনজন অনিশিগী ব্রাহনথোক মথাগী অসুম্না পী।

থুমখোংদা শিজিন্নবা উতোং শেম্নবা, উ হৌফমদগী উপান্নী য়াম্লগা মীয়াম চংনা চিংলকপবু "থুমখোং চিংবা" হায়না খণ্ডনৈ। খুদম ওইনা শক ১৬১৬ ইং ১৬৯৪ গী ফাইরেন, লমদা, শজিবু থা ৩ মাদা থুমখোং চিংএ।[৪] শক ১৭১৩ ইং ১৭৯১ হিয়াঙ্গৈ থাগী নিনি থাঙজদা য়ুম্নাবা কৈরুংবা, হাওবজম কুমুদানন্দ হাজারি ২ মানা অহল্লুপ থুমখোং চিংবা থুংলেয়ে। ৩ নি লংমাইচিংদা ওইনাম বীরশিং কৈরুংবা, খোকচাও নবা হাজারি ২ মানা নাহারুপ থুমখোং চিংবা থুংলৈএ।[৫] মতাং চানা বারোল অমখক ঃ- "ফাইরেন থাদা অহল্লুপ লাকপা হাওবমচানা য়োনচা ফামন্দা কংলাগী তরেং চিংবা চৎএ" কংলাগী য়ুম্বীরেন চিংবা হায়না বাহনথোক পী।[৬] উতোং শেম্নবা মতুং উতোংদু থুমহি পেরেদা থাদবা খিনববু "থুমখোং হুকপা" হায়না খণ্ডনৈ। খুদম ওইনা ঃ ইনিংথৌ গরিবনিবাজ (পামহৈবা) সনা হাক্তক, শক ১৬৫৮ ইং ১৭৩৬ গী লমদা থাগী ১৩ নি ঈবাইদা নিঙেলগী থুমখোং অনৌবা হুকএ।[৭] শক ১৬৫৮ ইং ১৭৩৬ গী লমদা থাগী ১৩ নি ঈরাইদা শিখোং থুমখোং অনৌবা হুকএ।[৮] মশক থোকপা থুমখোংশিং শের্মাখিবা, তৌখিবগী বাবী মখাগী অসুম্না থেংনৈ।

## নিঙেল থুমখোং ঃ

খৃ ১২৪৭ তা পুবানথাবা নিংথৌ ওই। মাগী হাক্তক্তা লৈবাক মীযামগা লোয়ননা নিঙেলদা থুমখোং সেম্বা চৎলি।[৯] ইনিংথৌ গরিবানিবাজ (পামহৈবা) সনা হাক্তক, শক ১৬৫৮, ১৭৩৬ ইংগী লমদা থাগী ১৩ নি পানবা ঈবাইদা নিঙেলগী থুমখোং অনৌবা হুকএ।[১০] হুক্লিবা থুমখোং অসিনা নিঙেলদা লৈবা অহানবা থুমখোং ওইদে। অনৌবা খোং অমসু শেম্বা হুকপগী বাফমনি।


দিসেম্বর ১০, ২০০৬ ইং দা নমহৌবা ফোটো।

শক ১৬৬৫, ১৭৪৩ ইংগী ফাইরেল থাগী নোংমাইজিংদা গুরুনা নিঙেলদা থুমখোং হুকপা চৎএ।[১১] মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র) সনা হাকতক শক ১৭০৪, ১৭৮২ ইং ফাইরেন থাগী ১০ নি পানবা ঈরাইদা ইবুংঙো খ্বাইরাকপা আনন্তশাইনা নিঙেল খোং তৌবা চৎলে। ২৭ নি পানবা নিংথৌকাবদা মন্ত্রিনা নিঙেল খোং তৌবা থুংলৈএ।[১২] শক ১৭১৪, ১৭৯২

ইংগী কালেন থাগী ৭নি থাঙজদা ইবুংশিজ উরুংপুরেল কৃষ্ণচন্দ্রনা নিঙেলদা থুমখোং হক্কদবদা থুমখোংদু ফবা অমদি ব্রায়োং-চাবা ব্রাংপদগী হুকখিদে। অনৌবা থুমখোং পেরে তৌদুনা থুমখোং শেম্নবা ৮ নি লংমাইচিংদা ইবুংশিজ নোংথোনবনা নিঙেলদা থুমখোং তৌবা চংলে। নোংথোনবগী লমজিং লমতাক মখাদা থুমখোং তৌহনখি। অসুম্না থুমখোং তৌহনবা লোইরবদা থাশি নুমিৎ নিংথৌকাবদা ইবুংশিজ নোংথোনবা থুমখোং হুকপা থুংলেএ।[১৩] শ্রীপঞ্চযুক্ত মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা মহারাজনা শ্রী গোবিন্দ লিংখৎলবদা শ্রীগোবিন্দগী চিন্দম্বা ওইননবা পানাবু থুম শুংহনগে হায়দুনা নিঙেলদা কাইরেম লিংএ।[১৪] কাইরেম/কাইরমগী ব্রাহম্নোকসি মখাগী অসুম্না থেংনৈ। থুম শুংদোকপগী থবক তৌননবা অখন্নবা কাইথোক্লবা থৌমী (শিম্মি) গুক্তগী ওইবা লম অমবু "কাই-লম = কাইরম" হায়না খঙনৈ।[১৫] শক ১৭৮৪, ১৮৬২ ইং মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তি, কে সি এস আই গী মতমদা লমদা থাগী ২১ নি ঈরাইদা নিঙেল থুমখোং হুকএ।[১৬] শক ১৭৮৮, ১৮৬৬ ইংগী কালেন থাগী ৩ নি পানবা ইমশকৈসদা হৱাইবম শঙলেনলাকপনা নিঙেলগী খুনজাওখোং হুকএ।[১৭] মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তি কে সি এস আই গী সনা হাকতক্তা শক ১৭৯২, ১৮৭০ ইংগী শজিফু থাগী ৫ নি ইমশকৈশদা নিঙেলগী চিংথংখোংলেন শেমহৌএ।[১৮] নিঙেল থুমখোংদা লুপশিললিবা উতোং অসিগী মপান অকোইবগী অবাওর্বাস ফুট ৬ ওগী হোল্ল। মনুং লুথর্বাসিনা ফুট (উতোংগী অৱাংবা) ৪০ দগী ৬০ ফাওবা ওই।[১৯] নিঙেল থুমখোংগী থুমখোং উতোংসি শাবদা শিজিন্নখিবা উপাম্বী চীংয়েনশিন পাম্বিসি লম-অহুম কোনবনি। পাম্বিসি ককতুনা শেমখিবা উক্রু (উতোং) অসি লম মাপল মখাই শাংই।[২০] নিঙেলগী থুমখোংশিং অসি ফুট ৩৫-৪০ লুথবদা লৈনুং থুমহি ঈশিং (থুমহি পেরে) ফংই। নিঙেলগী লিরবা থুমখোংদা ইং ১৯০৮ দা লুপশিনখিবা হুকখিবা উতোং লৈরি। উতোংসিগী মখা থংবা শকক্কী মপানথংবা কুয়োম চাওরাক্লা ফুট১ হেন্না থাবা শরুক নুংগুম কনশিনম্রে।[২১]

**শিখোং থুমখোং ঃ**

শক ১৬৫৮-১৭৩৬ ইং গী লমদা থাগী ১৩ ঈরাইদা গুরুগা মোইরাং য়ুমথংবগা শিখোং থুমখোং অনৌবা হুকএ।[২২] থুমখোং অনৌবা হায়বা ৱাহেশিনা তাকই - অনৌবা অমা তৌবা, শেম্বা লোইদুনা হুকপা। অদুনদি হান্ননা লিরবা থুমখোং শিখোংদা লৈরবা, মদু তৌখিবা শেমখিবগী



দিসেম্বর ১০, ২০০৬ ইং দা নমহৌবা ফোটো।

রেকোর্দ থেংনদবগী রা ওইবা য়াই। শক ১৭৮২-১৮৬০ ইং, ফাইরেন থাগী ২৫ নি শগোলশেন্দা সৌগাইজমচা মেঞ্জরসু অরাং হাও ওকখুল, হুইনিং, চোইথর, হাইচুমনচিংবা তাংখুল লোইশং পুম্নমক হুপ্না শিখোংদা খোং তৌবা কুমলে। লেংলেংগী খুনজাও খোংসু তৌহৌএ।[২৩] চীংমী-তম্মী পুন্না হোৎনমিন্নদুনা লৈবাক্কী ওইবা অফবা অচৌবা থবক অমা পায়খৎপা পাংখোকপদু উৎলি। শক ১৭৮৭-১৮৬৫ শজিবুগী ১৮ নি ঈরাইদা শিখোংগী থুমখোং হুকএ।[২৪] শিখোংদা থুমখোং মথং-মথং শেম্বগী রারীনি।

**রাইখোং থুমখোং ঃ**

শক ১৭০৬, ১৭৮৪ ইংগী ফাইরেন থাগী ২৫ নি নিংথৌকাবদা য়েরাখোংদা ইবুংঙো অরাম্বা হাজারি, লংমাইথেম্বা কৈরুংবা, লৈমনাই পোৎশংবা হঞ্জবা ৩না লুচিংদুনা পানা ৪না রাইখোংদা থুমখোং হুকপা চৎলি। লমদা থা ১৪ নি থাঙজদা ইপুংঙো অরাম্বা হাজারি, লংমাইথেম্বা কৈরুংবা, লৈমনাই পোৎশংবা হঞ্জবা কোঙপমচা ৩ মানা থুমখোং তৌবা থুংলেএ শক ১৭২৫, ১৮০৩ ইংগী লমদা থাগী ১৭ লংমাইজিংদা গুরু মশু ঠাকুর অনুবানন্দনা রাইখোংদা মরাক্কী থুমখোং তৌজেএ। মাণপুরদা লৈবাক নিংথৌগী নত্তবা লনাই ওইনা।শাজনজবা থুমখোং লৈবদু তাকই। ১০ শুবা পন্দুপগী ইন্দেক্স ৪০ দা পীখিবা রাফম নিংশ হৌরলে। শক ১৭২৮, ১৮০৬ ইংগী ফাইরেন থাগী ৫ নি থাঙজদা য়ুম্নাম শচুংঙম্বা হাজারিবু মমাশজগীদমক রাইখোংদা থুমখোং তৌবা চৎএ।[২৫] ইং ১৮৫৯ বাকচিং থা ১০ নি পানবা ঈরাইদা মহারাজ (নিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তি কে সি এস আই) ককচিংদগী রায়খোংদসু লম য়েংলমএ। থুমখোং অমসু মাইস্নামচা থুমজাও পুরেনবু তৌহল্লমএ।[২৬] থুমখোং মশিং য়াম্নবা, মরাং কাইনবা হোৎনৈ তাকই। রাইখোং খুলসিদা মহারাজ বুধচন্দ্রগী মতমদা ফাওবা থুমখোং হুক্লম্মী। অদুগুম্বা থুমখোং অদুগী মমিং "তম্পাকখোঙ" হায়না খঙনদুনা হৌজিকসু লৈরি।[২৭]

**চন্দ্রখোং থুমখোং ঃ**

মৈতিংঙু ভাগ্যচন্দ্র লোইনাই চিংথংখোম্বা সনা মহাকথঙা (ইং ১৭৬৩ ১৭৯৮) লোণলেলগী থুমখোং অমরক তৌদুনা খোং হুকখৌএ। চিংথংখোম্বা মমিং রাইনা খোং অদুগী মমিংবু চিংথংখোংলেন কৌই। লেংখুদসু থুমখোং তৌদুনা হুকএ। মনিপুর্ত লাইবেন মৈতিংঙু ভাগ্যচন্দ্র মমিং রাইনা "চন্দ্রখোং" কৌই। খুল শেমদুনা



দিসেম্বর ১০, ২০০৬ ইং দা নমহৌবা ফোটো।

থুম সুংহললে।[৩০] চন্দ্রখোং থুমখোংদা থুম শুংবগী থবক তৌহন্নবা অনকপদা খুল শেমগৎপা, মী খুন্দাহনবগী ব্রাফমনি। শক ১৭১৫, ১৭৯৩ ইং ফাইরেন থা ৩ নি লৈপাকপোকপদা চিংথংখোম্বা মহাবাজ চন্দ্রখোং য়েংবা চৎএ।[৩১] ইং ১৭৯৩ ফাইরেন থানিন লংমাইচিংদা মহারাজ চন্দ্রখোং য়েংবা চৎএ।[৩২] ইং ১৭৯৪ ব্রাকচিং থা ২ নি ঈরাইদা মহারাজ মহারাণী য়াওনা চন্দ্রখোং য়েংবা চৎএ।[৩৩] শক ১৭২১ ইং ১৭৯৯ কালেন থাগী ১৬ নি নিংথৌকাবদা চোইথার হাওনা চন্দ্রখোং চাইখাইএ।[৩৪] চোইথার উখ্রুল সবডিবিজন্দা লৈবা খুল অমনি।[৩৫] মৈদিংগু মধুচন্দ্র হাকতক শক ১৭২৩-১৮০১ ইং ফাইরেন থাগী ২৩ নি ঈরাইদা ইবুংশিজ জগদানন্দ হাওবম কৈরুংবা কুমুদানন্দগা ২ মানা চিংনা চন্দ্রখোং শেম্বা হৌএ।[৩৬] য়েখাই-থিংগাই তৌখিবদু শেমজিনবগী ব্রাফমনি। শক ১৭২৭-১৮০৫ ইং মহারাজ চৌরজিৎ সনা হাক্তক্তা, মহারাজনা থৌশিন্দুনা লমদা ১৭ নি লংমাইজিংদা য়ুমনাবা শাজুংগুম্বা সেলুংববু সেকমাই কৈরোয় খুংওইননা থুমখোং ৭ চিংহললে। মহারাজনা থুমখোং ৭ হুকপীরমএ।[৩৭] অনৌবা থুমখোং ৭ হুকখিবসি চন্দ্রখোংদনি হায়না "Lost Kingdom" কৌবা লাইরিক্তা ময়েক শেংনা য়াওই।[৩৮]

মৈতিংগু গমভির সিংহ চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা (ইং ১৮২৫-১৮৩৪) সনা মহাকথক অসিদা চন্দ্রখোং তাবা সেকমাই নখোয়দি হান্নগী থুম শুংলম্বা খুলতি খুনতাক লৈতাকপদা থাংখিবনা য়ামলে। থুম সুংলো হায়দুনা শ্রীযুত সনা য়াথং থুমলোই ওইদুনা থুম সুংবা হৌএ।[৩৯] চন্দ্রখোংদা লৈরম্বা থুম শুংহনলম্বা মীওইশিং খুনতাক লালশিবদা (চহি তরেৎ খুন্তাকপা) অবা লৈবাক্তা পুব্রে। থুম শুংবীনবা ব্রাংলে। অদুনা চন্দ্রখোং তাবা সেকমাইশিংবু থুম শুংহনবগী ব্রাম্নী ওইফম থোকই। শক ১৭৫৪ ইং ১৮৩২ গী ইঙেল ২১ নি শগোনসেন্দা শ্রী গম্ভীরসিংহ মহারাজ চন্দ্রখোং য়েংবা চৎএ।[৪০] মৈদিংগু নরসিংহ সনা হাকতক শক ১৭৬৮-১৮৪৬ ইং পোয়নু থাগী ৪নি লংমাইচিংদা থিয়ামচা অভি শঙলেনলাকপনা চন্দ্রখোং থুমখোং কোম হৌপা চৎএ।[৪১] মৈদিংগু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (কে সি এস আই) সনা হাকতকনি। শক ১৭৭৭ ইং কুমজা ১৮৫৫ পোয়নু থাগী ১৮ নি ইমশকৈশদা চিংঙাখমচা পুণ্ড্রনবা, মাইস্নামচা থুমজাও পুরেন্নচিংবনা চন্দ্রখোং তৌবা চৎলে।[৪২] লুচিং পুরেন নাইনা থুমখোং তৌবগী থবক তৌই তাকই। থবক য়াংশিন্নবা, শোয়দনবগী থৌশিননি। চানবগী মচন ওইবনা থুমগী পোত্থোক পুথোকপদা থোইদোক্লা মিংয়েং থমই উৎলি। ইং কুমজা ১৮৫৬ লমতা থাগী ২০ নি ইমশকৈশদা মহারাজ মৈদিংগু চন্দ্রকীর্ত্তি কে সি এস আই চন্দ্রখোং হুকপা কুমএ। পুমলেন খোং কৌবা অমা, চন্দ্রবলহোংপ কৌবা অমা খোং ২মা হুকএ। নিংথেম লৈহম্নরকএ।[৪৩] শক ১৭৮৩ ইং ১৮৬১ শজিবু ২৩ নি পানবা শগোনশেন্দা চন্দ্রখোংদা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কৌবা খোং অমসু হুকখি।[৪৪] চীংথংখোম্বা মবুধৌনা হুক্লম্বা খোং মপ্লে হায়দুনা খোং অমুক হুপ্লে।[৪৫] থুমখোং অদু নৌনা শেংদোকপা শেমজিন শাজিনবগী ব্রাফম ফোংদোকই।

চন্দ্রখোং হায়রিবা থুমখোংসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা শেমখিবনি অদুদগী চন্দ্রখোং কৌখিবনি হায়বা ৱাফমসিমদি ওইদ্রে। মরমদি চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌগী মমাংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মতমদা নিংথৌশিংনা চন্দ্রখোং য়েংবা চৎপা অমদি নিংথৌশিং অদুনা মফমদুদা চন্দ্রখোং থুমখোং হুকপা হায়বা ময়েক শেংনা লৈবশিনা লমদমসি চন্দ্রখোং কৌবা অমদি লমদমসিদা লৈরিবা থুমখোংশিং চন্দ্রখোং থুমখোং কৌবসি চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌগী মমাংদগীনি। চন্দ্রকীর্ত্তি হাকতক্তা খোং অনৌবা অমা তৌবা। মদুবু চন্দ্রকীর্ত্তি খোং কৌবা হায়বসিনা ৱাফম অমনি।

মথক্তা পনস্লিবা থুমখোংশিং অসি নত্তবা অতোপ্পা থুমখোং কয়ামসু মণিপুরগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা শেমগৎলম্বগী খুদম মখাগী রেকোর্দশিং অসিদগী খঙবা ঙমই।

১) শক ১৬১৬ ইং ১৬৯৪ পাইখোম্বা নিংথৌগী হাকতক ফাইরেন, লমদা, শজিফু থা ৩ শিদা থুমখোং চিংএ।[৪৬]

২) ইং ১৭৩৬ ফেব্রুৱারী থাদা শিখোং লেংলেংদা থুমখোং অনৌবা অমা তৌখি।[৪৭]

৩) শক ১৬৫৯-১৭৩৭ ৱাকচিং থাগী ২৮ নি নিংথৌকাবদা গুরুনা লোকপা চিং মনাক্তা থুমখোং হুকএ।[৪৮]

৪) শক ১৬৬০ ইং ১৭৩৮ শজিবু থাগী ১০ নি লংমাইচিংদা ইবুংঙো শ্যামশাইনা কারোংদা থুমখোং হুকপা চৎলি।[৪৯] শক ১৬৬১ ইং ১৭৩৯ শজিফু থাগী ২৯ নি য়ুমশকৈশদা ইবুংঙো ৱাংখেরাকপনা কারোংদা থুমখোং হুকপা চৎএ।[৫০]

৫) শক ১৭০৪ ইং ১৭৮২ ফাইবেন থাগী ১৩ নি লৈপাকপোকপদা হৈপোক্তা থুমখোং হুকএ।[৫১]

৬) শক ১৭১৩ ইং ১৭৯১ গী ইংঙেল থাগী ৮ নি লংমাইচিংদা ইবুংশিজ উরুংপুরেন কৃষ্ণচন্দ্রনা কৌব্রুদা থুমখোং হুকপা চৎএ।[৫২]

৭) অহল্লুপ পানা, নাহারুপ পানা, পানা ২ গী থুমখোং সেল্লম্বা, লৈরম্বগী খুদম ফংই। শক ১৭১৩ ইং ১৭৯১ হিয়াঙ্গৈ থাগী নিনি থাঙজদা য়ুম্নাবা কৈরুংবা, হাওবজম কুমুদানন্দ হাজারি ২ মানা অহল্লুপ থুমখোং চিংবা থুংলৈয়ে। ৩ নি লংমাইচিংদা ওইনাম বীরসিং কৈরুংবা, থোকচাও নবা হাজারি ২ মানা নাহারুপ থুমখোং চিংবা থুংলৈএ।[৫৩]

৮) শক ১৭৫০ ইং ১৮২৮ গী ফাইরেন থাগী ২ নি পানবা ঈরাই নুমিৎতা শ্রী অঙোম নিংথৌ থুমখোং শেন্না চৎএ।[৫৫] শাগৈ শলাইগী লুচিং পুরেল্লা থুমখোং শেমজিন-সাজিনবগী থবকতসু মাই ওনশিনবসিনা থুমখোংশিংবু চেকশিন্না থমই হায়বদু তাকই।

৯) শক ১৭৮২ ইং ১৮৬০ পোয়নু থাগী ২১ নি য়ুমশকৈশদা মৈস্নামচা অহল্লুপ লাকপনা চিংনা লেংলেন থুমখোং তৌবা কুমএ। ২৩ নি ঈরাইদা থুমখোং লৈতাবা (তৌবা) হৌএ। তাংখুল লোইশঙ পুন্নমা হপনা তৌএ।[৫৫] লৈবাক্কী পোখোক-চাথোক পুথোকপদা চীংসু তমসু পুন্না শুমিন্নবগী ৱাখললোন ফোংদোকই।

১০) থুমখোং তৌহন্নবা থৌরাংগীদমক ইং ১৮৬১ ফাইরেন থা ১২ নি ঈরাইদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ লেংলেনদা কুমএ।[৫৬] চহি অসিগী লমদা থা ১০ নি ঈরাইদা মহারাজ নিংঙেল কুমএ। ১৩ নি লম্মাইজিংদা চীংথংখোংলেন হুকএ। ১৪ নি নিংথৌকাবদা উয়ুংখোং হুকএ। মবুথৌ ইবুংঙো চীংথংখোংলেনা মিশি শুন্নন হুকপা পেরেবু থানিন লোং লৈপাকপোকপদা মহারাজ' অমুক হুকএ। ১৮ নি ঈবাইদা খোং অনৌবা চপখাইএ। এম্না ফুর্মাজিল্লে। ২২ নি লৈপাকপোকপদা অহিংদা চীংথংখোংলেন চপখাইএ। ২৭ নি লংখোই হংদা মঙোন-ইবুংঙো মন্ত্রীনচিংবা লৈপাক হুপ্পা থুমখোং অমবক তৌবা চৎলে।[৫৫] ইনিংথৌ অমগী হাক্তক্তা তৌখিবা, শেমখিবা থুমখোং পেরে তুংদা নিংথৌ অমগী মতমদা অমুক হন্না শেমজিন-শাজিনবা উতোং অমুক নৌনা হুকপগী ৱাহনথোক ফোংদোকই। করিগুম্বদা থুমখোং তৌবদা মীয়াম চন্দুনা তৌবগী ৱাফম ময়েক শেংনা উবা ফংই।

১১) ইং ১৮৬১ শজিবু থা ২ নি ঈরাইদা থুমখোংসু লাৎলে, ৫ নি নিংথৌকাবদা থুমখোং লৈতাবা হৌএ। ৭ নি য়ুমশকৈশদা মহারাজ নিংঙেল থুমখোং তৌবা কুমএ। ৮ নি শগোলশেন্দা ময়াঙ্গুং সেনাপাতিশচিংবা সিফাই পুন্না ''মৰ্পখেন্দা'' থুমখোং চিংবা চৎলে।[৫৮]

থুমখোং লাইরেম্বীবু ঈরাং থৌনিজরগা থুমখোং তৌবা হৌবগী চৎনলোম্দুনি। থুমখোং তৌদুনা শবক শুরিবা মীয়াম্বু পুক্লা, থৌগৎপাবা অমসুং চেক্শিন থৌরাং লৈহন্নবা নিংথৌনা থুমখোং তৌফমদা চৎপগী ৱাখললোন ফোংদোকই। তৌরিবা থুমখোংদা হুক্রবা উতোং শেম্নবা চীংদগী উ-য়ান্দুনা চিংউবা, মদুদা সিফাইশিং অমদি সিফাইগী লুচিং-পুরেল য়াওনা থবক্তু চেকশিন্না পাংথোকপগী ময়েক শেংলবা ৱাফমদুনি।

১২) শক ১৭৯৪ ইং ১৮৭২ ৱাকচিং থাগী ১২ নি নিংথৌকাবদা বামন লৈহাউথাবম গোকুল থুমজাওপুরেন্নচিংবনা শিখোং নিঙেল খুল ২ মাগী খুলুম্বা বামবক কোইবা চৎতুনা থুম শুংএ। ১৬ নি ঈরাইদা নিংথেমগী পাদচিনথ য়েকপা, নমঙা নোংশা য়েকপা, থাংজিং মতৈ-মনাও য়েকপা অয়েকপা থৈবিক থুমখোং ২ মাগী মরক্তা যুংএ।[৫৯] নিঙেল অমদি শিখোংদা অয়েকপা নুং যুংলমলিবশি চন্দ্রকীর্ত্তি ইনিংথৌগী হাক্তক্তসু নিঙেল অমসুং শিখোংদা থুমখোং অনৌবা শেমগৎলম্মী থুমখোং মশিং হেনগৎহল্লম্মী হায়বশি নিংশিংনবা মরম অমসু ওই।[৬০]

১৩) মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কে সি এস আইগী সনা হাক্তক শক ১৭৯৪ ইং ১৮৭২ পোয়নু থাগী ২৩ নি নিংথৌকাবদা হোদামচা শামুসিং অওন্দার মেজোর, শেনজমচা ঙাচান তাংখুল নিংথৌ, সুবিদার থাংজমচা বোলরামসিং কুৎ ৩ মানা লমপেৎ শাগী নোংপোক থংবা চিংখোংদা থানা শাবা থুমখোং ৫ তৌবা চৎলে। তৌবা লোইদুনা ৱাকচিং থাগী ৬ নি থাংজদা হোংএ।[৬১] "The Lost Kingdom" হায়রিবা লাইরিক অসিদদি থুমখোং ৫ তৌরিবা মফমসি ''কবো ভেলি'' গী খুমুক (Khumook) কৌবা মফমদনি হায়না পী। মফমসিদা থানা অমা লিংখৎখিবগী ৱাফমসু ফোংদোকই। [৬২] লৈপাক ঙাক্লবা লৈরিবা শিফাই, অকনবা, অথৌবা মীওই কয়া পুন্না চৎশিনমিনদুনা থুমখোং মরাং কায়নবা শেমগৎলমবগী ৱাখললোন্দু ঐখোয়না মতাংসিদা উবা ঙমই। অদুনদি থায়নঙৈ মণিপুরদা থুম শুংবগী শিলঙ অসি মায় পাক্লা পরিং চুম্না চৎথরম্মী হায়বদা লালদে।

১৪) সারোংদা থুমখোং তৌহন্নবগীদমক ইং ১৮৭৯ কালেন থাগী ৪ নি ঈরাইদা জুবরাজ সারোংদা চৎখি।[৬৩]

১৫) শক ১৮০৩ ইং ১৮৮১ পোয়নু থাগী ২৭ নি লংমাইজিংদা কোংগাংগী থুমখোংসু থুম শুংএ।[৬৪]

১৬) মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি ইনিংথৌ (লাংচিঙলেন নোংত্রেন খোম্বা) না পাল্লিঙৈদা, কাংবমচা থাঙ্গাল তুলিনহা জেনেরেলনা লম ঙাকলিঙৈদা ইং ১৮৮৬ দা থিরাদা থুমখোং অহুম হোংখি। থুমখোং অদুসু ইকোয়-কোয়না খাজিল্লম্মী।[৬৫]

থুমখোং হুকলিবা উতোংদা থুমহিগী মরেক-মহাও ময়াক্লা শকশিন্দুনা থুমখোংবু মোৎশিনহন্বা অমদি থুমখোং মনশিনলকপদগী কল্লবা মরক-মরক্তা থুমখোং শেংদোকপগী থবকসু পাংথোকনরম্মী। মসিগীদমক নিংথৌনা খোংজাবা (থুমখোং পান্নবা মী) মীদা

পৈশা মতিক চানা (মতমদুগী) পীদুনা মথৌ চংখোন্না তৌহল্লম্বগী বারীসু থেংনৈ। নিঙেলগী অহল ওইরবা মাইস্নাম নরহরিনা হায়ম অদুঙে নিংথৌনা য়েংশিন-থিজিনবীরিঙৈ মতমদুদদি থুমখোং শেংননবা অহৈবা মীওই কৌরুরগা শেংদোকহল্লি। হৌজিকতি মদু কনানা তৌবিগনি।[৩৩]

থুমখোং হুকপগীদমক অফবা অখল্লবা নুমিৎ খন্দুনা থুমখোং হুকপগী চংনবী লৈরম্মী। "ঈরাই নুমিৎতা থুমলৈমানা থুমখোংদা লৈয়ে। খোং হুকহৈদে। শগোলসেন নুমিৎতা খোং হুকএ"।[৩৩] মাগী মাগী লমদুগী ওইনা নৎত্রগা য়েক সল্লাইগী ওইনা থুমখোং হুকপদা চংবা উগী মখলসু তোঙাল্লম্মী।

(১) পাসিগী থুমখোং হুকপদি লাঙহাইবা উনা উতোং শেমলগা হুকই।

(২) খুমনগী থুমখোং হুকপদি তেরা উনা উতোং শেল্লগা হুকই।

(৩) অঙোমগী থুমখোং হুকপদি থাংচি উনা হুকই।

(৪) য়োইমোংবনা থুমখোং হুকপদি খুমন নিংথৌ লোইতোংবনা ওইখিবা খুমনগী লৈসাপুংদা হৌবা উনিংথৌ উনা হুকয়ে।[৩৮]


মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ

1. মুতুয়া বহাদুর, "মণিপুরগী নুঙদা ইরম্বশিং (অনিশুবা শরুক) লাঃ ১।
2. T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p.34. and Notes on Meithei (Manipuri) Beliefs and Customs, Compiled and edited by Dr. John Parratt, 1998, p. 97.
3. তোনজাও মৈদিংঙু, "নিংঙেল থুমখোং", ১৯৯৯, লাঃ ২।

4 - 8 চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ৫৭, ১৫৯, ৭৪, ৯৬।

9 খুমল্লম্বম য়াইমা, "পাখংবা ফম্বাল", ১৯৬৭, লাঃ ৫১।

10-13. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ৯৬, ১০৭, ১৩৭, ১৬০।

14. ফমলোন, সমপাদন - নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ফোংবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮৭, লাঃ ১৪-১৫।

15. গোপেশ্বর ঙৌগ্রিথেনবা, চন্দ্রখোং, "চন্দ্রখোংগী মশাইগোল", পোক্লফম, ২০-৪-০৬।

16-18. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ৩৪৮, ৩৬৩, ৩৮৩।

19. R.B. Premberton, "The Eastern Frontier of India" Mittal publication, New Delhi, First Edition 1835, p-29

20. তোনজাও মৈদিংঙু, "নিংঙেল থুমখোং", ১৯৯৯, লাঃ ৪,৫।

21. T.C Hodson, "The Meitheis", 1989, p-34

22-28. চৈথারোন কুম্বাবা, লাঃ ৯৬, ৩৪০, ৩৫৯, ১৪১, ১৮৮, ১৯২, ৩৩৮,।

29. লাই ইমো, ''বাইখোংদা হকশেলগী অনৌবা মঙলান'', ইরৈবাক ৩-৯-০৬।

30. কুলচন্দ্র পণ্ডিত অচৌবা, ''চকপলোন খুনতাপা'', ১৯৯৩ ইং, লাঃ ১১ অমসুং নিংঙোম্বা মনিজাও, ''লইমা য়েংলিউদা খুনু কাবা'' (চেংলইরোন), ইং ১৯৯৪, লাঃ ২১-২২।

31-37. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ১৬১, ১৬২, ১৬৩, ১৭৫, ৩৪২, ১৭৯, ১৮৮-৮৯।

38. L. Joychandra Singh, "The Lost Kingdom", 1995, p. 82.

39. কুলচন্দ্র পণ্ডিত অচৌবা, ''চকপলোন খুনতাপা'', ১৯৯৩ ইং, লাঃ ১১ অমসুং নিংঙোম্বা মনিজাও, ''লইমা য়েংলিউদা খুনু কাবা'' (চেংলইরোন), ইং ১৯৯৪, লাঃ ২২।

40-46. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ২৪১, ২৭৭, ৩২৯, ৩৩০, ৩৪৫, ৫৭।

47. L. Joychandra Singh, "The Lost Kingdom", 1995, p. 37.

48-59. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ৯৭, ৯৮, ৯৯, ১৩৭, ১৫৮, ১৫৯, ২৩১, ৩৪৪, ৩৪৫, ৩৯৯।

60. Note on Meithei (Manipuri) Beliefs and Customs by J.C. Higgins (I.C.S.) Vice President, Manipur State Darbar, Ed. by Dr. John Parratt, pub. by Manipur State Archives, Directorate of Arts and Culture, Govt. of Manipur, India, 1998, p. 60.

61. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ৪০৬।

62. L. Joychandra Singh, "The Lost Kingdom", 1995, p. 192.

63. Ibid, p. 211.

64. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ৪৫৪।

65. মুতুবা বহাদুর, ''মণিপুরগী নুঙদা ইরম্বশিং (অনিশুবা শরুক) লাঃ ৬।

66. এম. এ. হলিম, ''নিঙ্কেল থুমখোং'', তেংথাজহৌই খুঞ্জাশিংগা লোইননা, নহারোলগী থৌদাং, ২০-৯-২০০০,

67. থুমখোংলোল, চনম হেমচন্দ্র, ২০০৪ ইং, লাঃ ৩৩।

68. Ibid, p. 18.

# ১২

# মণিপুরগী থুমখোংশিংদা থুম শুংবগী কাংলোন

**থুম শুংবা থবক্কী পরিং-পথাপ ঃ** থুমখোংদগী থুমহি শোক্কৎলগা মনাক অনকপদা লৈরিবা উতোং অচৌবদা হৈজিল্লি। থুমখোংগী মনাক নকপা য়ুমথোং খমদা থুম শুংদোকপণ্ড লৈ। শং খুদিংদা থুমহী লোনফম লৈরং লৈ। থুম শুংবগী থবকসিদা লৈপাক্লা শাবা চফু, কম্বী-নচিংবা শিজিন্নে। থুম শুংফম শণ্ড অমদা মীওই ৪ নৎত্রগা ৫ না মথৌ তৌই।

১) মীওই ১ নৎত্রগা ২ না থুমখোংদগী থুমহী শোক্লুরগা থুম শুংফম লৈরং ফাওবা পুরক্কনি।

২) মী অমনা থুমহীদু চফুদা হৈজিল্লগা লৈরংদা থাংগৎকনি। মৈ হৌদুনা থুমহী লোনগনি। লৈরং মৈ মুৎতনবা মৈ য়াংশিনগনি। অসুম্না থুম মপং ফংগনি।



পোক্লফম জুলাই ২৬, ২০০৫।

৩) চোংলিবা মপাং ওইরবা থুমদু অতোপ্পা পাত্র ১দা থংদোক্লবা তৌগনি। কপ্পীগুম্নবা পাত্র ১দা লা থাগনি। লা মথক্তা থুম চোংলিবা মপংদু হাপকনি।

৪) থুম মপাং লৌথোকখিদুনা হাংহৌরিবা চফুদা অনৌবা থুমহী হৈজিন্দুনা থুমহী লোনগনি।

৫) অমবোমদনা লা মথক্তা থমলিবা থুম মপংদু মী অমনা খুৎলাই অমা পায়দুনা থুম মপাক (কাংগোই) শেমগনি। থুমপাক শেম্বদা শিজিন্নরিবা খুৎলাই অসিবু 'চীনলেন'' হায়না খঙনৈ। অরোইবদা থুমপাকসি মপুং ফানা কংহনগনি।[১]

থুম শুংবগী থবক্তা হৈথোই-শিংথোইরবা শীপ্পী অমনা থুম কাংগোই অমা শেম্বদা চাওরাক্লা মিনিট ১ রোম চংই। কয়া খুৎলোইফাংত্রিবা শীপ্পী অমনা শেম্বদদি মিনিট ২ দগী ৩ খরা হেন্না চংই। রাবোলসিমকতি তাং ১০-১২ ০৬ দা অইবা ইশামক্লা নিঙেলদা চৎতুনা থুম শুংফমদা থুম শুংবগী শীপ্পী অমা ওইরিবী কৈসাম রোনিবালা (চিহ ২৪) উন্নদুনা মঙোন্দগী লৌজরকপা ৱাবীনি।

থুম পকসন্না য়াওরিবা লাদু (মনাদু) ''থুমলা'' (থুমনা) হায়না খঙনৈ। য়ারি-যাখোংদা পোমদুনা চিকপা নাবদা থুমনা অসি খোমলগা চিকপা-নাবদু ফৈ হায়নৈ। লা অসিগু হৈ লফুগী শিজিন্নবদি চুন-চানবা ৱাৎলি। চংবী লফুগী লানা খুদোং চাবা হেল্লি ফৈ। অসিগুম্না, থুমখোংদগী শুংবা থুমবু ''মীতৈ থুম'' হায়না খঙনৈ। থুমসি মপাক ওইনা শুংই। ''থুমপাক'' হায়না খঙনৈ। কোইদানৈ, কাংগোইগুমই হায়দুনসু ''থুম কাংগোই'' সু কৌই।

মকাংদ ফানা কংলবা থুমপাকশিং অদু চক চমসুং ফিনচিংবনা যোমদুনা অখন্নবা থুমোক অমদা হাপচিল্লগা কৈথেলদা পুদুনা য়ে নলুগনি। থুমপাক হাপ্লদা নৎত্রগা হানজিনবদা শিজিন্নরিবা থুমোক অসিবু ''লুথোং'' হায়না কৌই।[২]

থায়নভৈদা থুমহী শোক্লবা বাটিন লৈরমদে। ''লৈহৌরা'' মনাদা পায়ানা লোন্দুনা (লেংদুনা) কোল্লগা থুমহী শোক্লবা পাত্র শেমলম্মী। মসিবু ''তোংকোক'' হায়না খঙনরম্মী। মসি ওসিগী য়াইরিপোক কৈথেলসি লৈত্রিডৈ, নিঙেল কৈথেল অমসুং ককয়াই ময়ায় কৈথেল লৈরিঙৈ মতমগী ৱাফমনি।[৩]

**নিঙেল থুমখোংগী থুম শুংবগী মতাংদা :** নিঙেল থুমখোংদগী থুমহী শোক্লবা তম্না নিপা ৭ না শাবা খুৎপু অমা শেমই। মখোয় ৭ কী মমিংদি (১) মৈন্নাম জুলোল, (২) খুইনথেম চাংখেম, (৩) অমুয়াব, (৪) সাবীপা, (৫) অহনথেম নিংথেমজাও,

(৬) থাংগুেন্নম অমু লৈসং অমসুং (৭) লামাবম সংগাই। য়েক সাগে ৭গী থৌ পুবা খল্লে। নুমিৎ অদুদগী থুমহি শোক্লবা সেম-সাবা হৌখ্রে। ইনিংথৌনা ইরোং হাওখুলদা লৈবা লুপলাকপগী থৌ পুবা ফমনাইবদা থুমহী শোক্লবা পাত্র "তোংকোক" শানবা থৌদা পীখি। লুপলাকপনা ইরাই নুমিৎতা লাইপাও তাকই, থাংজগী য়াইফরবা পুংফমদা "ব্রাতং" ব্রা য়াল্লি। পায়া চেপসী সিরগা "তোংকোক" সাখি। তোংকোক অদুগী মরিসু (থৌরী) পায়না তারগা শেম্বনি। তোংকোকতা থৌরী পুল্লগা থুমহী সোক্কনি।[৪] অনৌবা মতমগী য়োংকী খাং, পাত্র শিজিন্নদ্রিঙৈ চফু, কম্বী, উতোং, য়াইরী নৎত্রগা পায়া কনমনা শাবা থুম্মোক মচাগুম্বা পোংশক ময়ামসি থুম শুংবদা চংবা খুৎশু-খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবম্মী।

চফু শাবা অমসুং থুম শুংবা শিনফম অনিসি মণিপুরদা থায়নঙৈদগী পুংবা নাইনা চৎমিন্নরকপা শিনফমনি। মীওই অমখকনা শিনফম অনিসি পুন্না শুবগী ব্রাদি নত্তে। শিনফম অনিসি পায়রিবা শিন্নীশিং লাপথোক্লবা য়াদবগী ব্রাখল্লোননি। থুম শুংবগী শিনফমদা চফু মরাং কায়দবা য়াদে তাকই। মীয়াম্না খঙনৈ - নোংপোক সেকমাইনা চফু শারগা শিখোং, নিঙেলনা থুম শুংই। চাইরেলনা চফু শারগা কানা কৌবা খুলনা থুম শুংই। অসুম্না চিন্দা পুবা ব্রাহে - লম্মাংদোংগী চফু - তোরবুঙগী থুম। ব্রাইখোং খুলনা থুম শুংলগা থোংজাও খুলনা চফু শাবা অসিনচিংবা। মমাংঙৈদা লম্মাংদোংগী থোংজাওবোক (লোক) তুরেলগী মপান্দা, চফু শাবা কাংবু অমা খুন্দারম্মী। মখোয়গী মরক্তগী মীওই খরা মফমসিদা লৈহৌরগা মীওই খরা অমনা "খরাইবম চোরোৎ" অমসুং "শমজেৎশাবম শাঙৈ" কৌবা নিপা অনিনা লূচিংদুনা খুল্লানখি। মথং-মথং লাক্লগা ব্রাইখোংগী অব্রাংদা লৈবা লমদমদা খুন্দাখি। থোংজাওরোক মপান্দগী লাকপনি হায়দুনা মখোয়না লৈরিবা মফমদুবু "থোংজাও" হায়না খঙনখি।[৫]

ব্রাইখোংদা থুম শুংনবগীদমক লৈবাক্লা শাবা চফু চন্নফম য়াম্লা লৈরম্মী। অদু গুম্বা চফু অদু শানবগীদমক থোংজাওরোক্তগী লাকখিবা চফু শাবশিংবু ব্রাইখোংগী খুঞ্জাশিংনা লম পীদুনা লৈহনখি। মখোয়না খুঞ্জাও-লৈচাওরকপদগী থোংজাও হায়বা খুল ওইরকল্লিবনি।[৬] মমাংঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা ব্রাইখোং খুলদা থুমখোং হুক্লরম্মী। মরম অসিনা থুম শুংবা হায়বসি ব্রাইখোং খুঞ্জাশিংগী মপুং ওইবা শিল্পা অমা ওইরম্মী। থুম শুংননবা থুমখোংদগী শোক্লবা থুমহী তুংশিন্দুনা থম্লনবা পাত্র অসি লৈবাক্লা শাবা মৈ ঈক্লবা চফু অসিনা খ্বাইদগী শিজিন্নবা নুংঙাইবা ওইরম্মী। হায়রিবা মতম অদুদা লম্মাংদোংগী থোংজাওরোক হায়বা খুলসিদা চফু শানরম্মী। খুলদুগী চফু শাবশিং ব্রাইখোংদা লাক্লগা চফু য়োনবগী থবক তৌরম্মী। মখোয়গী মরক্তগী মীওই খরা ব্রাইখোংদা লৈদুনা চফু শানবা ব্রাইখোংগী খুঞ্জাশিংনা অয়াবা পীখি। মদুদগী মখোয়না মখোয়গী উমং-লাই "ময়াং ওম্বা" হায়বসি ফাওবা পুরকতুনা ব্রাইখোংদা খুলশিংদুনা লৈরকই। থোংজাওরোক্তগী

লাকপা মীওইশিংনা খুন্দাবা মফমনি হায়না খুল অসিগী মমিং "থোংজাও" হায়না খঙনরকখিবনি হায়নৈ।[৭] লম্মাংদোংদা চফু শাবা খুল লৈরম্লসিনা মসিগী মনাক নকপা খুলশিংদা পীকপু পীক্লবসু চাওবু চাওরবসু থুমখোং খরা লৈরম্লা থুম শুংলম্লগী ওইথোকপা লৈ।

থুম শুংফম শংদা মৈ থারগা লোন্দুনা থুম সুংবসিনা থুমহী ঈশিংদুগী অরুম্বা শরুক ১৯গী মনুংদা শরুক অমা থুম ওইনা ফংবা ঙমই। অদুগা শেংদ-শেংলবা থুম ফংনবা হোংনবদা থুমহী ঈশিংদুগী অরুম্বা শরুক ২০গী মনুংদা শরুক অমা থুম ওইনা ফংই। মসি সমুদ্র ঈশিংদগী মহৌশা পাশ্বেনা ফংবা চাংদগী শরুক অনি ওই।[৮]

নিঙেল থুমখোংগী চুমথোক্লবা ঈশিং আউন্স ৩৬ খক লোনথোকপদা মনম চেন্দ্রবা, থুম পুংশেং শেংবা dram ৬ ফংবা ঙমখি হায়না T.C. Hodson না মাগী লাইরিক "The Meitheeis" দা ফোংদোকই।[৯] নিঙেল থুমখোংগী থুম শুংফমদা থুম শুংবদি - থুমহী পুল অনিনা মৈদা লোল্লগা থুমপাক অকোয়বা অহুম শাই। ইসাইপুল ৩ চনবা খাং অমদা মৈদা লোনবা মতুংদা থুমপাক শাবদা অহুমতমক শাই।[১০] মতম অমদা নিঙেলদা থুম লোনফম শং অহুম লৈরম্মী। শং অমমমদা থুমলোন চফু ১০০ (চামা) বোম লোল্লি। শং খুদিংদা মতম চুপ্পদা মীওই কয়া থবক শুরম্মী।[১১] ঙসি-ঙসিমক নিঙেলদা থুম শুংলিবা অতোপ্পা ইমুংশিংদি : (১) খাঙেম্বম কুনজরানী (৫৫), (২) সোইবম মনাওবী (৪৪) মপুরোইবা কুবের, (৩) থাংজম থোইবী (৫৮) মপুরোইবা অঙৌবা, (৪) লাংগম হেমা (৪৫) মপুরোইবা পিশকমচা, (৫) খুমুকচম মৈপাকপী (৪৯) মপুরোইবা য়াইমচৌ, (৬) মুতুম মাইমু (৪৫) মপুরোইবা বিজয়, (৭) খাঙেম্বম কদম (৩৫) মপুরোইবা বিনোয়, (৮) খুমুকচম থোইবী (২৭), মপুরোইবা বুধা। ব্রারোলসি তাং ১০-১২-০৬ দা অইবা ঈশামক্লা নিঙেলগী থুম সুংফমদগী কৈসাম রোনীবালা উন্নদুনা মহাক মশাদগী লৌজরকখিবা ব্রারী শিংবুর্লান।

চন্দ্রখোং থুমখোংগী মনাক নকপদা থুম শুংদোকশঙ ৩০ দগী হেন্না লৈরম্মী। শং খুদিংদা থুমহী লোনফম লৈবং অমমম লৈ।[১২]

ব্রাইখোং খুলদসু তঙাইফদবা লাই-তিনগী থৌরমসিংগীদমক্তি মীতৈ থুম হায়বসি অদুমক শুংনরি।[১৩] লাইখোঙ খুঙ্গংদা থুম শুংনবা লৈরং তরা লৈরম্মী। লৈরং অমদা অমুক কাংবদা থুমপাক ১২ (তরানিথোই) থোকই। নোংমদা মরি-মঙারক থুম কাংদুনা থুমপাক ৬০০ লোম পুথোকপা ঙমলমই। থুম য়োনফমদি নিঙেল কৈথেল অমদি ককয়াই ময়ায় কৈথেলদা পুথোক্তুনা য়োল্লম্মী। থেংথরক্লবা মতম - অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা থুম য়াম্না তাংবা মতমদা লাইখোঙ থুমখোংনা মণিপুরদা খ্বাইদগী হেন্না থুম পুথোকপা মফম ওইরম্মী।[১৪]

**খরী (খরী মচং) শুংবা ঃ** থুম শুংবগী লৈরংদা লেপ্তুনা মৈ থাবদগী ওইখিবা উংশিং অদু পোলাং অমদা হাপচিনগনি, চেংনা চিন্না নমশিনগনি । মদুদা ঈশিং হৈজিল্লগা থমগনি । চুমথরকপা মহিদু লৌরগা চফুদা হাপ্তুনা মৈদা লোনগনি । মদুদা লেমহৌবা মপংগী শরুকতুবু খরী নংত্রগা খরী-মচং হায়না খঙনরে। খরী শুংনবা থৌশিন্দা উং নম্বদা শিজিন্নরিবা পোলাং অসিবু ‘‘উংচুম পোলাং’’ হায়না খঙনৈ । মসি পায়ানা লন্না শাবনি ।[15]

মণিপুরদা লৈরিবা থুমখোংশিংসি কাংলুপ অনি থোক্লা খায়দোকই । মদুদি ‘‘নুমিৎলোই’’ অমসুং ‘‘থাবোই’’ হায়না খঙনৈ । নিঙেল, ৱাইখোং থুমখোংশিং অসি নুমিৎলোই কাংলুপকী মনুং চল্লি । শিখোং, চন্দ্রখোং, চাঙৌ, তোরবুং, চিবু থুমখোংশিং অসিনা থাবোই কাংলুপকী মনুং চল্লি ।[16]

থুমখোংশিংগী পোৎশিং-পোৎয়োনগী শেনবাগী থবক নুমিৎ খুদিং লোইশিনবা থুমখোংবু ‘‘নুমিৎলোই থুমখোং’’ কৌই । অমবোমদা অমুক অফবা মখলগী থুম পুথোকপা থুমখোংবু ‘‘নুমিৎলোই থুমখোং’’ হায়নসু খঙনৈ । শেনবা থবক থা-থাগী ওইনা লোইশিনবা থুমখোংবু ‘‘থাবোই থুমখোং’’ কৌই । লোয়নননা ফবা খরা ৱাংপা থুম পুথোকপা থুমখোংবু থাবোই থুমখোং হায়নসু খঙনৈ । নুমিৎলোই থুমখোংশিংনা নুমিৎ খুদিং নিংথৌদা থুমবোল অমা কৎলি । অদুগা থাবোই থুমখোংশিংনা থা ১ দা থুমবোল ২০ নিংথৌদা কৎলি ।[17] ইঞ্চি ৯ না দাএমেতর ওইবা ইঞ্চি ৩ / ৪ থাবা থুম মপাক অমবু থুম অমা হায়না খঙনৈ ।[18] থুমপাক অমগী পাকপা ‘‘কাপ’’ অমনি । খুদোম্বী ঙংথাই অমা থাই ।[19]

থুম্বোল নাম্মা = মীৎতে থুম মপাক ১০০ (চামা) ।[20]

থুম নাম্মা = থুম্বোল নাম্মা

= থুম মপাক ১০০ (চামা) ।[21]

থুম্বোল নাম্মা = থুম নাম্মা = থুম্পাক ১০০ (চামা) ।

থুম (থুমপাক) ২০ য়াওবা পোলাং ১ বু থুমপোন অমা হায়বদি থুম্বোল অমা কৌই ।[22]

ঈশিংগী অপা-অকুং খেন্নবগী মতুং ইন্না ঈশিংদা য়াওরিবা থুমহিগী চাংসু খেন্নে । ঈশিংদুগী (Sp. gr.) না ১.০০০ ওইবদা ঈশিংদুদা য়াওরিবা থুমগী চাং ১২ (তরানিথোই) ওই । থুমহিগী চাং ১২ ওইবা ফাওবদা ঈশিংদু থকপদা লৈদা থোইদোকপা অয়াকপা অমত্তা ফাওরোই ।[23] মহি ওইবা পোংশক্কী (Sp. gr.) ওন্নবা লৈরিবা পাম্লে খরগী মতেংনা নিঙেল, শিখোং, চন্দ্রখোং ১দি ৱাইখোং থুমখোংশিংগী থুমহি ঈশিংগী (Sp. gr.) পুথোকপা য়াই । লোয়নননা করম্বা থুমখোংগী ঈশিংনা থুমহিগী চাং হেন্না য়াওবা হায়বদু খঙদোকপা ঙমগনি ।

মণিপুরগী থুমখোংশিংদা থুম শুংবগী শিল-লমগা মরি লৈননা চংন-কাংলোন থরসু লৈরম্মী। থোইদোকপা পনবা য়াবদি থুমখোংদগী থুমহি শোকপা অমদি লোনথোকপদা অমুক্তা শিগ্নী ৫০ (য়াংখৈ) না থবক শুই। শিগ্নীশিং অসি থা খুদিংগী শিল্লি। অসিগুম্বা শিগ্নী অমনা থুমখোং অমদা থবক শুবসি চহি ১দা থা তরুকতগী হেন্না শুহনদে।[২৫]

নিংথেল, চন্দ্রখোং, বাইখোং, শিখোং থুমখোংশিং অসি নিংথৌগী ওই। মসিদা থবক শুবা মী খুদিংমক খুশুমন পী। পোথোক চাদা ৩০ না নিংথৌগী ওই। লেমহৌবা ৭০ গী চাংনা থুম শুংলিবা শিগ্নীশিংগী ওই।[২৬]

থুমখোংশিং অসি নিংথিনা চাং নাইনা থবক চংথবা ঙমনবা ফমনাইবা অমা হাপ্তুনা য়েংশিনহল্লি। ফম্নাইবসিবু "দেবান" হায়না খঙনৈ। দেবানশি কোনুংদা লৈ। মহাক্না মতম-মতমগী ওইনা থুমখোংশিং য়েংশিনবা চংলি।[২৭]

থুমজাউপুরেন, থুমজাউরুংবা হায়না খঙনবা ফম্নাইবা থরসু থুমশুং শিললমগা মরি লৈননা হাপ্লম্মী।[২৮]

ফমথোন কয়াগী ফমনাইবশিং হাপ্তুনা থুম শুংবগী থবক থৌরম পাংথোক্লম্বশিনা থায়নঙৈ মণিপুরদা থুম শুংবগী শিললমবু মপুং ওইবা শিলশু অমা ওইনা চংনরম্মী পায়খৎলম্মী হায়বসি ময়েক শেংই।

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**


1. গোপেশ্বর ঔপ্রিথেনবা, চন্দ্রখোং, "চন্দ্রখোংগী মশাইগোল", পোক্লকম, ২০-৪-০৬।
2. ইবিদ, পি.পি.
3. নোমিতা খোংবান্তাবম, "লাইখোং ভিলেজগী থুমগী পোথোক্না পুরারী ওইরি", সঙাই এক্সপ্রেস, ৭-১২-০২।
4. তোনজাও মৈদিংগু, "নিংথেল থুমখোং, ১৯৯৯ ইং, লাঃ ৪।
5. বাংজম সঞ্জয়, "থোঙজাও", সনথোঙ, আগষ্ট ১৯৯৬, লাঃ ২৯।
6. লাই ইমো, "বাইখোংদা হুকশেলগী অনৌবা মঙলান", ইরৈবাক, ৩-৯-০৬।
7. খোঙ্গাং-"চকুপী তাইবঙদা -৬"এস ঐচ ইবোমচা. ইরৈবাক ১৩-১১-০৬।
8. R.B. Premberton, " The Eastern Frontier of India", Mittal Publication, New Delhi, First Edition, 1835, p. 29.
9. T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p.36.
10. তোনজাও মৈদিংগু, "নিংথেল থুমখোং, ১৯৯৯ ইং, লাঃ ৪-৫।
11. T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p.34.
12. গোপেশ্বর ঔপ্রিথেনবা, চন্দ্রখোং, "চন্দ্রখোংগী মশাইগোল", পোক্লকম, ২০-৪-০৬।

13. লাই ইমো, "বাইখোংদা হুকশেলগী অনৌবা মঙলান", ইরৈবাক, ৩-৯-০৬।
14. নোমিতা খোংবান্তাবম, "লাইখোং ভিলেজগী থুমগী পোখোক্লা পুরানী ওইরি", সঙাই এক্সপ্রেস, ৭-১২-০২।
15. গোপেশ্বর ঙৈথ্রিথেনবা, চন্দ্রখোং, "চন্দ্রখোংগী মশাইগোল", পোক্কফম, ২০-৪-০৬।
16. N. Ibobi, "The Manipur Administration", 1968, p. 153.
17. Ibid, pp
18. Ibid, pp
19. তোনজাও মৈদিংঙু, "নিংথেল থুমখোং, ১৯৯৯ ইং, লাঃ ৫।
20. খুলেম চন্দ্রশেখর, "মশিল" ১৯৯৭, লাঃ (i)
21. Ibid, pp
22. নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, "অরিবা মণিপুরী লোনচৈ", ফোঙবা এম এস কে এ, ইম্ফাল, ১৯৭৮ইং।
23. জুগে অঙোম, "হিরেল তেংথা", ১৯৯৭, লাঃ ১৩৫।
24. জি. তোম্বা শর্ম্মা, "ঈশিং থকপা য়াই য়াদে খঙদোক্লবা চৎথগদবা চাংয়েং খরা", বিজ্ঞানগী রা, নম্বর ৪, জুলাই ১৯৯৩, এডিটর, থিজমনি এলাংবম, লাঃ ১৬০।
25. T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p.36.
26. Ibid, p 35.
27. Ibid, p 36.
28. Note on Meithei (Manipuri) Beliefs and Customs by J.C. Higgins (I.C.S.) Vice President, Manipur State Darbar, Ed. by Dr. John Parratt, pub. by Manipur State Archives, Directorate of Arts and Culture, Govt. of Manipur, India, 1998, p. 131.
And
ও. ভোগেশ্বর, "লোয়না শিনলোন", ১৯৬৭, লাঃ ৪৫।

# ১৩

# থায়নঙৈ মণিপুরদা থুমগী পোত্থোক

থায়নঙৈ মণিপুরগী খোংদগী থোকপা পোত্থোকশিংদি - থুম, শুনু, য়োৎ, সনা, কোরিনচিংবনি। মসিগী মনুংদা থুমনা থোইদোকপা অথোইবা পোত্থোক ওই।[১] মণিপুরগী খোংদগী থোকপা পোত্থোক্কী মনুংদা শুনু-নুং অমসুং থুম অনিসি থোইদোক্লা মরু ওইবনি।[২]

থুম খ্বাইদগী মরাং কাইনা পুথোক্লম্বা খুলশিংগী মনুংদা নিঙেল শিংথাবা য়াবা খুল অমনি। গরিবনিবাজ মহারাজ (খৃ: ১৭০৯-৪৮) মতমদগী হৌনা হৌজিক ফাওবা থুম পুথোকলিবা খুল অমনি।[৩] মণিপুর পুম্বগী ওইনা ইং ১৮৬৭-৬৮ গী মতমদা থা অমদা থুম মন্ ১৫০ (চামা য়াম্খৈ) পুথোকপা ঙমখি। মসিগী মনুংদা তংখাই হেন্না নিঙেল মথন্তনা পুথোকখি।[৪]

ইং ১৮৬৮ দা মণিপুরদা থুম মন্ অমদা লুপা ৬ আনা ৪ ওইরম্মী। মদুগী মতুংদা থুমগী পোত্থোক য়াম্না হেনগৎলক্লুনা থুম হোংদোকললকপগী ৱাফমসু লৈখি। মসি ইং ১৮৬৯ দা য়ুহার হাখিবদুগী মহৈনি হায়বা অচেৎপা ৱাফম নী।[৫] ইং ১৮৬৯ দা অকনবা য়ুহার হাবা অমা থোকখি। মসিগী মহয়না থুমখোংশিংদা থুমহিগী চাং হেন্না ৱাংখৎলকখি।[৬] হায়রিবা য়ুহার হাবসি য়াম্না কন্না হাবগী খুদম ফংই। চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবা থেংনৈ। "২৮ নি লংমাইজিংদা (তাং ১০-১-১৮৬৯ ইং, ২৮ পৌষ) নুমিৎ তাগদবা পুং ৩ লৈরিঙৈদা য়ুহারাইএ। বৈথোক্কী দোলান কিহ্নদুনা গুরু ময়ুমগী বামোন ১, হিজম তুলগি মচানুপী লৈশাবী১, বামোন মনাই নুপী১, ৩ মা দোলান্না নন্দুনা শিএ। লাকতোন চিরাই থোং, কোনুংগী ফারাইবোন অয়াম্বা কিহ্নে। মমাশিজ নিংথৌ পোকপী সংগাইসু মশুং-মশুং ককখায়, লৈপাকসু নমথৈ। লৈনুংদগী ঈশিংগা লৈঙোইগা লোয়ননা চোংখৎলকএ। লাইয়িংথৌ নোংশাবগী লাইশঙসু শুমাংসু ককখায়। ঈশিংনা লৈঙোইগা লোয়ননা পেরে চোংখৎলে। লৈবাকসু নমথৈ। শিংথা মরিল, লুৱাংই মরিল তুরেল অমনবা মরিল অসি ঙম্লমক ঈশিংগা লৈঙোইগা লোয়ননা পেরে চোংখৎলকএ"।[৭] ইং ১৮৬৯ দা মণিপুরদা থোকখিবা অচৌবা য়ুহার হাবসিনা থোকহনবা অমাং-অতা, অকায়-অতোয়গী

অকুপ্পা মরোল মতমদুগী মণিপুরগী পোলিতিকেল এজেন্ত (R. Brown) না ভারত/ আসাম সরকারদা লানথংখিবা মাগী রিপোর্টতা শুগাইনা পল্লি।[৮]

ইং ১৮৬৯ জনুবারী তাং ১০ দা কাছার (আসাম) দা অকনবা যুহারহাবা অমা থোকখি। কনবগী চাংসি রিচতর স্কেল ৭.৫ য়ৌখি। মফম কয়াদা লৈপাক চেকখায়খি। লৈঙোই কাপথংপগী মখুন কয়া-কয়া লৈখি।[৯] ইং ১৮৬৯ জনুবারী (পোইনু থা) দা মণিপুরদা হাখিবা যুহার হাবসিগা অমতা ওইগনি। ইপি সেন্তর মণিপুররোমদা নকশিনবা ওইবা য়াই। নিংথেল থুমখোংখক্তদা মী ২০০ থবক শুরম্বদু ইং ১৮৬৯ চহিসিদদি মী ২০০ দগী হেনবনা থবক শুখি। থুমগী পোথোক কাহেন্না পুথোকখি।[১০] নিঙেল অসি মতমদুদা Salt industry গী manufacturing centre অচৌবা অমা ওই হায়বা ময়েক শেংই।

লৈবাক্কী অশুম-অযৌশিংনা থুমখোংদা মিংয়েং চংলিঙে, নিঙেলগী থুমখোংনা থুম মপুং ফানা পুথোকলিঙে, মণিপুরদা যুমখোং খুদিং মীতে থুম চানরিঙেদা নিঙেলদা কৈথেল অমা লৈরম্মী। মতমদুগীদি অচৌবা কৈথেল অমা ওইরিবনি।[১১] নিঙেল ইম্ফালগী নোংপোক মাইকৈদা কিলোমিটর ৩৪ রোম লাপ্না চংলগা লৈবা অপিকপা খুঙ্গং অমনি। থুম পুথোকপা খুল ওইবদা নত্তনা অচৌবা কৈথেল অমসু গরিবনিৱাজ নিংথৌ মতমদগীনা মারজিংনা পানবা মতম খৃ ১৮১৩-১৮১৯ ফাওবদা লৈরম্মী। মসি নিঙেলদা যুংলিবা নুঙশিং অসিনা লেঙত্রবা খুদম ওই। মরমদি গরিবনিৱাজ নিংথৌগী মতমদা লৈবাক মীয়ামদা খঙহনগদবা ৱারোল থরা নুঙদা হক্তুনা মীয়াম তিনবা মফমদা যুংবা তাখি। খুল অসিদা পুন্না ৱারোল হক্কবা নুং অহুম লৈরম্মী। ৱারোল হক্কবা নুংশিং অসিগী অকোইবদা পংলাপ লাণ্ডনা মেনহিন্ন হায়না খঙনবা ৱারোল হক্তবা অৱাংবা অচৌবা নুং অনি অমসু যুংদুনা লৈরি। নুং অনি অসি লমখৈ খঙননবা যুংবা ওইরম্বা য়াই।

ৱারোল হক্কবা নুং নিঙেলগী খোংনাং মখোংদা যুংলিবসি ইং ১৭৩৬ গরিবনিৱাজ নিংথৌগী মতমদা যুংলম্বনি। নুংশিদা ইরল্লিবা ৱারোলশিং অসি য়ুম্নাম অরৈ অমসুং ইরোম কাচোম অনিনা ৱাহে পরেং শেম্বনি। সাকোম সাকাকৌনা হকপনি মীতে ময়েক্তা ইবনি।[১২] নুংসি নিঙেলগী থুমখোং কৈথেলদা যুংলম্বসিনা মণিপুর পুম্বগী কোন্নবা থুম পুথোকলিবা মফম, নিঙেলগী কৈথেল অসি মী য়ান্না তিনবা অচৌবা ফাওরবা কৈথেল অমা ওইরম্মী তাকই। থুমখোং নিংথিজনা শেমগৎপা, পোথোক মরাং কাইনা পুথোকপনা নিঙেলদা কৈথেল লৈরকখিবনি, কৈথেলদু অচৌবা কৈথেল ওইরকখিবনি। অদুনা ইনিংথৌ গরিবনিৱাজ মতমদা মণিপুরদা থুমখোং শেমগৎপগী থবকসি মশক থোকনা চাওখৎপগী থাক্তা লৈরে হায়বদা লাননিংঙাই লৈতে। মমাংঙৈদা থুম শুংবা খুল অতে লৈরম্লবসু ঙসিদি নিঙেল অমসুং থংননা লৈবা খুল চন্দ্রখোংগী ইমুং-মনুং থরদমক মঙাইরে।[১৩]

নিঙেলদা থুমগী পোথোক মরাং কাইরিঙৈ, থুমগী ললোনফম কৈথেল নিঙেলদা লৈরকখিবনি। থুমগী পোথোক হুহ্রকখিবগা ঈরোইননা নিঙেলগী কৈথেলসু মমি শামখিবা ওইগনি।

মণিপুরদা থুমগী মমলসি চাউরাক্লা মনদা লুপা ৬ ওই হায়নসু পী। অদুগা থুম শুংদুনা পুথোকপসি অইং-থাদনা য়াম্না হেন্না পুথোকই।[১৪]

থুম শুংদুনা থুম পুথোকপশিদা পোথোক য়াম্না নংত্রগা খজিক্তা পুথোকপগী চাংসি কুম-থাগী অমদি অইং-অসাগী মখা পোন্নি। "The most being made in cold weather when the water is at its strongest"।[১৫]

মণিপুরগী থুমখোংশিংদগী পুথোকচবা থুমখকতনা মণিপুরগী চাবা কোন্নজে। করিগুম্বা মতমদা ব্রাংলকপা য়াওবদা কাছার অমসুং বর্ম্মাদগী চাং য়াম্না নেম্না থুম পুশিল্লকই।[১৬] ইম্ফাল-কোহিমা লম্বী ফাওদুনা ইং ১৮৯৭-৯৮দা মণিপুরদা পুশিল্লকখিবা থুম অসি পুন্না লুপা ৭৪৫গী থুম পুশিল্লকখি।[১৭] ইম্ফাল-কাছার লম্বী ফাওদুনা মণিপুরদা পুশিল্লকপা পোৎলমশিংগী মনুংদা থুমখক্তদা রেকোর্দ মখাগী অসুম্না থেংনৈ।[১৮]

| চহি | শেলগী ভেল্যু |
|---|---|
| ১৮৯৪-৯৫ | - লুপা ৩৯/- |
| ১৮৯৫-৯৬ | - লুপা ৪১৪/- |
| ১৮৯৬-৯৭ | - লুপা ১,১১২/- |
| ১৮৯৭-৯৮ | - লুপা ১,৮৮৯/- |

থায়নচৈদা মণিপুরদা থুম শুংবগী শিল্লোন্দগী সরকারগী শেলকা (আই) য়াম্না লাকপা ঙমখি। ইং ১৮৯২-৯৩ চহিদা মণিপুর সরকারগী আইসি থুমখক্তদগী লুপা ১৫,০০০/ (লিশিং তরামঙা) কারকখি।[১৯]

মণিপুর সরকারগী থুমদগী কারকপা আই চহি চহিগী ওইবা রেকোর্দ মখাগী অসুম্না ফংই।[২০]

| চহি | থুমদগী কারকপা শেলফম |
|---|---|
| ১৮৯৩-৯৪ | - লুপা ১১,৮৭৪/- |
| ১৮৯৪-৯৫ | - লুপা ৯,৬০১/- |
| ১৮৯৫-৯৬ | - লুপা ৮,৮৫৫/- |
| ১৮৯৬-৯৭ | - লুপা ১১,১১২/- |
| ১৮৯৭-৯৮ | - লুপা ৭,১৫০/- |

| | |
|---|---|
| ১৯০১-০২ | - লুপা ৮,৫৩৯/- |
| ১৯০৬ | - লুপা ৪,৪৪০/- |
| ১৯০৭ | - লুপা ৩,৩৩০/- |

য়াকমসিনা তাকপদি মতমদুদা থুম শুংবগী থবকসি মপুং ফাবা, পোত্থোক মরাং কায়না পুথোকপা ঙম্বগী য়াফম ফোংদোকই। থুম শুংবগী শিনগুদা মীওই কয়ামা হিংজরম্মী হায়বনি। পুম্নমকসি য়েংউরগা থায়নঙৈ মণিপুরদা Salt Manufacturing Industry অসি মশক থোকপা Industry অমা ওইনা লৈরম্মী হায়বা ঙমই।

মণিপুরদা লৈরিবা থুমখোং অসি মপু অমদগী কনাগুম্বা অতোপ্পা মীওই অমদা শিন্নখিবা (লৈবা-য়োনবা) তারবদি রেজিষ্টার তৌবা চংনরম্মী। লৈবা-য়োনবগী শেলফম্না লুপা ১০০ অমসুং মসিদগী মচেৎ-মকাই খরা হেনবা ফাওবদা রেজিষ্ট্রেসন ফি অসি লুপা ১ ওই।[২১] মালেম পুম্বগী ওইবা য়াফমদা থুমগী পোত্থোকসি চহিগী ওইনা মেত্রিক টোন ৬০ (হুমফু) ওইবদা অপুনবসিগী চাদা ৪০ গী চাংসি ইন্দষ্ট্রিদা লোইশিল্লি (শিজিন্নৈ)। মালেমসিদা থুমগী পোত্থোক পুথোকপদা মাংজিন থারিবা লৈবাকশিংদি ঃ ইয়ু এস এ, চিনা, ইয়ু এস এস আর, ইন্দিয়া, ফেদেরেল রিপব্লিক ওফ জরমনি অমসুং ফ্রান্সনি।[২২] পৃথিবীদা থুম খ্বাইদগী হেন্না পুথোকপা লৈবাকসি ইয়ু এস এ ওই। ইয়ু এস এ মনুংদা মাংজিন থানা থুম পুথোকলিবা ষ্টেটশিংদি ঃ মেছিগন, নিয়ু য়োক, ওহিও, লুইনিসিঅনা, তেক্সাস, কানসাস অমসুং কালিফোর্নিয়ানি। ইয়ু এস এ না পুথোকলিবা থুমগী অপুনবা চাংগী মনুংদা ঃ

| | |
|---|---|
| Michigan | - ২৬ % |
| New York | - ১৭ % |
| Ohio | - ১৬ % |
| Louisiana | - ১৪ % |
| Texas | - ১২ % |
| Kansas | - ৫ % |
| California | - ৬ % পুথোকই।[২৩] |

ইং ১৯৮৫ দা ইয়ু এস এ না থুম মিলিয়ন মেত্রিক টোন ২৬ পুথোকপা ঙমখি। মসিদা থুমহি ঈশিংদগী ফংবসি মিলিয়ন মেত্রিক টোন ১৫ ওই, রোক-সোল্টদগী মিলিয়ন মেত্রিক টোন ৬, সমুদ্রগী ঈশিংদা নুংশা মৈশানা য়ৈবদগী ফংবা চাংনা মিলিয়ন মেত্রিক টোন ৪ ওই।[২৪] ভারতকী সমুদ্র মপান্দা লৈবা থুমশুংফম খরা ইং ২০০৪ গী দিসেম্বর ২৬ তা থোকখিবা "সুনামী ঈথক" না মালেমগী মফম কয়া মাং-তাকহনখিবদা য়াওগ্রবনি।

চেন্নাইদা লৈবা ইতিহাসীক ওইবা থুম শুংফমসু মাং-তাকখি। থুমগী পোথোক পুথোকপদা চাওনা অকান্নবা পীখি। পোথোক ময়েং য়াম্না তাহনখি। পন্দুপসিগা মরি লৈননা থুম শুংফম অসিগী মরমদা ৱাহৈ খরখক লৌখৎচগে।

Salt Manufacturers and Merchants Association গী প্রসিদেন্ট A. Vedaratnam না পীখিবা ৱারোলদা অসুম্না হায়ঃ সুনামী ঈথক লাক্লিভৈ পুংখাইমুক্কী মমাংদা উচেক ময়াম পাইবা থুমশুং-শিন্নীশিংনা (থুমলোয়শিংনা) উবা ফংখি। Point Calimer গী wildlife sanctuary দা লৈবা deer অমসুং black buck হায়না খঙনরিবা শা-উচেকশিং অমদি লমলাল্লক্তুনা ওক্টোবর-মার্চ থা ফাওবদা চাক্তারখিবা উচেক লিশিং-লিশিংনা সুনামী ঈথক অহানবমক লাক্লিভৈগী মাংওইননা পুংখাইমুক্কী মমাংদা হেন্না শাফগদবা মফম অমগীদমক মখোয়না মফমদু থাদোকলমখি।

তমথিরবা সুনামী ঈথক হাইগৎলক্তুনা মাং-তাকহনখিবদা টামিল নাডুগী পাক-চাওরবা লম য়াওখিবনি। টামিল নাডুগী শাথিনা মাং-তাকলিবা মফমশিংগী মনুংদা Nagapttinam ডিষ্ট্রিকতা সমুদ্র ময়া নক্না লৈবা একর ২,৫০০ (লিশিং অনি চামঙা) মুক পাক চাওবা অচৌবা থুম শুংফম অমসু য়াওখ্রবনি। Gujarat Heavy Chemicals অদুগা Chennai based Chemplast sanmar হায়রিবা company অনিসিনা থুম শুংবগী থবক চৎথরিবা একর কয়ামসু মাং-তাকপসিদা য়াওখ্রে। সুনামী ঈথক্না পুংদা কিমি ৮০০ য়াংনা ফুগৎলকখি। থুমলোয়শিংগী থবায় ওইজরিবা Salt-pan শিং মিনিট খরখক্কী মনুংদা হুমদোকখ্রে, চেনখোকখ্রে। ইমুং লিশিং ১০গী হিংনবগী পান্থে ওইজরিবা চহি ১০০ লিরবা থুমশুং লমদম অমগী মপুঙী লোইসিনবীখি।

থুমশুংফম অসি মাং-তাকখিবদা মফমদুগী খুঙ্গা শিন্নীশিংনা মথম্মোই শোকচরিবগী মরমদি হায়রিবা থুম শুংফমসি য়াম্নমক historic ওইবা মফমনি। মতম অমদা ভারত্তা নিংতম আন্দোলনগী অপুনবগী পাঙ্গল শাগৎপদা মহাত্মা গান্ধীনা পান্থে অমা ওইনা শিজিন্নখিবা "ডান্ডী মার্চ" হায়না মমিং লৈরবা গুজরাটতা চৎথখিবা থুমগী আন্দোলন অসিগা ঈরোইননা টামিল নাডুগী মনুং চন্না লৈরিবা Vedaranyam দসু Sardar Vedaratnam Pillai অমদি C. Rajagopalchari না থুমগী আন্দোলন চৎথখিবনি।[২৫] মফমসিসু থুম-শুংফম অরিবা অমা ওইবনিনা মতাংসিদা পনজবনি। সুনামী ঈথক্কী থৌদোকসিদা ভারতকী থুমগী পোথোক্তা ময়েং য়াম্না তাহনখি।

জননেতা হিজম ইরাবতকী মতমদা মণিপুরদা খুঙ্গং খুঙ্গংদা লৌমীগী আন্দোলন চংশিনখি। থৌরম কয়া পায়খৎলকখি। পোথোক লৈবা মফমদা পোথোক হেনগৎনবা থবকসু পাংথোকলকখি। ময়ামসিগী মনুংদা থুমখোংদা থুম শুন্দুনা থুমগী পোথোক মন্নাং

কাইনা পুথোক্তুনা শিগ্নীগী শেলকা (আই) মরাং কাইনবা থবক পায়খৎহনখি।[২৬] মণিপুরদা থুমজাউ পুরেল অমদি থুমজাউরুংবো হায়না খঙনবা তোঙান-তোঙানবা ফমথোন কয়া থুম্ন-শুংবা শিনশুগা মরি লৈননা হাপলমই। থুমজাউরুংবগী মসিলদি ঃ থুমলোয় পান্নগনি। থুম থৌগনি। সনা চিন থুম চনগনি। খরি চনগনি। লাই-তিনগী থুম চনগনি, খাংগনি। থুমখোং য়িরাং থৌনি চংকনি। থুমলোয় পুন্নমক্কী ব্রায়েন তৌগনি। অঙম-অথৌগী থুম পোংচা খাঙগনি। খন্নী-মচং, থুমহী, সমনগী থুম অহিংবা খাঙগনি।[২৭] পোত্থোক মরাং কাইদ্রগদি ফমথোন কয়া লৈরুবগী কান্নদে। তোঙান-তোঙানবা ফমথোন থমদুনা থবক পুহনবসিনা থুম শুংবগী থবক ফজনা মপুং ফানা চংথবদু তাকই। মসিনা থুমগী পোত্থোক মরাং কাইনা পুথোকলম্মী হায়বা ময়েক শেংনা উংলি।

য়েংশিনবীবা, শেমজিন-শাজিনবীবা ব্রাংপদগী অফবা থুমখোং ওইনা শিংথাবিদ্রবা মণিপুরদা লৈবা থুমখোং কয়া লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহন্না (বি. এ. বি. এল.) মণিপুর ষ্টেং দরবারগী মেম্বর ওইরিঙৈদা নৌনা অমুক শেমজিনহনখি। চাখিদ্রবা থুমখোং কয়াসু অনৌবা উক্রু হুকতুনা নৌনা চাহল্লম্মী। থুমদগী কারকপা শেলকা হেনগৎহনবা ঙমখি। মতমদুগী মণিপুর সরকারগী শেলকা হেনগৎহনবদা থুমগী পোত্থোক্লা চাওরবা মতেং ওইখি।[২৮]

মণিপুর ষ্টেট দরবারগী মেম্বরসি ওর্দিনারী মেম্বর অমদি এদ্দিসনেল মেম্বর হায়দুনা মখল অনি থোক্লা লৈ। এদ্দিসনেল মেম্বরদি পোর্টফোলিও পায়দে। ওর্দিনারী মেম্বরদি পোর্টফোলিও হায়বদি দিপার্টমেন্ট পুই।[২৯]

লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহন্না দরবার মেম্বর ওইনা থবক কয়া পায়খৎপা পাংথোকপা ঙক্লম্বসিনদি মহাক অসি দরবারগী ওর্দিনারী মেম্বর ওই হায়বা তাকই। ইং ১৯৩১ আগষ্টকী তাং ৫ দা শ্রী ইবুংঙোহনবু মণিপুব ষ্টেং দরবারগী ওর্দিনারী মেম্বর ওইনা খনখি।[৩০] ইং ১৯৩৮ গী জুলাই ১দগী M S D. গী Additional member ওইবগী রেকোর্দসু থেংনৈ।[৩১]

থায়নঙৈ মণিপুরদা শু-নোম্বা শিনশুগী (Industry) তোঙান-তোঙানবা হিরম কয়া পায়খৎলমই। মরুওইবা পনবা য়াবদি - য়োং-শুং অমসুং খুংশু-খুংলাই শাবগী শিনশু, চফু সাবগী শিনশু, জি অমসুং ব্রাগী, কৌনাগী, চান-থুম শুংবগী, চান-থাও শুংবা, চুহি শুংবগী শিনশু-নচিংবা। ময়ামসিগী মনুংদা চান-থুম শুংবগী শিনশু অসিদি হৌজিক্কী মতমগা চান্নব্রবসু থায়নঙৈ মতম অদুদদি Large Scale দা পায়খৎলমই হায়বসি অশেংবা অমসুং অরেপ্পা ওইগনি।

ঙসি মণিপুরদা থুমগী পোত্থোক পুথোকলিবা মফমসি নিঙ্গেলগী থুমখোং অসিনা ওইরি। অতোপ্পা মফমদা থুমখোং লৈরবসু থুম শুংবগী থবক তৌদবগা মান্নরে। মণিপুরগী

থুমখোংশিংদা ফংলিবা থুমহিদগী শুংবা থুম মীতে থুম অসিদি মতম কয়াগী মমাংদগী ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদা হিরম কয়াদা মফম চাওনা কন্দুনা লাকলিবনি। ওসিসু লাইনিং-লিচংকী থৌরম কয়াদা চংদবা য়াত্রবা পোংশক অমা অদুম ওইরি। অদুনা লৈবাক অসিগী অখং-অহৈশিংনা কুপ্না খন্নরগা অনৌবা থুমহি চেনবা মফম থিদুনা অনৌবা থুমখোং হূকপা মতৌ তারি।[১২]

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**


১) N. Ibobi, "The Manipur Administration", 1968, p-153
২) H. Shyamsunder Singh, "Geography Book II, published by The Secretary Board of Secondary Education, Manipur, 2001, p-86
৩) মুতুবা বহাদুর, ''মণিপুরগী নুঙদা ইরন্নশিং'' (অনিশুবা শরুক)
৪) T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p-35
৫) N. Ibobi, "The Manipur Administration", 1968, p-153
৬) T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p-35
৭) চৈথারোল কুম্বাবা, লমাই-৩৭৪
৮) R Brown, "Statistical Account of Manipur" Mittal publication, 2001, p(95-97)
৯) H.N. Srivastava. "Earthquakes Forecasting and Mitigation", published by National Book Trust, India, 1983, p-307
and
A.K.R. Hemmady, "Earthquakes", published by National Book Trust, India, 1996, p-62
১০) T C. Hodson, "The Meiteis", 1989, p-36
১১) কেনেদি চকপ্রম, ''নিঙ্ঙেল থুমখোং'', নহারোলগী থৌদাং, তাং ৪-৫-২০০১ ইং
১২) মুতুবা বহাদুর, ''মণিপুরগী নুঙদা ইরন্নশিং ( অনিশুবা শরুক), লমাই-২
১৩) ইবিদ পি পি
১৪) R. Brown, "Statistical Account of Manipur", Mittal publication, 2001, p-(9-10)
১৫) T.C. Hodson, "The Meitheis", 1989, p-35
১৬) Ibid p-36
১৭) Annual Report on the Native States and Frontier Tribes of Assam for the year 1897-98, printed at the Assam Secretariat printing office, Shillong, 1898, p-9

১৮) Ibid pp

১৯) N Ibobi, " The Manipur Administration", 1968, p-7

২০) Ibid p-(154-155)

২১) N. Sanajaoba, "The Manipur Treaties & Documents "(1110-1971), Volume I, published by Mittal publication, New Delhi, 1993, p-(341, 342)

২২) Jahar Lal Guha & Prabhas Ranjan Chatturaj, "Economic Geography", 10th edition, 1987, p-218

২৩) Ibid p-219

২৪) Ibid pp

২৫) M R Venkatesh, "Waves wash away Salt pans Full of Historic", The Telegraph, Guwahati, Monday, 10 January-2005

২৬) ''মণিপুরদা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টি (অরোইবা শকক)'' লময়ানবা ৫৩ শুবা মশিং, ফেব্রুরারি ১৯৭৪, ল-৬

২৭) চন্দ্রশেখর খুমেম, ''মসিল'', ১১৯৭, ল-৩৮

২৮) শ্রী ডাঙবম যুগোলচন্দ্র সিংহ, ''শ্রী লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ'', ল-(৪,৫)

২৯) N Sanajaoba, "The Manipur Treaties & Documents" (1110-1971), Volume I, Mittal publication, New Delhi, 1993, p-327

৩০) Manipur State Durbar (1907-1947), published by Manipur State Archives, Govt of Manipur, 1987, p 10

৩১) 'Names of high Officials" Source G A D , Secretariat library, Govt of Manipur

৩২) ''মৈতৈ থুমগীদমক'', ইবৈবাক ইদিটোরিয়েল কলম, তাং ১৯-১২-০৫ ।

# ১৪

## থুমশুংলোনগা মরি লৈনবা ৱারী-ৱাখোং

থায়নঙে মণিপুরদা থোকখিবা থৌদোক-ৱাথোক্কী ৱারী শিংবুন খরা থুমশুংলোনগা চুননা অমসুং মরি লৈননা লৌখৎচরি।

১। খৃ. ১০৭৪ দা লোইয়ুম্বনা কংলৈদা নিংথৌ ওই। মাগী হাক্তকসিদা লাল্লুপ কাবদি পানা ৬ থোক্লা কাখি। সেক্তাদা শা থোকপা, ঙা থোকপা, থুম থোকপা ফাল অমা লৈ হায়দুনা লোইয়ুম্বনা পীয়ু হায়বদা য়াদবদগী মবাই অঙোম নিংথৌ থাদুনা সেক্তা লাল শোক্লদুনা ঙমই।[১] মতমদুগী লোনচৎ-লীচৎতুগী ৱানী। ৱারীশিংদগী লৌখৎচনিংবদি "থুম থোকপা" হায়বা ৱাফমসিনি।

২। ৱাইখোং অমসুং চাইরেল খুঙ্গং অনিসি অমগা অমগা তেংবাংনদুনা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নরকপগী ৱারীসু লৈরি। ৱারীসিনা ৱাইখোংদা থুমখোং খরা মশক থোক্লা লৈরম্বগী অদুগা হৌজিকসু লৈফম থোকই হায়বগী খুদমসু ওই। ৱারীদি অসিনি - ৱাইখোং খুলদা লৈরিবা থুমখোংশিংদা অয়ুক নুংথিলদা ওকলেন খরাওবা কয়া কয়া লাকই। নুমিদাংদা পাম্বা কৈরেল কয়াসু লাকই। ৱাইখোং খুনজা কনাসু থুমখোংদা চৎতুনা থুমহী শোকপা ঙমনদ্রে। থুম শুংবা ফংদ্রে। ৱাইখোং খুনজা ময়াম চাইরেলদা চৎতুনা চাইরেল নিংথৌ য়াওশুরাকপদা তেংবাংবিনবা হায়জরুই। চাইরেল নিংথৌনা মাগী লৈজবা অকনবশিংগী মনুংদগী অথোইবা "পুকচাও" অমসুং "তাইবোং" অকনবা অনিসি ৱাইখোং খুনজাসিংবু তেংবাংবিনবা ৱাইখোংদা থাবিরকই।

পুকচাও অমসুং তাইবোং অনিনা ৱাইখোং য়ৌরবদা থুমখোংদা লাকখি। থুমখোংদা করম-করম্না শাশিং লাকপা, শাশিং অদুগী হৈশিংবা কন থৌবা পুম্নমক কুপ্না য়েংশিনবা হৌরকখি। অকনবা অনিশিনা খুৎশু-থাং অমদি তিমেন তা য়াওদনা মপাঙ্গলতনা অয়ুক নুংথিলদা লাকপা ওকলেনশিং অদু হাৎখি। নুমিদাংগী মতমদা থুমখোংদা পাম্বা শল্লুপ লাক্লম্মী। পাম্বশিং অদু ফাদুনা থুমখোংদা লংথৈ। ঈরোয়দুনা কংফাল য়ৌনবা লাকপা সাদু ফাদুনা অমুকসু লংথৈ। অসুম্না পাম্বা কৈ পুম্বা ৱাহল্লগা শহি উশা পায়দুনা ফু-ফুদুনা পাম্বশিং তানথোকখি। মতুংদা থুমখোংদা পাম্বা কৈ লাকখিদরে।

অহিংগী মতমদা সামু লমশা লাক্তুনা ৱাইখোং খুল নৈখায়রে। পুকচাও অমসুং তাইবোং অনিনা মরিং থাংনা শামু মনাতোন ককথৎখি। শামুনা লাও-খোংদুনা চেল্লি। খুমাং অমসুং খুদুংদা থাংনা য়ানবদা শামু লমশা লৈমাইথক্তা তুখি। অসুম্না অকনবা অনিশিনা শামু লমশাসু হাৎখি। শামু শল্লুপ তংতনা ৱাইখোংদা লাকই। শামু লাকফম লম্বী থিদোকখি। লাকফম লম্বী খঙলবদা পুকচাও, তাইবোং মখোয় অনিনা থেঙ্গৌরোল মাপল সুনা তিমেন অবু থৌশানা শামুশিং তানথোকখি। অকনবা অনিশিনা থেঙ্গৌরোল থৌশাদুনা শামু তান্নখিবা মফম অসিবু "তুইহেংবী" হায়না খঙনখি। নুমিৎ ১৫ চুপ্পা ৱাইখোং খুল ঙাক্লুগা চাইরেল মখুঙংদা হল্লকখি। মতুংদা ৱাইখোংদা শামু শল্লুপ লাকখিদরে। শা-কৈগী অকিবা লৈতনা ৱাইখোং খুনজাশিংনা থুমখোংদগী থুমহী শোকতুনা থুম শুংবা ঙমজরে। চাইরেল নিংথৌগী মতেংদা ৱাইখোং খুনজাশিংনা পেল্লদুনা চাইবেলগী চহিগী চানবা থুম ৱাইখোংনা চাইরেলদা খুদোল তমখি। অকনবা পুকচাও, তাইবোং অনিগী খুভম য়াদুনা ৱাইখোং খুনজানা ঈরাৎ-নরকলিদো।[২] থুমখোংদা শা লাকপা অদুগা শাশিং অদুবু অকনবশিংনা তানথোকখিবগী ৱারীনি।

থুমশুংলোনগদি মরি লৈনদে। অদুবু চাইরেলগী অকনবা অনিসিগী কয়াম কনবা, থৌবা, হৈশিংবা হায়বসি মপুং ফানা উৎপদা য়াওফম থোকই খনজদুনা মখাগী ৱাবী মতেক অসিসু লৌখৎচরি। গরিবনিৱাজ নিংথৌগী মতমদা থোকখিবা ৱারীনি। গরিবনিৱাজ নিংথৌনা অকনবা মনাই-মশন কয়াগা লোয়ননা নোংমা তোর্বুংদা শামু ফানবা চৎলমই। সগাং মনিংগী "লাংসৈ" কৌবা মফমদা শামু থেংনদুনা তোমচৎনবা শামু লমশা ফানবা থৌরাংবদা নিংথৌ মনাই অকনবা অমা শামু লমশাদুনা হাৎখি। নিংথৌগী খোংলোইশিং চেন্নখি। নিংথৌসু সগাং খুল্লক্তা অহিং লেকখি।

মী হাৎলবা শামুদু ময়াই কারক্লুনা মখা তানা মী হাৎনবা তৌবক্কনি। সগাং খুল্লক যৌবক্কনি। সগাংগী খুনজাশিংবু কন্নবা অদুগা মনাইগী লমনসু খুম্নবা শামু লমশাদুবু হাৎপা ঙমগদবা অকনবা কনা-কনা লৈবিবগে হায়না ৱা তান্নবর্কখি। মতমদুদা সগাং খুল্লাকপনা চাইরেলগী অকনবা অনি পুকচাও অমসুং তাইবোংগী ৱাবী নিংথৌদা তমখি। চাইরেল নিংথৌ য়াওশুরাকপগী মফমদা গরিবনিৱাজ নিংথৌনা মনাই থাদুনা চাইরেলগী অকনবা অনিবু কৌরুই। য়াওশুরাকপনা মনাই অনিবু শামু ফারুনবা থারকখি। পুকচাও তাইবোং অনিনা শামু লমশাদুবু হাৎখি। ৱারীসি চাইরেলগী পুকচাও, তাইবোং অনিসি অঙকপা ফংনা কনবা, মতিক মথৌনা লৈবগী অচেৎপা খুদম ওই।[৩]

(৩) থুমশুং শিললমগী পোথোক চাথোক্কী অশিন-অরাংগী ফম অমা হাপ্পী। মসিবু থুমজাউপুরেল হায়না খঙনে।[৪] কোনুং (কংলা) মনুংগী থুমগৈ পান্নবা, থৌশিল থৌদানা মপুং ওইবগী ৱাহনথোক পী।

(৪) শ্রী পঞ্চযুক্ত মহারাজ মৈদিংঙু চীংথংখোম্বগী খোঙজুপতি পাচ্চা হনবা হাপএ। মৈন্দা শঙলাকপা হাপএ। লৌরুংপুরেন,থুমজাউপুরেল, শজুংপুরেন হাপএ।[৫] চীংথংখোম্বগী খোংবু খোংলোইসিংগী মরক্তগী মথক্তা পল্লিবা ফমশিংসি পায়হনবা মখোয়বু ফমথোনশিং অসিদা হাপ্লগী ৱাফমনি।

(৫) "থুমজাউরুংবা" হায়না খঙনবা ফম অমসু লৈরি। ফমসিমকতি নিংথৌ শেনবগী শিঙ্গা পাংথোকপশিংগী মনুং চপ্পা লৈ। নিংথৌ শেনবগী মশিনদি অরাংবা (অশিন-অরাং তৌবা মী), ফৌরুংবা, থাংশা-পান্নবা, পাইজ শুবা, হিরু-হিনাউবা, তংখাই উরুংবা, তংখাই থুমজাউরুংবা, হাউবা নাহা পুরেন অসি ওইনৈয়ে। মরোল অমদি নিঙেল থুমজাউরুংবনা পানা ৪ মক্কী অৱা-অনা পুইয়ে।[৬] নিংথৌগী য়াইফনবা অফ-ফত্তা শেন্নবা মীবু নিংথৌ শেনবা কৌনৈ। মসি মী মরোল নাইনা তোঙানবা শিঙ্গোংশিংগী ওইবা খোঙবু-খোঙবু শেন্না থায়দোকপগী ৱাফমনি। মরুওইবা পোৎচং ওইরিবা থুম অসিগী থুমখোং, থুমশুংফমশিং থুমলোইশিং নিংথৌগী মহৎশিন্না অশোয়-অঙাম, ফত-নুংদা থোক্তনবা শেন্নবা য়েংশিনবগী থবক তৌবা মীওইবু থুমজাউরুংবা কৌনৈ।

(৬) থুমলোইদি থা খুদিং থুম লৌখৎএ। সামন থুম কৎএ। চাবোকপদা মী অমনা থুম কৎএ। অপানবীগীদি থুম ৬০, তৃ অয়াম্বগী থুম ৫০ নায়এ।[৭]

(৭) করিগুম্ব্রা লমদম অমা করি তৌবদগী নৎত্রগা কমদৌনা লমদুগী মমিংদু থোনখিবনো হায়বগী মরম কাংলোন লৈনৈ। "থুময়ান" হায়রিবা মফম অসিসু করম তৌনা থুময়ান কৌখিবনো হায়বগী ৱারোলদি - মীতৈ নিংথৌ খুনজাওবা (খৃ: ১৬৫২-১৬৬৬) না নুংশী খঙনদবা সারেননা উদরিববু খঙনা উনবা হায়দুনা থুমবু থুমপোৎ শেমদুনা য়াল্লম্মী হায়বগী থুময়ান থোনখি।[৮]

(৮) থুমখোংগী থবক শিললসু তেক্ত-কাইদা শুরিবরা নৎত্রগা করি অৱাৎ-অপা লৈবা অমদি অশোই- শোইদা য়েংশিন্নবা মীতৈ লৈবাক্কী নিংথৌনা থুমখোংশিংদা তোইনা চৎলম্বগী ৱারীসু ফংই। শক ১৭১৫, ইং ১৭৯৩ ফাইরেল থাগী ৩ নি পানবা লৈশাকপোকপদা অদুগা ১৭১৬, ইং ১৭৯৪ ৱাকচিং থা ২ নি ঈরাইদা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা চন্দ্রখোং য়েংবা চৎলি।[৯] শক ১৭৫৪ ইং ১৮৩২ ঈঙেলগী ২১ নি শগোলশেন্দা শ্রী মহারাজ মৈদিংঙু চিংলেন নোংশ্রেন খোম্বা চন্দ্রখোং য়েংবা চৎলমএ।[১০]

(৯) মণিপুরগী নিংথৌদা চীং লমদমগী খুনজাশিংনা করিগুম্ব্রা খরা কৎলরবদা নিংথৌনসু করিগুম্ব্রা পোৎশক খরদা ওইরবসু চীংগী প্রজাশিংদা খুদোল তম্বী। অদুগা থুমগী পোখোক লৈতবা থুম ফংবা ৱাবা মফম ওইরবদি খুদোল তম্বীবদা থুমসু মরাং কাইনা পীবিরম্মী। শক ১৭৪৮ ইং ১৮২৬ গী ফাইরেল থাগী ২৮ নি থাঙজদা

শ্রীযুৎ মহারাজনা (মৈদিংগু চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা) চেইথবা, হাইদুম, লমলাং খুনথকশিংগী খুল্লাকপদা ফরাংচি অমা, মশাদা নোংথৈ পরেং, থুম নামা পীনখিএ। থুম নামা = থুম্বোন নামা = থুমপাক চামা।[১১]

(১০) থুমখোংদা থুম শুংবগী থবকসি য়াম্না ৰাবা নংত্রেগা খুদোংথিনিংঙাই ওইবরা হায়বগী ৰাফম অমা লাকই। মদুদি লৈবাক নিংথৌগী মাংদা ওইদা-পাদা ঙাংবা মীসু অদুগা লৈবাক খুল্লাইদা অকায়বা অয়ানবা থবক তৌবা মীবুসু চৈরাক পীবা ওইনা থুমখোংদা লোই থাদুনা থবক শুহনবগী খুদম ফংই।

ইং ১৭৩৪ এপ্রিল থাদা নিপা অনিবু মখোয়গী নিংথৌগী মমাংদা ওইদবা মীনম্বা ঙাংই হায়বগীদমক পলেনগী থুমখোংদা থাখি।[১২] শক ১৭৬৯ ইং ১৮৪৭ গী শজিফু থাগী ৬নি নিংথৌকাবদা অকোইজাম্বা কৃত্তিনা চিংপুদা লৈবা ৰাহেংবা মাইচৌদা হিগী মমন্ থৌরুবদা ৰাহেংবা মাইচৌগা মচা চাওবগা মীনাই ২ গা মখোই ৪ মানা পুন্দুনা পুস্রনবা থিংলেনগী ঈশিংদা হুনথৈএ। ইরোইবা খুংহৈবা হঞ্জবগী মনাইনা হিনা ফৌপুবা চংপদা উরুইএ। সিরমদে। ৰা হংবদা ৰাহেংবনা তৌএ হায়এ। ৰাহেংবদি চন্দ্রখোংদা লোই থাইএ।[১৩]

(১১) কুম শক ১৭৬৯ ইং ১৮৪৭ পোয়নু থা ১০ নি ঈরাইদা সিনাম লৌরাইতা হাও শন হুপা (হুরানবা) ২ কোম হাওনা হাত্তুনা কংলৈএ। তুলাই (দোলাই) ফি ২, থুমপোং ১ পীখিএ।[১৪] হুরান চিংখি তৌবা লৈবাক্কী চংনলোন থুগাইবা মীবু ফাবা পুনবদা মতেং পীবা অমদি লৈবাক খুল্লাইগীদমক অফবা থবক তৌবা মীওইবু লৈবাক নিংথৌনা মনা পীবা চংনরমই তাকই। মনা পীবদা ফি অমদি চান-থক্রুবা পোংলম ওইনা পীবগী থৌওংদু উংলি। অদুবু থুমবু মনা ওইনা হেক হেক পীবসিনা তাকলিবদি মতম অদুদা থুমসি মশক থোকপা অমদি মমল লৈবা পোংশক ওইনা লৈবাক মীয়াম্না লৌনরম্মী তাকই।

(১২) লৌরোক থা মাংজিন্দা ঈশিং চাওদুনা মণিপুরদা থুম য়াম্না তাংখিবগী ৰাবীসু লৈখি। শক ১৭৭২ ইং ১৮৫০ মেরা থাগী ২১ নি নিংথৌকাবদা থাংজীংসু, কৌব্রুসু লাই ২ মা লাইনা নোংমৈ থাইএ (নোং খাকপা)। ঈশিং য়াম্না চাওএ। শঞ্জেনখোংনে, কৈশামখোংনে ২ মা তেকএ। লৈকায় ৪ মা কৈথেল কাদে। খুরাই ৰাংখৈ ২ মাদি ঈশিংনা থুম্মে। ফৌদি চাহৈদা লাকএ। ঙানুনা ফৌ য়াম্না চাইএ। ঙাসু থুমসু ২ মা তাঙএ। থুম ১দা শেল চা ৫ (মণ্ডা) পীয়ে।[১৫] লৈবাক্কী ওইনা ঈশিং চাওবা হায়বদু ওইদুনা মাগী মাগী নুমিৎ খুদিংগী শুবা শিনশুদা মাই ওনশিনবা ঙমদবদগী থুম শুংবা ৰাংতুনা থুম তাংবা ওইবা য়াই। নংত্রেগা থুমখোংনচিংবা মফমদা ঈশিং চাওশিন্দুনা থুম শুংবগী পরিংদা অকায়বা থোক্কুনা থুম শুংবা লেপ্পনা থুম তাংবা ওইবসু য়াই।

(১৩) শক ১৭৭৩, ইং ১৮৫১ গী পোয়নু থা ৮ নি নিংথৌকাবদা ফমদৌনা কৈথেল কাদুনা থুম ১দা শেল ২০০ ককতুনা তাইএ। ঙাসু য়াম্না তাংএ।[16] ঙাসু, থুমসু য়াম্না তাংখিবগী থৌদোকনি।

(১৪) শক ১৭৭৪ ইং ১৮৫২ কালেনগী ২৮ নি নোংমাইজিংদা মহারাজ লাবন্যচন্দ্রগী মজা ইবুংঙো কৈফানা পোকপা সেনাপতি শাজৌবা "করথোং থুমখোং" য়েংবা লৈহন্নরকএ।[17]

(১৫) কনাগুম্বনা নিংথৌ খুবম শিন্নবা, মুন্নবগী শরৌ শিনবা থৌরাংলুববু নিংথৌনা খঙলকলবদি শিল্লিবা মীওইশিংবু ফাদুনা হাংপা তুপ্পমকতি তৌদনা অথাপ্পা মফমদা লোই থাদুনা চৈরাক পীবদা থুমখোং লৈবা মফমদা লোই থাবগী খুদম ফংই। "ইং ১৮৫৩ ইঙা থাগী থাপি ইমশকৈশতা ইবুংশিজ খ্বাইরাকপনা লৈশাংখোংদা লাই খুরুম্বা চংলে। নিংথেম মচাশিংনদি মবুথৌ স্নামহীনে মবুথৌ পাখংবনে লাই ২ নচিংবা উমং লাই খিবিকপু খুরুমহৈদে নঙদি নিংথৌ ওইগে তৌবনে হায়না লাংঙথেন্দা লোই থাই। য়ুমনাম লুচোন্দি নিঙেলদা থাইএ।[18]

(১৬) চীংলেন নোংম্রেনখোম্বা মহারাজগী মৈ কোইবা থৌগল ফংজেএ হায়দুনা মচা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ্ মহারাজনা বামোন গৌরগোষাইদা ইং ১৮৫৯ ফাইরেল থাগী ১৯ নি নিংথৌকাবদা ফানজংখোংদা থুমখোং ২ পীএ।[19] লনাই মীওইদা ফাওবা থুমখোং পীথোকপসিনা মতমদুদা মণিপুরদা থুমখোং মরাং কাই হায়বা ময়েক শেংহল্লি।

(১৭) ইং ১৮৬১ গী ফাইরেল থাগী ২৭ নি ঈরাইদা ময়াঙ্গু ইবুংঙো সেনাপতিনচিংবা পোইরৌদা শা তাপ্লে। শা ২৩ ফায়এ। লাইদা ৩ কংএ। ২০ দি থুমখোং তৌবা হাওদা য়েনবীএ। ২৮ নি থাঙজদা ইতোক মপান্দা মহারাজ কাঙজে শান্নে। চন্দ্রখোং, নিঙেল, শিখোং নুপীশিংবু জগোই শান্নহল্লে।[20] থুমখোং শেমফমদা থবক শুরিবা মীওইশিংবু অঙম-অথৌনা লুনা-চান্না তৌবীবা অমসুং পীজ-পীথক তৌদুনা মপুক পেনহনবদু উৎলি। থুম শুংফমগী খুনজাশিংবু হরাও-কুম্মৈদা নুংঙাইজনবগী তানজা শিনবীবদুসু উবা ফংই।

(১৮) ইং ১৮৭১ শজিবু থাগী ৯ নি শগোলশেন্দা মহারাজ মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ্ কে. সি. এস. আই. ইথমদা থুমখোং য়েংবা চংলে। তন্না হল্লকএ।[21]

(১৯) থুমখোং তৌবা, মথংদা ঈরাৎ-লাইশোন তৌদুনা খুরুমজবা লোয়ননা হোংবগী চংনবীসু লৈরম্মী। তাং ১৯-১-১৮৭২ ইং বাকচিং থাগী ৯ নি ঈরাইদা অরাম্বমচা য়োইরেন ফমইহনবনা চিপু থুমখোং লাংলে। তন্না হোংএ। ফিরাল য়ুংএ। খোংনাং ২ থাই।[22] থুমখোং শেম-শাবা লোইরদুনা থুমখোং লাইবু খুরুমজবা, লাৎচবা, মতুংদা থুমখোং শিজিন্নবা হোংবা। ফিরাল য়ুংবদি হোংলে খঙনবা খুদমনি। খোংনাং থাবদি মতমদুগী

মীওইশিংদুগী অৱাংবা ৱাখল্লোননি। থুমখোং লাইৱেপ্পী লৈফম শংলেন তাক্লবা, লাইগী উমং, মশাইকোন শেমগংনবা নংক্রেগা থুমখোংগী লমখৈ খঙনবা উপান থাবগী চংনবীদু তাকই।

(২০) নিংথৌনা মণিপুরগী মফম অমদা সনা খোঙলেংবদা লমদমদুগী খুনজাশিংনা ঈশৈ অমদি জগোইনচিংবা উৎতুনা নিংথৌবু সনা মিংয়েং তাহনবা অদুগা নিংথৌ অমদি মাগী লোইনবশিংদগী নাক্কা থেংবা চংনরম্মী। নিংথৌ অমদি মাগী কাংবুনা নুংশি চানবীবা মিংয়েংগী ৱাখল্লোন্দা পৈশা য়েনবী। খুনজাশিংদা থুমসু য়াওনা পীবিবগী ৱারীসু থেংনৈ। তাং ১৪-১২-১৮৭৪ ইং পোয়নু থাগী ৫ নি নিংথৌকাবদা শুগু, নুংগু, লমদিং, ৱাংজিং চাইরেল, তোনশেন, মহৌ, ককচিং খুনৌ, ৱাইখোং, থোংজাও, পলেন, লাংগুথেন খুন ১৩ মনা শ্রীযুৎ জয়মান চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স্না মাঙদা খুবাক ঈশৈ শক্তুনা জগোই শাদুনা নাক্কা থেংএ। নাক্কা থেংবা খুন ১৩ দা মাগী মাগী মতিক ওকপা লুপা ২০০ (চনি) না য়েনবীয়ে। ককচিং খুলেন, ৱাইরি ২ মাদি থুমপোৎ ৭ মসু হাপ্পীরমএ।[২৩]

(২১) খৃ: ১৮৭৪ গী আগষ্ট থাদা ভারতকী গভর্নর জেনেরেল ওইরম্বা লোর্ড নোর্থ ব্রুক্কা মণিপুরগী চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌগা কাছারদা দরবার পাংথোক্তুনা খুদোলপোৎ পীনখিবা থৌদোক্কী ৱারীনি। চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌনা কাছারদা দরবার চৎলুবগী ৱারীবু লাইরিক ওইনা ইথোক্তুনা থমখি। লাইরিকসিবু ''চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা'' হায়না মিংথোনখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা কাছারদা দরবার চৎপদা লোইনখিবা খোংলোই, খোঙবুরোইশিংগী মতাংদা - ''ব্রাহ্মণ থাকুর গোকুল থুমজাউপুরেন নঙগা রসসিং মোইরাং সুবিদার নবিংঙাদি লাইরেল ঐগী শমু তুন্দা থাংচপ্পনা মরাক-ও! অঙৌপানবা অঙোম নিংথৌ নঙনা লৈকাই ৪ মাগা পানা ৪ মাগা তুলি নিপান মাগা কয়রোয় হিদেন মরি লনলোই থুমলোই ৱারোই উরোই পূম্মমাদগী তনবা নিপা-থোকপা থৱাই চঙখোনবা খন্না থৌখল মশীং শুনা থাউ-ও হায়না য়াথং ক্রিথোই য়াম্না থৌশী-শীনখিয়ে হায়দবরা?''[২৪] থুমজাউপুরেন অমদি সুবিদার মখোয় অনিদি নিংথৌদগী ইথাপ থাপ্লদনা নিংথৌগা শাগোন্নদুনা চংনবা থৌরাংনি। তেঙ্গোল নিপানমক, পানাগী হিরুহনবা মরিমক, থবক শুগদবা কাঙলুপ, থুমগী থবক পুবা, ৱাগী থবক পুবা, উগী থবক পুবা থৌমীশিং শুনা নিংথৌগী খোংলোই ওইনবা শিন্নবগী অঙোম নিংথৌদা নিংথৌনা সনা-য়াথং তাকপীবগী ৱারোননি। দরবারগী মরুওইবা খোঙচংতা থুমজাউপুরেন অমদি থুমলোই লোইনবগী ৱাহনখোক করি ওইগনি।

(২২) মতম অমদা নিঙেল থুমখোংদা খুৎশুমনখক্কী ওইনা থবক শুবা য়াওবা ইয়েংবা কৌবা নিপা অমনা মহাক মশামক্তা নিংথৌ খুবম মুন্নবা মীচং খোমদুনা থৌরাংলুবগী মহাক অমদি মাবু মতেং পাংলিবা মীওইশিং, নিংথৌনা শিবগী চৈরাক পীখিবগী ৱারীসু লৈ। থৌদোকসিবু ''ইয়েংবা থুন্দাংবগী লান'' হায়নসু খঙনৈ। মসিগী মরিক চুপ্পা ৱারোলদি মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট সার জেমস জোনষ্টোন্না মতম অমগী আসামগী চীফ

কমিশনারগী সেক্রেটরীদা ইবা রিপোর্টতা য়াওই। চৈথারোল কুম্বাবদা মখাগী অসুম্না ইরি - "ইং ১৮৮১ ইঙাগী ২৭ নি শগোনশেন্দা (ইরেংবম কৌগাকচাও তাববু নিংথৌ শেমগে তৌরমএ হায়দুনা) য়েনখোইবা মখেংবু হাত্তুনা বাংথোনবীদা ফৌএ। চিংঙাখম্বা পণ্ডিৎতি অরোং থোংদা হাত্তুনা ফৌএ। ইরেংবা খৌদোন্দি চীংমৈরোংদা হাত্তুনা ফৌএ। ইরেংবা দোয়ানন্দদি শঙাইব্রৌগী লমদোংদা হাত্তুনা ফৌএ। ইরেংবা পনগোইদি ইরোইশেম্বদা হাত্তুনা ফৌএ। তোইবীজাম্বা মিৎলাউদি লিলোংদা হাত্তুনা ফৌএ। বারেম্বা থম্বালদি বাংখৈ পূংজাউদা হাত্তুনা ফৌএ"।[২৫]

ইং ১৮৮১ জুন ২৬ তা হাৎতুনা চন্দ্রখোংদা ফৌখিবা মীওইসিংদি ঃ (১) পোং নিংথৌগী মচা, (২) সরোংখাইবা হিদং। নিঙেনদা ফৌখিবা মীওইশিংদি ঃ (১) ইরেংবা থুন্দাংবা, (২) হৈক্রুজাম্বা হঞ্জবা, (৩) থুন্দাংবগী মচানুপা। শিখোংদা ফৌখিবদি নোংথোনবা হঞ্জবা। অদ্রোদা ফৌখিবশিংদি (১) ইরেংবগী সেনাপতি ওইগনি হায়বা অমা, (২) নুংশুক ফাবা অমা অমসুং লৈয়ু শুংবা অমা।[২৬]

(২৩) শক ১৮০৫, ইং ১৮৮৩ ফাইরেন থাগী ১৯ নি নিংথৌকাবদা ইথমদা থৌবান তুরেন্না থুমখোং শোকদৌরে হায়দুনা মচা ইবুংঙো যুবরাজনচিংনা লৈবাক মীয়াম হুপ্না থৌবান তুরেন থিংবা চৎলে।[২৭] থৌবান তুরেনগী ঈশিং হাজিলবদগী ইথমগী থুমখোং ঈশিং থুমজিনখিদুনা থুম শুংবা য়ারোইদবগী তানফমদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা মীয়ামগা লোয়ননা থৌবান তুরেন থিংদুনা ইথমগী থুমখোং কনখিবগী বারীনি। পোখোক পুথোকলিবা, শীন্নীশিংগী শুফম নোমফমসু ওইবা মফমবু লৈবাকী লম্নী খম্না নিংথৌনা মতম চানা থবক পায়খৎপা পাংথোকপদু উবা ফংই।

(২৪) মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্তনা চীংগী লমদা লৈবা থুমখোং য়েংবা চৎপা অদুগা চীংগী খুনজাশিংনা এজেন্ত সাহেবতা থুম খুদোল তম্বগী বারীসু লৈ। শক ১৮১৫ ইং ১৮৯৩ লমতা থাগী ২৭ নি ইমশকৈশদা বর সাহেব (Major H. St. P. Maxwell C.S.I.) কোংগাল থনারম চৎলমএ। কিনলাংদা তেঙ্গোল থনমদুনা বোর সাহেব, উর সাহেব পাঙল অতোনবা ৩ দা চৎতুনা কোংগাল থানাদা থুংএ। অহিং ১ লেকএ। থুমখোংসু য়েংএ। হাওনা থুময়োম ১০ (তরা) কংলে।[২৮]

(২৫) শক ১৮১৬, ইং ১৮৯৪ পোয়নু থাগী ২৬ নি থাঙজদা য়াইরিপোক্তা লেন য়াম্না তাই। ফৌ চরোং য়ৈথে। ফৌ য়াম্না মাঙএ। চন্দ্রখোংদা থা ৩ শুনা থুম শুংদ্রববু ২৭ নি লংমাইজিংদা নোংথোনবা ফুলোনা নিলাম ওক্তুনা ১ রক শুংএ।[২৯] থুমসু মীওইবনা চাবা থকপদা চংদবা য়াদ্রবা মচন ওইবনা মখা তানা নৌহৌননা থুম শুংবা হৌনবা থবক পায়খৎলকপা ময়েক শেংনা উংলি।

(২৬) মণিপুরী লোন্দা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ "শেল-থুম" হায়বসিনা তাকলিবদি শেলগা থুমগা নক্লবা মবি লৈনৈ হায়বনি। থুম্বু শেলগুম্না লৌনবা নৎত্রগা শিজিন্নবগী ৱাখল্লোন ময়েক শেংহনবনি।

ঙসি মালেমসিদা ঙাংনরিবা অমদি শিজিন্নরিবা ইংরাজী লোনগী ৱাহৈ "Salary" হায়বসি Latin ৱাহৈ Salarium হায়বসিদগী ওইখিবনি। লাম্নীশিংদা মখোয়গী শিন্থামনগীদমক সোল্ট ওইনা পীবা চংনৈ। মসিবু Salarium হায়না খঙনরম্মী। ইংরাজী লোন্দা Salary হায়না চংনখি।[৩০]

(২৭) "মৈতৈংঙু লাইরেল নাওথিখোং ... লোইবী থুমতংপুঙ লোইবী থুম্মযোন মপুংয়াই কৌএ"। নাওথিংখোংগী মনাই ওইবা... অথোইবা লোইপোৎ ওইবা থুম মপোৎ ফানা নিংথৌগী পুকৈগী লোইপোৎ থৌরুবগা লাকপদা মারেম কৌবা চীঙগী ফুরুপ্না থুম্বু মচেৎ ফত্তুনা তংলম্মী। মফমদুবু "থুমতংপুঙ" কৌখি। মারেমগী মরোন্দা থুম্বু "ময়োন" কৌই।[৩১]

(২৮) "থুম সামের" হায়রগা থুমপাকপু খঙনৈ।[৩২]

(২৯) **সমুদ্রগী থুমহি চেল্লম্বা ঈশিং থুম্বদগী মীযাম্না থরুম্রে :** মহারাষ্ট্রগী মহিম সমুদ্র খোঙবানদা হান্না মীয়াম্না থুমহী চেনবদগী করিমত্তা শিজিন্নদবা সমুদ্রগী ঈশিংদু হৌখিবা ইরাই তাং ১৮-৮ ২০০৬ গী নুমিদাংদগী য়াম্না ঙকপা মওংদা থুন্নকপদগী মীওই লিশিং কয়া হায়রিবা সমুদ্রসিগী ঈশিংদু থরুম্রে। হায়রিবা ঈশিং অদু হ্ চেনবা ঈশিংনি, মদু থকপনা হকচাং শোকহনগনি হায়না মহারাষ্ট্র পুলিস, চিফ মিনিষ্টর বিলাস রাও দেসমুখ অমসুং এক্সপার্ট কয়ানা হাযবিবা অথুম্বা ঈশিংদু থকতনবা অকনবা ৱার্নিং তৌরবসু থুমহি ওইবম্বদগী খঙহৌদনা য়াম্না ঙকপা মওংদা ঈশিংদু থুন্নকখিবনিনা মদু থকপনা হকচাংদা লৈরম্বা লায়না তিন্নাশিং কোকই হায়না তোকঙা শন্দোবকপদগী মীওই লিশিং কয়ানা ঈশিং অদু নৈববসু অদুম্মক থরুখি। চুম্না থকপদগী হেন্দোক্তুনা মফমদুদা লাকপা ঙমদবা ইমুং-মনুংগী মীওইশিং পীথরুবা বটলদা শোরুরগা পুনখি হায়রি। গোৱাদা লৈবা নেসনেল ইন্সটিট্যুট ওফ ওসিনোগ্রাফিনদি সমুদ্রগী ঈশিংদা অহোংবা লাকপা হায়বসি মহৌশানা অদুম্মক তৌগল্লি। মসি দাইলুসন হায়নসু খঙনৈ হায়রি। (নহারোলগী থৌদাং, তাং ২০-৮-০৬)।

(৩০) **অথুম্বা ঈশিং থকপদগী লায়না শন্দোরক্তব্রা মীপাইনরে :** ইরাই নুমিৎকী তাং ১৮ ৮-২০০৬ অহিংদগী হৌনা মুম্বাইগী মহিম বিচতা সমুদ্রগী ঈশিং থুম্রে হায়বা শন্দোরকখিবদগী মশিং য়াম্নবা মীওই চা কয়ানা মহিম বিচতা লাক্তুনা ফত্তবা ঈশিং অদু প্লাষ্টিক বেগ অমদি বোটলনচিংবা পুরক্তুনা শোরুগা থরুরি। থৌওং অসিনা মরম ওইদুনা

ঈশিংদগী শন্দোরকপা লায়না তিলনা অর্মাদ গ্যাষ্ট্রো ইন্টরিটিস লায়নানচিংবা শন্দোরক্কদবা মীপাইবা পোকপদগী সিটি অসিদা লৈরিবা হোস্পিতাল অমদি মেদিকেল ইন্সটিট্যুসনশিংদা মীকুপ-নাহুম শিংনা য়েংশিনবগী থবক চথরি হায়না ম্যুনিসিপাল কোর্পোরেসন ওফ গ্রেটর মুম্বাই (এম সি জি এম) গী জোইন্ট কম্মিস্নর এস জে দাম্বলনা ফোঙদোক্লি। (নহারোলগী থৌদাং, তাং ২১-৮-০৬)।

(৩১) **কালেন থা খুদিংগী ঈশিং মনিল ওন্দুনা কংবা লেক** ঃ মালেমদা লৈরিবা লেকশিং অসি অয়াম্বদি কালেন থা লাকপা মতমদা নোং মরাং কায়না চুবনিনা ঈশিংগী ঈমাই চোন্না লৈ। অদুবু মসিগী ওন্ন-তৈনবদা ফ্রাঙ্কগী কার্মাগতা লৈরিবা ''ফানগাসিয়র'' হায়বিবা লেক অসিদি কালেন থা লাকপা মতমদা লেক অদুদা লৈরিবা ঈশিং অদু মনিল ওন্দুনা পায়খৎস্রগা কংশিনদুনা অঙৌবা উনগী মতৌগুম থুমপাক ওইনা লৈহৌই। মসি চহি খুদিংগী ওইনা কালেন থা য়ৌরকপা মতমদা থোকপা থৌদোকনি। (নহারোলগী থৌদাং, তাং ১৩-১১-০৬)।

(৩২) **ওইথোক্তনি থাজদবা মতৌদা** ঃ থুমগী পোৎশকখক্তনা শাবা টাউন ঃ পোলেন্দগী বিইলিকজকা সিটিগী মখাদা (below) থুমগী পোৎশকখক্তনা শাবা টাউন অমা লৈ। মসি 'থুম'' খোনিগী থুমশুংফম ময়োলমক্তদা শারগা লৈবনি। মসি লৈমাইদগী মিটর ৩০০ (চহুম) লুথবদা শাবনি। লিক্লাই ওল্লবা থুমশিং অদুনা টাউন অসি শাবনি। লিক্লাই ওল্লবা থুমশিং অদু নুংদুমগা চপ মান্ননা কল্লি। টাউন অসিদা শারিবা থাংমৈ মখোং, য়ুমগী পিলর, লম্বী অমদি থোংনেচিংবসিং অদু লিক্লাই ওল্লবা কনশিল্লবা থুমশিং অদুনা শার্বনি। টাউন অসিদা রেলৱে ষ্টেসন অমা, চর্চ অমা, জগোয় শাফম কা, অপিকপা পার্কশিং, অপাকপা লম্বেলশিং লৈ। চহি কয়া চুপ্না অখাং কনবা অমগা লোয়ননা হোৎনরবা মতুংদা টাউন অসি শাবা ঙমখিবনি। পোলেন্দ অমদি অষ্ট্রেলিয়াগী মফমশিংদা থুমনা সাবা টাউনশিং লৌব। অদুবু ''বিইলিকজকা''দা লৌববা থুমগী টাউন অসিদি থুমগী পোৎশকখক্তনা সাবা মপুং ফাবা টাউননি হায়রি। ''থুমগী পোৎশকখক্তনা শাবা টাউন'', নহারোলগী থৌদাং, তাং ২৩-০২-০৭)।

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**


1 **খুমল্লম য়াইমা, ''পাখংবা ফম্বাল'', ১৯৬৭, লাঃ ৫০।**

2 **লাইশ্রম রোহেন (লানঙম্বা) খুমন্, ''চকপা চাইরেল খুম্লোকলোন্, ২০০১ ইং, লাঃ ৪৭-৫১।**

3 **ইবিদ, পি. পি.।**

4 Note on Meithei (Manipuri) Beliefs and Customs by J C Higgins (I C S ) Vice President, Manipur State Darbar, Ed by Dr John Parratt,

pub. by Manipur State Archives, Directorate of Arts and Culture, Govt. of Manipur, India, 1998, p. 131.

5. নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, কমলোন, ১৯৮৭, লাঃ ১২-১৩।
6. ও. ভোগেশ্বর, ''লোয়না শিনলোন্'', ১৯৬৭, লাঃ ৪৫।
7. লোইগী পোৎনা পুয়াদগী।
8. এম. গৌরচন্দ্রা, ''লম্মীৎলোন'', ফোঙবা পিপলস ম্যুজিয়ম, কক্‌চিং, ২০০৪, লাঃ ১৯৭।
9. চৈথারোল কুম্বাবা, ২-শুবা খুৎনম, ১৯৮৯, লাঃ ১৬১-১৬৩।
10-11. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ২৪১,২২৮।
12. L. Joychandra Singh, "The Lost Kingdom", 1995, p. 36.
13-23. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ২৭৯,২৮৪,৩০৪, ৩১১,৩১৩,৩১৯,৩৩৮,৩৪৪, ৩৯১, ৩৯৮,৪২৪।
24 ওইনাম ভোগেশ্বর, ''চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙ্‌বা'', (A Politico Literary History of Manipur, 1850-1886 A.D) অহানবা খুৎনম্, ১৯৭৯, লাঃ ২৬।
25. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ-৪৫১
26. কাবাম মনিমোহোন, লমসিগী রাবি, আগষ্ট ২০০৭ ইং, লাঃ-৮০ ৮১
27-29. চৈথাবোল কুম্বাবা, লাঃ -৪৫৮,৫১৪,৫২১
30 Britannica Encyclopedia, Vol 10, p 363
31. ''নিংথৌবোল লম্বুবা'' (অনিশুবা শকক), এডিত ডা. হাওবম বিলাসিনি, ১৯৯৪, লাঃ ৬৭।
32. এম. এ. হশিম, ''নিঙ্তেল থুমখোং তেংথাজহৌই খুঞ্জাশিংগা লোইননা'', নহাবোলগী থৌদাং, ২০-৯-২০০০ ইং।

## ১৫

# থুমগা মরি লৈনবা মীতৈলোনগী অরিবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | থুম কাকুপ | ঃ | থুম মপাক অনি উপশিন্নবা। (ঈরাৎ-পূজা তৌবদা হাপ্পা)। |
| ২। | থুম নামা | ঃ | থুম মপাক অমা। |
| ৩। | থুমপোন নামা | ঃ | থুম মপাক অমা। |
| ৪। | থুমচা মাইঙৌপী | ঃ | মথক থংবদা ঙৌবা থুম মপাক। (মমায় ঙৌবা থুম মপাক)। |
| ৫। | থুমজাউপুরেল | ঃ | ফমথোন অমা। |
| ৬। | থুমপি মৈমাঙ চনবা | ঃ | থুম মৈদা ইকপা (লৌবা)। |
| ৭। | থুমলাং | ঃ | থুমহি। |
| ৮। | থুমলাং ময়োন শংপা | ঃ | থুমহি শোকৎপা। |
| ৯। | থুমলোয় | ঃ | থুম শুংবা মী। |
| ১০। | থুমলৈমা | ঃ | থুমখোং লাইরেম্বী। |
| ১১। | থুমশৌপুঙ | ঃ | থুমখোং। |
| ১২। | থাথুম | ঃ | থুমপাক মচা। |
| ১৩। | থুম কাকুপ | ঃ | ঈরাৎ পূজা তৌবদা হাপ্পা কাগুপ্পনা থন্নবা থুম মপাক অনি। |
| ১৪। | থুম নামা | ঃ | থুমপাক চামা। |
| ১৫। | থুম্বোল নামা | ঃ | থুম নামা, থুমপাক চামা। |
| ১৬। | থুমলাং | ঃ | থুম। |

---

ৱাহৈ হুনজিন্নিবসিদি তোঙান-তোঙানবা লাইরিক্তা য়াওবদু উংচবনি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১৭। | থুমলাং ময়োন শংপা | ঃ | থুম কুপহনবা। |
| ১৮। | নোইনু | ঃ | থুম। |
| ১৯। | নোইনু কাকুপনবা | ঃ | থুম মপাক অনি খন্নাংনা থন্বা।* |
| ২০। | নোইনু থুমকা লাইপা লম | ঃ | বারোইদবা মফম। |
| ২১। | নোইনু থুমথাক হাগুবা | ঃ | থুম থাকনিংঙাই লৈতবা। |
| ২২। | নোইনু তুকা য়েনপৎনবা | ঃ | থুমগা ইনশাংগা ওন্নবা। |
| ২৩। | ঙাচেং-থুমচেং | ঃ | চাক-ঈশিং চানবগী থৌরাংদা ঙাসু থুমসু বাংনবা ইয়া য়াম্রবা পোংশকনে তাকলি। থোংলিবা ইনশাং অদু য়ামম্রবসু খাজিক্তা চারগা পেনবা য়াই। লুরিবদি খজিকতং বাংশা হেনবা য়াদবা থুমনি। ইনশাংদুনা ইহাও হাওত্রবদা ঙা মচেং অমা লৌরগা থুম মচেং অমগনা চাক পুক থন্না চাবা য়াবগী বাফম ফোংদোকই। |

ইংরাজী বাহে "Salt" গা মরি লৈননা ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৪। | অশম্বা বাহে "SALT" | ঃ | U.S. অমদি মতম অমগী Soviet Union গা Nuclear Missiles গী মতাংদা য়ানবা অমা পুরক্লবা বারী শান্নদুনা য়ানচে অমদা সহি তৌনখি। মসিবু Strategic Arms Limitation Talks অসম্বদা "SALT" হায়না খঙনখি। মসি থেংগাং অনিরক থোক্লY পাংথোকখি। অহানবনা ইং ১৯৭২দা Leonid Brezhnev অমদি Richard Nixon অনিনা সহি তৌখি। মসিবু Salt I হায়না খঙনে। অনিশুবনা ইং ১৯৭৯ দা Brezhnev অমদি Jimmy Carter অনিনা সহি তৌখি। মসিবু Salt II হায়না খঙনে। |

* খন্নাংনা থন্বা হায়রিবসি কাকুপ্পনা থন্বা হায়বনা চুমগনি।

**লমদম অমগী মমিং ঃ**

২৫। Salt Lake City ঃ (North America) Great Salt Lake গী খা-নোংপোক থংবা অয়োইবা শরুকী মনাক নক্লা Jordan তুরেল তোর্বান্দা লৈবা লমদম অমনি। ইং ১৮৪৭ তা Brigham Young না শেমগৎচরকখিবনি। মফম অসিদা ইহান হান্না লৈরকখিবা খুন্দারোইশিং অসি সুপ্নগী খুনজা ১৪৮ থকনি। মখোয় অসি লাইনিং-লিচৎকী মতাংদা অখাবা মিৎয়েং য়েংবিরবা, অৱা-চৈথেং নংলবা রিফ্যুজীশিংনি। ইং ১৮৬৮ ফাওবা Great Salt Lake City হায়না খঙনদুনা লৈরম্মী। Salt Lake অসিগী মমিং পক্লা লমদম অসিবু Salt Lake City হায়না থোনখিরম্বা য়াই। রেল লম্বী ফাওনরকপদগী ললোন-ইতিক্কী ময়ায় চাবা মফম অমা ওইরকখি। ইং ১৮৯৬ তদি ষ্টেৎকী কোনুং ওইরকখি। U.S. গী "Utah" হায়বা লমদম অসিগী কোনুংনি। ইং ২০০২ দা City অসিদা Winter Olympic Games পাংথোকখি।

**নাম্মিবা নুংশিংকী শিহ্নাদা ঃ**

২৬। Salt Spray ঃ সমুদ্রদগী কংফাল তম্না শিংলকপা লিরিবা নুংশিংতা থুমলিক্কী পারবা ঈপোমসু য়াওন্নরকই। শাগোন্নরকপা থুমলিকশিংবু লিরি হুম্না মালংবনা সমুদ্র তোর্বান্দা হৌবা মনামশিং হৈপান-লৈপানশিংদা খিক-থবিরম্মী। মসিবু Salt spray হায়না শিংথাই।

**মমিংগা মথৌপা তায়োন্নবা মতৌ ঃ**

২৭। থুমখ্রুং ঃ "থুমখ্রুং" হায়বসি অদ্রোদা শাবা চফুশিংগী মনুংদা অখন্নবা চফু অমনি। মসি অচৌবা

চকুগী মনুং চল্লি। লিটর ১০দগী ১৫ ফাওবা চনবা চকুনি। মসি পুনশুল্লা মচিন খুই। মবুক চাওই। মশুক শাংতক তৌই। অদ্রো খুজংদা থুমখুং চকুসি হিরম কয়াদা শিজিন্নৈ। লুহোংবগী বারোইশোং পুবদা ব্রাইয়ু পুবদা থুমখুংদা পুই। নুপা অমনা পাবোং শেমদুনা থুমখুং অনি অমুক্তা মরেংবান্দা পুই। ঈশিং হোনবদসু পাবোংতা নুপাশিংনা থুমখুংদা হোন্নৈ। হৌজিক্তি কোরফু শিজিন্নরে। বারোইশোং পুবদা থুমখুং পাবোং ২০ ফাওবা পুনে।

য়ুমগী অহল-লমন নুপা শিরবদি থুমখুংদা পৈয়ানা মনা পাল্লগা ইরেপফু ওইনা শিজিন্নৈ। শুমাংদা শং খনবনচিংবা তৌবগী শেংদোক-খোত্তোকপা তৌবগী থৌরমদা থুমখুং (ইরেপফু) গী ঈশিং অসি শিজিন্নৈ। লোইরগা মফমদু ব্রাই তৈথোকপদসু ইরেপফুসিগী ঈশিংনা তৈথোকই।

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**

1-11 শ্যামকিশোর শৌবাম, ''অরিবা মৈতৈ / মীতৈলোনগী লোন-কৈ'' ১৯৯৬ইং।

12-17 খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম, ''অরিবা মণিপুরী লোনগৈ'', ফোংবা এম. এস. কে. এ., ইম্ফাল, ১৯৭৮ ইং।

18-22. ''মসিল'', সম্পাদক - খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৯৭ ইং।

23. এইচ মকর লুরাং, অখুনবা লীকলাং, ১৯৯৪ ইং।

24. Britannica Ready Reference Encyclopedia, Vol. 9, p. 15।

25. Ibid, Vol. 8, p. 232.

26. Modern's abc of Biology, A Text Book for Class XII by Dr. B.B. Arora and Ak. Sabharwal, Pub. by Producers of Quality Text Books (Modern publishers), 2005, p. 668.

27. ডা. রাজকেতন, ''অদ্রোগী চকু শাবগী নাং'', ঐখোয়গী পচুং, জানুৱারি ২০০৪, লাঃ ২৪।

## ১৬

# থুমগী ব্রাথোক অমসুং নিংতম লালহৌ

মালেমসিদা লৈরিবা মীওই কাংলুপ কনানসু মীগী মীখা পোনবা পায়দে। করিগুম্বদা মীখা পোনবা, মীখা পোন্দুনা লৈরিবা মখোয়সু মনিং-তম্বা পাঙ্গল থৌনা ফুদোক্তুনা শাথেংনরকই, লানথেংনরকই। নিংতম ঈহৌ শাগৎলকই। মসি মালেমসিগী চৎনবীনি। শুদং-নৈহৎপীদুনা থম্বীরিবা খুন্নাইদুদা লোইলম মপুনা মখোয়গী শেন্দাল লম্বীগীদমক খুন্নাইদুগী পোথোকসু ওইবা পোৎলম "চান-থুম" দা অহ্কপা চৎনলোনগী ব্রাফম থমজিল্লকপদগী অচৌবা ব্রাথোক ওইরকতুনা থুমগী ব্রাথোক্না, লৈবাক্তুগী নিংতম ঈহৌ, নিংতম লানথৌগী অপুনবা পাঙ্গল শাগৎপদা অচৌবা মতেং ওইখিবগী ব্রারী শিংবুনসু মালেমসিদা লৈরি। মতাংসিদা ভারতবর্ষ অমসুং ফ্রান্স লৈবাক্তা থোকখিবা ব্রারীবু নৌহৌননা নিংশিংবা য়াই।

বৃটিশনা ভারত্তা পাল্লিঙৈ, ভারতবাশিশিংনা মনিং-তমজনবা আন্দোলন হৌরক্তুনা অকনবা খোঙজং কয়া চৎশিল্লকখি। তাল্লক্তুদা বৃটিশ সরকারনা ভারত্তা থুমগী অনৌবা আইন চৎনহনবা হৌরকখি। আইনসিনা হায়রিবদি ভারতবাশি অমনা থুম লৈগে হায়রবদি থুম শুংনবা অমদি য়োন্নবা মরনাইগী ওইবা হক লৈজবা মীদগী লৌগদবনি। কনাগুম্বনা মফম অমদগী হেক্তা থুম লৌবা য়াদে অসিনি।

ইশাগী ইরমদমগী মনুং চনবা সমুদ্র মপান্দা মহৌশা পোথোক ওইনা ফংজবা থুম্বু লৈবা অমসুং য়োনবগী মতাংদা অকক্নবা চৎন-পথাপ থমজিল্লকপসি ভারত মচাশিংগী হক মৎপনি হায়না ভারতকী লূচিংবশিংনা ব্রাহ্লোক পী। মীওইবগী চংদবা য়াত্রবা চিঙ্গাক মচন অমা ওইরিবা চান-থুমদা বৃটিশ সরকারনা ভারত্তা লৌখৎলকলিবা খোঙথাংসিনা ভারত মচা খুদিংদা থোইদোক্না লাইরবা মীচমগী পুন্নীরোলদা তেমশিংনবা অমা ওইরে হায়না গান্ধীনা লৌই। অদুনা থুমগী অনৌবা আইনসি চৎনহল্লোইদবনি, থুমগী অনৌবা আইনসি শিংনগদবনি হায়না গান্ধীনা ভারতকী প্রজা মীয়ামদা পাওজেল পীখি। থুমগী অনৌবা চৎন-পথাপ অসি থুগায়বনা সিভিল ডিসওবিদেন্সগী অহানবা খোঙথাং ওইগদবনি হায়বা ব্রাখল্লোনগী মখাদা ইং ১৯৩০গী মার্চ থাগী তাং ১২ দা গান্ধীনা "সর্ব্ব আশ্রম"গী মেম্বর

নুপী নিপা পুন্না ৭৮গা লোইননা আহমেদবাদগী খাদা লৈবা সমুদ্র মপানগী থুম-শুংফম "ডাণ্ডি" হায়রিবা লমদম অদুদা চৎনবা মাগী আশ্রমসিদগী খোঙশানখি। খুঙ্গং-খুঙ্গংদা গান্ধীজীবু মীয়াম্না ওকুন্মী। মতাং-চাবদা গান্ধীনা মীয়ামদা ৱা ঙাংলম্মী। নহা কয়াদি গান্ধীগী তুং ইল্লকখি। এপ্রিল তাং ৫ দা ডাণ্ডি য়ৌখি। ডাণ্ডি য়ৌবদা নুমিৎ ২৪ নি চংখি।[১] সর্ব্ব আশ্রমদগী ডাণ্ডি ফাওবসি মাইল ২৪১ লাপ্পী।[২]

ডাণ্ডি য়ৌবদা মী লিশিং-লিশিং ওইহ্রে। গান্ধীগী খোঙচৎ অসিবু শক্লাইরবা মীওই কয়ানা অসুম্না শৈথায়ঃ মখুৎতা চৈশু অমা পায়বা পৱার য়াওবা আনোক উপ্পা চহি ৫৯ শুরবা নিপা অমনা, থকশি-খাশি খঙবা, মমা লৈবাক্কীদমক মশা কৎথোকলবা মীওই ৭৮ গী মাংজিল থাদুনা খোঙচৎসি লাকপনি। নিপাসি কনাসু নত্তে। গান্ধীনি। মহাক্কী আশ্রমদগী ডাণ্ডি ফাওবা মাইল ২৪১ লাপই। গান্ধীগী অসিগুম্বা খোঙচৎ অসিবু রামায়নগী ৱারীদা নিংথৌ রামচন্দ্রনা "লঙ্কা" চৎপদুগী খোঙচৎতুগা পান্নকনি হায়না মোতিলাল নেহরুনা শিংথাই।

গান্ধিগী খোংচৎ অসিবু Gaul কৌবা মফম অমা খুদুম চনশিন্নবা Caesarনা Rubicon লমদম লানথোক্কুনা শামী-লাম্মী পুদুনা চৎখিবা খোঙচৎতুমক্কী হায়না ইটালিয়ানশিংনা শিংথাই।[৩]

এপ্রিল তাং ৬ কী অয়ুক্তা গান্ধীনা মীয়ামগা লোয়ননা সমুদ্র মপান্দগী থুম পেকখৎখি। মসি পাল্লিবা সরকারগী চলাইরিবা থুমগী আইনগী মতুং ইন্নদি অকায়বা অমনি। অদুবু সরকারগী কা হেনবা থৌশিলবু শিংনদুনা গান্ধীনা থুম পেকলিবনি। বৃটিশ সরকারগী আইনদুবু তঙাইফদনা শিংনগদবনি হায়বা ৱাখল্লোনগী লংলা-লংজিন গান্ধীনা কাংথোক্লকপদুদদি ভারতকী মফম পুম্নদা বৃটিশকী মায়োক্তা খোইরাং-খোইশাওনবগী ঈথক-ঈপোম কনখৎলকখি। ইরৈবাক ইরমদগী পোথোক ইরৈবাকচাশিংনা মনিংতম্না ফংজবা য়াহন্দবা, খুঙ্গংগী চাথোক খুনজাশিংনা মনিংতম্না চাবা ফংজদবা অসিগুম্বা থৌশিন অসিনা ভারত মচাশিংদা অনৌবা পোরম, থৌনা অমা পীরে। মদুদি খুৎলাই পায়দুনা নিংতম লানহৈমক তৌবা ঙমদ্রবসু বৃটিশকী লৈঙাক পথাপ্পু পামদ্রে উৎপা খোল্লাও লাওনবা মরিক চুম্বা তানজা ফংবগুম থোকপ্রে। অসিগুম্বা তানজা অসিদা জৱাহরলাল নেহরুনা হায়খি। ইখঙ-খঙহৌদনা সোল্ট হায়বা ৱাহেসি মিষ্টরিওস ৱার্দ ওইরকখি, এ ৱার্দ ওফ পৱার ওইরকখি।[৪]

খুনজাশিংনা সমুদ্র মপান্দগী পেক-পেকতুনা থুম শুংনরে। আইন থুগাইদুনা পেকপা, শুংবা থুম, কোইচৎ-চৎতুনা হা-হাদুনা য়োললে। গান্ধীনা ইহান হানবা লৌখৎপা থুমদু "কানুগা" কৌবা ডাক্তর অমনা লৈখি। মমল লুপা ১৬০০ পী। আইন থুগাইবা চয়োল

অমগী মনুংদা আহমেদবাদতা আইন থুগাইদুনা শাবা থুম, মী লিশিং ১০না কংগ্রেসতগী ফংখি। শেন পীবা ঙম্বা মীনা মমল নাইদনা পীরম্মী। ঙমদবনা লেম্না লৌখি। বৃটিশগী মায়োক্তা লেপলিবা মথৌনাদুদা পেনবদগী থুমগী মমলখক নত্তনা পীনিংবা লুপা পীবনি, পীরম্বনি। নিংতম ঈহৌদা মতেং পাংবনি, পাংলম্বনি। স্কুল-কলেজগী ওঝাশিং, মহৈরোইশিং থুমগী আইন থুগাইবগী থবক তৌখি। জেলদা চংখি। নরাসিনহভাই পটেলগী মচানুপী শান্তা পটেলসু থুমগী অহিংসা আন্দোলন য়াওবগীদমক ইং ১৯৩০ দা ফাদুনা বেলগাউন জেলদা থমখি। মতমদুদা শান্তা পটেল মশাগী চহি শুপ্ততগী কুনখক্তা ঙাইরিবী তনৌরিবী নুপী মচা অমনি।[৫] "অন্নাপুরনা মোহারানা" কৌবী নুপীমচা অমসু থুমগী অহিংসা আন্দোলন য়াওবগীদমক ফাখি। মহাক উরিষাগী কত্তক সহরদা চাওরকপনি। মহাক্না অহিংসা আন্দোলন য়াওখিবসিমক্তি মখোয়গী ইমুং-মনুংগী ৱাখল্লোন অদুনা লমজিং ওইখিবনি। মখোয়গী ইমুং-মনুংদি ভারতবর্ষগী নিংতম ঈহৌগী খোংজং কয়াগা ঈরোইনদুনা লাকখিবা ইমুংনি। মহাকপু ফারবদা মেজিষ্ট্রেটনা মঙোন্দা অসুম্না হায়খি - কংগ্রেস পার্টি অসি ইলিগেল ওই। মদুগী পাউখুম ওইনা অন্নাপুরনা মোহারানানা হায়খি - মাগী মিৎয়েংদদি মহাকপু ফারিবা সরকার অসি ইলিগেল ওই।[৬] ডা. উশা মেহতানা অঙাং ওইরিবঙৈ, মঙোন্দা ভারত নিংতম ঈহৌগী থৌবুরোই কয়ানা মথৌদাং খরা শিন্নখি। মরুওইনা বুলেটিনস য়েনথোকপা, থুমগী অনৌবা আইনবু শিংনবা ওইনা থুম শেম-শাদুনা য়োনবা অসিনচিংবনি।[৭] থুমগী আন্দোলন্দা মহৈরোইশিং শরুক য়াখিবগী অচেৎপা খুদম ওই। গান্ধীবু জেলদা থমজিনম্রবা মতুংদসু গান্ধীগী তুংইনবা লুচিংবা লুচিংবী কয়া চোংথোকলকখি। মখা তানা আন্দোলন চংশিনখি। আন্দোলন অসিদা নুপীশিংসু মতিং থোকনা শরুক য়ারম্মী। সুরাটগী মনুংচনবা "ধর্সনা' কৌবা থুম শুংফম থুগাইনবা আন্দোলন্দা মী ২৫০০ না শরুক য়াখি। ইমাম সাহিব অমসুং নুপীলক্তগী অথোইবী সরোজীনি নাইডু মীওই অনিসিনা মীয়াম্বু লুচিংখি। থুম শুংফমসি তিংখং তরানা কোয়না খাঁজল্লি। মপান থংবদা থাঙ্গপাৎনা ইকোয় কোইশিল্লি। অদুগীসু মথক্তা বৃটিশ অফিসার খরনা লুচিংদুনা সুরাটগী পুলিস ৪০০ না মফমসি ঙাকলিবনি। পুলিসশিং অদু চৈস্তুপ অমদি নোংমৈ পায়রিবনি। ফুরকনি খঙনা-খঙনা আন্দোলন তৌরিবশিংনা থাঙ্গপাৎ লানশিন্দুনা চংশিনলি। পুলিসনা চৈনা ফুবদা মীওই কয়া শাথিনা শোকই। আন্দোলন চংশিনলিবা মীওই অমতনা খুৎ হনখিদে। সত্যাগ্রহ আন্দোলননি। "ৱাদালা" কৌবা থুম শুংফমদা ইং ১৯৩০ গী মে ১৮ দগী জুন ১ ফাওবা মীওই ১৫,০০০ না আন্দোলন চংশিনখি। করনাতক্কাগী সারিকাল্লে কৌবা থুম শুংফমদসু সিফাইগী নোংমৈ মরু অমদি চৈফুগী লাল্লক্তা মীওই ১০,০০০ না চংশিন্দুনা থুম মন লিশিং-লিশিং পেকখি।[৮]

মীয়াম পুনশিন্নরক্তুনা মপাঙ্গল লৈরবা অপুনবগী শক্তম শাগৎলকখি। নুমিৎ কয়ানি আন্দোলন চৎথখি। বৃটিশগী লাঠি অমসুং নোংমৈগী মমাংদা হনবা লৈত্রবা মথৌনা

উৎপাশিনা, বৃটিশনা ভারত্তা পানবগী মতম লোইশিল্লকলে ফোংদোক্লমকখি। ইং ১৯৩০ গী থুমগী আন্দোলনসিনা ভারতগী "আত্মা" স্বধীন ওইহনবা তাকই।[৯] মতৌ অসুম্না ভারতগী নিংতম লানহৌগী অপুনবা মপাঙ্গল শাগৎপদা থুমগী বাথোক্লা নাকল অময়োমদগী অচৌবা মতেং পাংখি।

ফ্রান্স লৈবাক্তা মতম অমদা নিংতম্নবগী অকনবা লালহৌ লৈখি। মসিবু "ফ্রেঞ্চ রিভোলুসন" হায়না মমিং চৎলি। অসিগুম্বা রিভোলুসন অসি থোকত্রিঙৈদা চান-থুমদা ট্যাক্স লৌবগী চৎনবী ফ্রান্স লৈবাক্তা লৈরকখি। মসি ১৫ শুবা চহিচাদগী চৎনরকলে। চান-থুমদা লৌরিবা ট্যাক্স অসি Gabelle হায়না খঙনৈ। বাহৈশিমক্কী হৌরকফম চপ চানা খঙবা ঙমনদে। থুমদা Gabelle হায়না খঙনবা ট্যাক্স মখল অমা লৌবা ইং ১২৫৯ দা ফ্রান্সতা চৎনরম্বগী বারীদি লৈবম্মী। ১৪ শুবা চহিচাদা চান-থক্লবা পোৎলমদা ট্যাক্স লৌবা চৎনবা হৌরকখি। মসিগী ট্যাক্সসিবু Gabelle হায়না খঙনখি। মমৈথংদা ১৫ শুবা চহিচাদা হায়রিবা ট্যাক্সসিমক চান-থুমদসু লৌবা হৌরকখি। মসি সরকারনা লৌবা নত্তে। লনাই কম্পানি অমনা লৌবনি। সরকারদগী কম্পানিনা খুদোংচাবা লৌবনি; সরকারনা কম্পানিগী মাইকৈদা লেপ্পী। ট্যাক্স অসিগী চৎনলোনদি :- চহি ৭ গী মথক্তা লৈবা মী খুদিংমক লৈনিংদ্রবসু চহি ১ দা থুম পাউণ্ড ৭ তি লৈবা তাই। চাননবা তল লৈনিংঙাই পৈশা লৈত্রবসু হায়রিবা থুমসিদি লৈদবা শুকয়া য়াদে। নিয়ম অসি ইন্দবা মীওই চৈরাক পী। ফ্রেঞ্চ রিভোলুসন চথরিঙৈ মতমদা থুমগী নিয়মসি ইন্দবা মীওই ২০,০০০ চহি খুদিংগী ফাদোক পী। মীওই ৫০০ গী মথক্তা শিবগী চৈরাক পী। চান-থুমদা ট্যাক্স লৌবগী চৎনবীসি ইংলিসমেনশিংনা লৈঙাকপা মফমশিংদদি চৎনরমদে। সরকারগী থবক তৌবা মীওই, তাইবং-মহৈকোনগী ফম্নাইবা মেম্বরশিং, সনা কোনুংগী ফম্নাইবশিংসু ট্যাক্সসি কোকপী।

চাং বাংনা অমদি মীপুম খুদিং চপ মান্নদনা লৌবা ট্যাক্স অসিনা ফ্রান্স লৈবাক্কী প্রজাদা খোইশাওনবা পোকহনখি। হ্যান-পোৎয়োন তৌবা মীওইশিংনা থুমগী কারবারদা খুদোংচাবা কা হেন্না লৌরকপদগী মীচম প্রজা য়াম্না বারম্মী। ফ্রেঞ্চশিংবু ওৎলিবা, বাহনলিবা, লৈবাকসিদা চৎনরিবা আইন কয়াগী মনুংদা চান-থুমদা লৌরিবা Gabelle হায়রিবা ট্যাক্স অসিগী চৎনবীসু মরুওইনা পন্নরকখি। ফ্রেঞ্চ রিভোলুসন থোকলক্লবগী মরম কয়াগী মনুংদা থুমদা লৌরিবা Gabelle হায়না খঙনবা ট্যাক্স অসিসু অচৌবা মরম অমনি হায়না অচেৎপা বাফম ফোংদোকই।[১০] ফ্রান্স লৈবাক্তা মথা তানা নিংতম্বগী লানজং চৎশিনলকপদা থুমগী বাথোক্লা চাওনা মতেং পাংখি। চান-থুমদা লৌরিবা ট্যাক্সগী বাথোক্লা প্রজাশিংদা অকি-অখং পোক্তবা থৌনা হাপ্লকখি। মীয়াম্না পুকচেল তিন্নরা অপুনবগী পাঙ্গল শাগৎপদা চাওনা মাই পাকখি। ফ্রান্স লৈবাক্তা নিংথা-তম্বগী ঈহৌ কনশিল্লকখি।

চান-থুমগা নিংতম ঈহৌগা হেক-হেক মরি লৈনবসি করিননো ? ঙাহৈমা, থুমলৈমা। থুমলৈমা ইমাসি মীখা পোনবা য়াদবী মনিং তমজবী লাইরেম্বীরা ?

মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ


1. লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ, "মালেম অসিদা ফাওরিবা লুচিংবা মাপনগী পুন্সি বারী", ১৯৯৫, লাঃ ৫।
2. Naresh Kinger, Father of Nation "Mahatma Gandhi", pub. by Sahni publication, Delhi, p. 116, Year of publication not mentioned.)
3. N.M. Khilnani, India's Road to Independence (1857-1947), Sterling publication, 1987, p. 82.
4. Naresh Kinger, Father of Nation "Mahatma Gandhi", pub. by Sahni publication, Delhi, p. 115.
5. Shanta Patel (Freedom Struggle -A Family Affair), Freedom Fighters Remember. Edited by Naveen Joshi, pub by publication Division, Ministry of Information and Broadcasting, Governtment of India, 1997, p.78
6. Ibid, p. 125
7. Ibid, p 173
8. N.M. Khilnani, India's Road to Independence (1857-1947), Sterling publication, 1987, p. 84
9. এম. কৃষ্ণমোহন, "মহাত্মা গান্ধী অমসুং গান্ধীতত্ত্ব", ১৯৮৮, লাঃ ১০৫,১০৭,১০৮।
10. Encyclopedia Britannica, Vol. 9, p. 1065. And Modern Europe Since 1789 by Charles Downer Hazen, Prof. of History in Columbia University, pub. by. S. Chand & Company (Pvt.) Ltd., Ram Nagar, New Delhi, 1986, p. 52-53.




